# সাহিত্য মিংশেল

গবর্ণমেণ্ট সংস্কৃত বিত্তালয়া ধ্যাপক

**শ্রীআরিবম গোকুল শাস্ত্রী**

ব্রহ্মপুর ইম্ফাল,

দ্বিতীয় স স্করণ

শকাব্দ ১৮৮৮

প্রকাশক—লেখক



[ মমল লু: ২·৫০

# পাঠকশিংদা নিংশিংজবা—

"সাহিত্য মিংশেল" গী মরিশুবা মণ্ডালগী মনুংদা অলঙ্কার শরুক্কুং দ্বিতীয় খণ্ড ওইনা ছাপা নম্বা লোইরবা তু'দা—

"অলঙ্কার মথলগী লক্ষণ (ডিফিনিসন) কয়াদা অমসুং উদাহরণগী ব্যাখ্যা কয়াদা—রাহৈ, রাহৈপরেং, অর্থ মথল, লক্ষণাবৃত্তি, ব্যঞ্জনাবৃত্তি অসিনচিংবসি য়াওবনা পাঠকশিংগী খুৎলোইনবা অমসুং খুদোং চানবা রাহৈ মথমচিংবা নৈনবা—

"অহুমশুবা মণ্ডাল" অহু ১সুং সাহিত্যগী দোষ নৈনবা "মরিশুবা মণ্ডাল"গী শরুক অহু পুনসনবন। কৈ" হায়বা গণমান্য-

শ্রীযুক্ত দ্বিজমণি দেবশর্ম্ম M. A.

শ্রীযুক্ত নীলমণি সিংহ M. A. L. L. B.

প্রিন্সিপাল ইম্ফাল কলেজ।

শ্রীযুক্ত থাগোই সিংহ B. A. (ইংলিস ওনার্স)

অসিনচিংবা ভদ্রলোকশিংগী পাওতাক্কী "অহুমশুবা মণ্ডাল" ১সুং সাহিত্যগী দোষ নৈনবা "মরিশুবা মণ্ডাল" গী শরুক হাপচল্লে।

বিনীত—

গোকুল শাস্ত্রী

# —ৱাহৈ অমা অনিদং—

মৈতৈ সাহিত্যগী দোষ অমসুং গুণশিংবা খংনবগী মবমদা—নাযক-নায়িকা মখল, শব্দশক্তি মখল, শব্দ মখল, অর্থ মখল, অলঙ্কার মখল অসিনচিংবসি হিন্দি ১মসুং বাঙ্গলানচিংবা লোল্লা নৈনবা লাইবিক কয়া থোপগুল্লা মৈতেলোল্লা নৈনবা লাইবিক অমা ফাওবা লৈতবসি উবদা মৈতৈ সাহিত্য প্রেমী কয়াগী আশাদগী বিন্দুগুম্বা শকক অমসুং উক্ত-প্রেমীশিংদা খুদোল তৌজনিংঙনা অলঙ্কার শাস্ত্র কযাগী মকুমদা "সাহিত্য মিংশেল" কৌবা লাইবিক অসি মঙাল মবি থোকনা ইভঙনা খৃঃ ১৯৫৭ দা ফোংজে,

লাইনিক অসি ছাপা নম্বদা চাওখিদোবে খল্লুবদগী অর্থ অলঙ্কার শকক্তু গুনা ছাপা নম্বদা য়াওখিদবে, অরাংপা শকক অদু দ্বিতীয খণ্ড ওইনা ফোংবগীদমক সুচনা তৌজখি॥ হৌজিক মৈতৈ সাহিত্য প্রেমী-সিংনা দ্বিতীয খণ্ড ফোংবগী আশা পিনাবনদগী "সাহিত্য মিংশেল দ্বিতীয খণ্ড" ফোংজঙনা খুদোল কচ্চবি। পাঠককী সুবিধা ওইনবগীদমক প্রথম খণ্ডগী শকক খব হাপচিঙ্গবে। ভ্রম-প্রমাদ পাঠকসিংনা ঙাকপিগনি।

মৈতৈলোনগী মহত্ব অসি কয়া য়াম্না লৈবগে? মসিগী মবমদা নাযক-নাযিকানচিংবগী মখল, কবম্না খংদবা যাদ্রবা ৱাফমনো? মৈতৈনা য়েলহৌঙদগী অলঙ্কারসি হৌনশা ওইনা শিজিন্নবকপগী খুদম কবি কবিনো? অলঙ্কার খংদ্রবদি মৈতৈ সাহিত্য পাবদা মপুংফাবা চম্মোই হাইবগী মবম কবিনো? অসিনচিংবগী মবম অহানবা খণ্ডগী ভুমিকাদা নৈনখবে। অদুবু নিংশিংবা ওইনা, মৈতৈনা হৌনশা ওইনা অলঙ্কার শিজিন্নবকপগী খুদম খবদং, অদুগা অলঙ্কার খংদ্রবদি পাবদা মপুং ফাদবত নংতনা, লোলদু অমসুং বর্ণনাদু লাল্লি হেক হাইনিংবগী খুদম খবদংসু অমুক্তং য়েংসি—

"নিপাসি কৈনি" "মুপীসি হুইশিংনি" অসিনচিংবা লোল অসিনা মৈতৈনা 'ৰূপক' শিজিন্নবকই তাকই। ৰূপকনি হাইবিবসি-- ৱাহৈ মখল, অর্থ মখল, ৱাহৈগা অর্থগা মরি লৈনবা ( শব্দশক্তি ) মখল মখোইশি

খংদ্রবদি রূপকনি হাইবগী মহৎতা লাল্লিত্রুম হাইনিংগনি, হাইবমকস্ন য়াওবি, মবমদি নিপাসি কৈদি নংতনা অসুম্না খন্দুনা, অদুবু শব্দশক্তি মখলগী মমুংদা "থেংনব" (লক্ষণা) কৌ[illegible] পৃঃ ১২১ দা হাইনিবা) শব্দশক্তিনা মবম ওই না, "কৈ" না কৈ[illegible], "ঈশিং" না ঈশিংওম্বা অসুম্বা অর্থ অসি খংনবনা [illegible]ইবদি কৈ অমস্থুং ঈশিং বাহৈগি পৈ-দোকপা বাহৈ (লাম্‌ণ[illegible] পৃঃ ১১৪ দা) নি হেক খংবদা লল্লি হাইনিংলম্বদু খংমুং মুংবি। মতৌ অসিগুম্না "ষল তৎলে" অসিনচিংবা লোনদস্থু লাল্লি হাইনিংবদু বাহৈ নখল, অর্থনখলনচিংবদু বিচাব হেক তৌকুবদা লাল্লি হাইনিংবদু মুংলি। মবম পুম্বগি নৈনক্নবগা অলঙ্কাব খংবসি-বাহৈ মখলনচিংবা খ দনদি খংবদা বানা বোক্তনি। বাহৈ নবল-নচিংবা অহুমগুবা মঙালনা নৈনখবে।

অদুগা—

শক্তি ত ইব, লীলা য়েংলিবা।
মতম নৎতনা লৈবাং শাৎপা।
ঋতু নৎতনা হৈবাং মুনবা।
বসন্ত নৎতনা য়েনিং হুনবা॥

( চিঙ্গোই বারুণীদা )

বর্ণনাসি হেক পাবদা লৈবাং শাৎপগী মবম (কাবণ) অদু লৈতনা লৈবাং শাংলি হাইনা অসিনচিংবা অসি লাল্লি হাইনিংবা য়াওগনি। অদুবু "মমিৎ কাক্তিন্নৈঙেনা মপাল শাৎলে" "কাংথুন্দা মহৈ য়াল্লে" অসুম্না মৈতৈনা হাইনবসি হেক নিংশিংবদা লাল্লি হাইনিংলম্বদু মুংলি, মরম অসিনা মৈতৈনা "বিভাবনা অলঙ্কাব" শিজিন্নে হাইবসি ময়েক লানা তাকই।

মতৌ অসিগুম্না মৈতৈনা হাইনবা "চাগনবা য়াঙ্গংবা, শুগনবা লাইরবা" মসিনা মৈতৈনা বিশেষোক্তি অলঙ্কাব শিজন্নে তাকই। শক্তা চুগা চানৈদা" মসিনা উপমেয়োপমা অলঙ্কার শিজন্নে তাকই। "নাচন মথিনা পাহেংন্নে" মসিনা মৈতৈনা অনুমান অলঙ্কার শিজন্নে

তাকই। "হুদনা হুরবদি লৈমা হুগদবনি" মসিনা পরিসংখ্যা অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই। "মকুমথা ওইরবা হংউড্রাই খোংবা, হংউড্রাই খেংবনা লোং থাবা, লোং তাবনা শিং কংদবা, শিং কংদবনা চাক চেং চংব" মসিনা কারণমালা অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই। "অকম অমা লাক্লে ৷বদা পৈ অমা তোক্লে" "শোন্দ ঊ পাম্মুবদা শেক্লপ মঙ্গল" মসিনা "গ" বিষম অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই। "ভ ম্নুগা খে বাংগা" মসিনা সম অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই। "মৈনিবকপীন মৈক্লা ওবা কোংদ্র" মসিনা "ক" বিষম অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই। "চসি মকৌ হুন্দোকসি মতুং" মসিনা বিকল্প অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই। "স্বর্গ খুৎনা লাখ্বা মঙ্গুম্মা" মসিনা অসম্ভবোপমা শিঙ্গৈ তাকই। "লৌনা শগোলনা চারগা ফুবনা ইরৈ ইদা ফুদা" মসিনা অসঙ্গতি অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই॥ "ইচাশা! ঙসি চাকসি চাকুম্মা!" মসিনা অনন্বয়োপমা অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই "মচা য়ৈরগা মমৌ শিগ্গাকপা" মসিনা সমাসোক্তি অলঙ্কার শিঙ্গৈ তাকই।

মতৌ মসিং অসিনচিংবসি মৈতৈনা লেলংঙৈদগী শিজিন্নবকপা মরমনা মৈতৈ সাহিত্যদা অলঙ্কার মখল মরোল নওবা স্বতন্ত্র প্রমাণনি। অদুনা মৈতৈ সাহিত্যগী অর্থ কাচীন লোনা খবা তারবদি অলঙ্কার খংদনাদ ওইরোই হাইরদা খেইনা লাম্লোই নিংঙি।

অলঙ্কার— খংবগী পদৈ বাহৈ মখলনচিংবত নংতবা রসগী মখল মথেল খংবসু অলঙ্কার খংবগী মরুওইবা পাম্বনি, মসিগী খুদম ১।২ দং য়েংসি—

মহাদেবনা শোকপদা   মপুরিং মরাং হৌরবী।
মতাংদুদা মতা মাদা   তংজ মরাই লুরুরুবী।
হিমালয় চিংগী মমোমলোই   দুর্গা কৌবা লেপদুনা।
চিংনুং অসিদা নখোইবু   ঙাকপিসনুকো তদুনা॥

বর্ণনাসি—ভাবসন্ধি অলঙ্কারনা লৈতেংবা বর্ণনানি। বর্ণনাসিগী রসদি ভাব রসনি। বর্ণনাসিদা শৃঙ্গার রসগী ইহুন হেঙ্গৎকপা খুদম (সঞ্চারিভাব)

ওইবা মবাং হোবা ( উৎসুক ) ইকাইবা ( লজ্জা ) অনিসি তিননদুনা ভাব রসগী অঙ্গ ওইনা উৎপনা ভাবসন্ধি অলঙ্কারনি হাইরিবনি। অদুনা অলঙ্কার শংবদা রসগী মখল মথেল শংবা য়েংঙি। অদুগা সাহিত্যদা অর্থ খেন্নবগী মরম অমগা অমুক য়েংসি—

সাহিত্য অসি ভাবুক ( পাঠক ) খেন্নবগী মতুং ইন্না খেন্নৈ। অঙাংগী ওইবগা অর্থদু দং লাওনা "অহাইব" অর্থনা হাইবনা নম্মি, বসিক পাঠককী ওইবগা অর্থদু "অথেবা'' অর্থনা ( লক্ষ্যার্থনা ) নৎত্রগা "অয়েবা অর্থনা ( ব্যঙ্গ্যার্থনা ) হাইবনা নম্মি। মদুওম্বা বাঙাংদুদা অলঙ্কার মখল মখলনা হাইনৈ। খুদম—

"মাংদা লেপ্লিবী মথোংৎ কারকপা মুপী অসি কা গেন্না ফজেদা" অসুম্না মুপীদুগী ফজবা নিংথিবা অদু দংলাওনা হাইবসিদা পাঠক অদু—অঙাং ওইবগদি মুংঙাইবা অপেনবা অদুম ওম্মি, অদুগা অহল ( বসিক ) ওইবগনি দং লাওনা হাইবদুনা মুংঙাইবা পেনবা পোকপা ওমদে, অদুনা অর্থদু দংলাওনা হাইবগী নত্তুৎতা মচেক্লা য়ৈদুনা (ব্যঞ্জনানা ) শংহল্লবদি ( অয়েবা অর্থ ওইববদি ) হাইবদি—রূপক অলঙ্কাবনা মথোৎ কাবদুবু উপাল অমগী মশক ওইনা লৌবগা মুপীদুবু অমুনবা উহৈদা উপমা তৌদুনা— "মুপীসি মথোৎ কারকপা উপালগী মুল্লবা—উহৈগুম্মদা" অসুম্না হাইদুনা, নৎত্রগা প্রতীপ অলঙ্কাবনা— "মথোৎ কারকপী মুপীসি থম্বালনা ইকাইনিংঙাইনিদা।" অসুম্না হাইদুনা. নৎত্রগা

| | |
|---|---|
| ঐগী মাংদা লেপলিবী | তোঞ্জানববী অসিবু। |
| ফজবা সমুদ্রদগী | কাথংলক্লিবা ঈথক্লা ? |
| মথোৎ কারকপা-উপালগী | মমুল ফারবা উহৈরা ? |
| মুঙেঙাল্লবা পাখং কাদা | কামগী পাওতাকপা চৈরাক্লা ? |

অসুম্না হাইদুনা মুপীদুগী ফজবা নিংথিবদু মচেক্লা য়ৈদুনা অয়েবা অর্থ উৎলবদি বর্ণনাদু পাবদা অপেনবা মপুং ফাবা হেনগনি।

সূর্য্যবংশদা পোকপনা কদাইদা ?
ঐগী পিক্রবা বুদ্ধিনা কদাইদা ?
লানওমজ্রবা সমুদ্রবু উঙায়া।
ওকুনা লানগে নিংবা ওইরি ঐনা ।।

বর্ণনাসি কালিদাসনা হাইবনি ১সুং নিদর্শনা কৌবা অলঙ্কাব লৈ। বর্ণনাসিদা মী ওইবনা, থোইদোক্লমক কালিদাসগুম্বনা সমুদ্রবু উঙায়া লানগে নিংবা হাইবসি ওইথোক্তবনি, অদুনা "নিংব" হায়েহসি থৈহনবা মরিনা (গৌণীলক্ষণানা) "নিংবগুম্বা" হাইনা অথৈবা অর্থ তৌরগা বর্ণনাসিগী অপুনবা অর্থনা অমুক মচেক্লা য়ৈত্তুনা ( ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা ) "বুদ্ধি পিক্রবা কালিদাস ঐনা সুর্য্যবংশ ইগে থৌরাংবসি পাক্লবা সমুদ্রবু উঙায়া লানগে নিংগুম্বা ওইরি" অম্দুবা অয়েবা অর্থসি ( ব্যঙ্গ্যার্থসি ) খংনত্তুনা চাংদম্নবা-উৎপদগী নিদর্শনানি হাইরিবনি। অসিপুম্বনা মরম ওইত্তুনা অলঙ্কার মখল মথেলদা হায়ে মথম্নচিংবা শিজিন্নৈ হাইবসি ময়েকলানা তাকই।

কৃতজ্ঞতা :—লাইব্রিক অসি কো'থদা মণিপুর ডাইরেক্টর অফ এডুকেশননা লুপা ৪০০'০০ ইত্তেং পাংবি, মত্তুগী লমন পুন্সি চুপ্পা তোঞ্জরি।

বিনীত—
গোকুলশাস্ত্রী

---

**দ্বিতীয় সংস্করণগী নিবেদন :—**

সাহিত্য প্রেমিশিংগী থৌজান্না ভ্রম কয়া শেংদোকচরবা— দ্বিতীয় সংস্করণ দ্বিতীয় খণ্ড সাহিত্য মিংশেল খুদোল লায়োকচবা ওমথরে।

ভ্রম-প্রমাদ ধাকপিগনি। ইতি :—

বিনীত—
গোকুলশাস্ত্রী

# হীরম-লামাই

হীরম লামাই

অহুমশুবা মণ্ডালদা ঃ—



মরিশুবা মণ্ডালদা ঃ—

| বিষয় | পৃষ্ঠাঙ্ক |
|---|---|
| ১৪। উপমালঙ্কার সম্বন্ধে মন্তব্য | ১৫৫ |
| ১৫। পূর্ণোপমা | ১৫৫ |
| ১৬। লুপ্তোপমা সম্বন্ধে মন্তব্য | ১৫৬ |
| ১৭। একদেশবর্ত্তিনী উপমা | ১৫৬ |
| ১৮। রসনোপমা | ১৫৭ |
| ১৯। মালোপমা | ১৫৭ |
| ২০। অনন্বয় উপমা | ১৫৮ |
| ২১। উপমেয়োপমা | ১৫৮ |
| ২২। অসম্ভবোপমা | ১৫৮ |
| ২৩। প্রতিবস্তূপমা | ১৬০ |
| ২৪। রূপক সম্বন্ধে শিক্ষকম | ১৫৮ |
| ২৫। রূপক মথল | ১৫৯ |
| ২৬। পরম্পরিত রূপক | ১৫৯ |
| ২৭। সাঙ্গরূপক সম্বন্ধে মথল | ১৫৯ |
| ২৮। নিরঙ্গরূপক সম্বন্ধে মথল | ১৬১ |
| ২৯। উৎপ্রেক্ষা সম্বন্ধে মথল | ১৬২ |
| ৩০। দৃষ্টান্ত | ১৬৩ |
| ৩১। প্রতীপ | ১৬৪ |
| ৩২। স্মরণ | ১৬৬ |
| ৩৩। পরিণাম সম্বন্ধে মন্তব্য | ১৬৬ |
| ৩৪। সন্দেহ সম্বন্ধে মথল | ১৬৭ |
| ৩৫। ভ্রান্তিমান্ | ১৭০ |
| ৩৬। উল্লেখ | ১৭০ |
| ৩৭। অপহ্নুতি সম্বন্ধে মথল | ১৭১ |
| ৩৮। নিশ্চয় | ১৭৩ |

| বিষয় | | পৃষ্ঠায় |
|---|---|---|
| ৮৩। | স্বভাবোক্তি | ২৪১ |
| ৮৪। | ভাবিক | ২৪১ |
| ৮৫। | উদাত্ত | ২৪২ |
| ৮৬। | রসবদ্ | ২৪৩ |
| ৮৭। | প্রেয়ঃ | ২৪৪ |
| ৮৮। | ঊর্জ্জস্বি | ২৪৫ |
| ৮৯। | সমাহিত | ২৪৫ |
| ৯০। | ভাবোদয় | ২৪৬ |
| ৯১। | ভাবসন্ধি | ২৪৬ |
| ৯২। | সংসৃষ্টি | ২৪৭ |
| ৯৩। | সঙ্কর | ২৪৭ |

# সাহিত্য মিংশেল

## (দ্বিতীয় খণ্ড)

## অহুমশুবা মঙাল

### ৱাহৈ ( পদ ) মথল ১সুং অর্থ মথলগী বিচার

মী ওইবগী ৱাঙাং অসি মথল য়াম্মি— কনানা মানা হাইনিংলিবা ১সুং খ'ঙহন্নিংলিবা অর্থ অদু দং লাওনা (থেক কোই তৌদনা ) ঙাংবা ৱাঙাং অমা, কনানা অর্থদু থৈদোক্কুনা ঙাংবা ৱাঙাং অমা, কনানা অর্থদু মচেক্লা য়ৈদুনা ফোংদোকপা ৱাঙাং অমা, কনানা স্বরনা ( কাকুনা ) অর্থদু থংহনবা ৱাঙাং অমা। মতৌ অহুম্না লোলদা ( ভাষাদা ) ৱাহৈ ৱাতা অসি মথল য়াম্মি।

মরমদুনা মথক্তা ( প্রথমখণ্ডগী পৃঃ ২ দা ) কাব্য ( সাহিত্য ) লক্ষণ তাকখিবা— "ৱসনা জীব ওইবা ( ৱস চেনবা হাইবদি সুংঙাইবা পোকপা) ৱাহৈপরেং'বু কাব্য কৌই" হাইবা অসিদা য়াওরি-বা "ৱাহৈপরেং" হাইবা অসিদা থর নৈনফম থোকই, মরমদি—ৱাহৈ পরেং অমা পাবদা ১সুং তাবদা ৱাহৈদুগী ১সুং ৱাহৈপরেং ( ৱারেং ) দুগী অহাংইবা অর্থতং ( বাচ্যার্থতং ) খ'লগা লেইদবা ৱাহৈ-ৱারেং কয়া ঐখোইনা শিজন্নরি, খুদম— "ষণ তৎলে" "তৌদোংনা ঙা চাবা য়েংউ" "মণিপুর থোনা কৈ" "মফমসিদা কাক চংহনগনু" "হৌজিক নুমিৎ তারে" "মাগী মরলসি মরল ওইরে" অসিনচিংবা কয়াসি ঐখোইনা শিজন্নরি ( হাইনরি )।

"ষণ তৎলে" ৱারেংসিদা য়াওরিবা "ষণ" ৱাহৈ অসিনা ষণগী অহাইবা অর্থ (বাচ্যার্থ) ষণকৌবা শা অদু খ'নদে, তৌইগুমসুং ষণদু নৎতবা অতোপ্পা অর্থ অমা (ষণদুদা পুন্নবা থোরি) খংনরি, অদুগা

"মণিপুর খোৗনা ফৈ" হায়রেংসিদা "মণিপুর" হায়বা মণিপুর লৈপাক খংনদনা অতোপ্পা অর্থ অমা (মণিপুরগী মী) খংনরি। "নুমিৎ তারে" হায়রেং অসিনা নুমিৎ তাবা অদুতং খংনরগা লোইদনা মকম মতমনচিংবগী মতুংইন্না অতোপ অতোপ্পা অর্থ কয়া খংনরি, হাইবদি হুরানবা মশেল ভাংনবদা "হুরানবা চৎলসি" খংনরি, মমশল্লকপদা— মপা মমানা শান্নরিবা মচাদা হাইবদা "য়ুমদা চংলকও" খংনরি। "মাগী মরলসি মরল ওইরে" হায়রেংসিদা অনিশুবা মরলগী অর্থনা মচেন্না য়েন্দুনা "দানজৌবা, চাথোকপা অসিনা অওইবা মরম্ম" হাইবা অর্থসি ফোংদোকই।

মরম অসিনা হায়েংগী ১স্নুং অর্থগী মরমদা মখল করি করি লৈবনো? হাইবদু খংদবা য়াগ্রবা মরম অমা ওইগনি শিংডি। হায়ে (পদ) ১স্নুং অর্থগী মখলদা দার্শনিক পণ্ডিতকা আলঙ্কারিক পণ্ডিতকা মত খেন্নৈ। সাহিত্যগী মতাং ওইবনা আলঙ্কারিক মত মতুংইন্না হায়ে মখল ১স্নুং অর্থ মখলগী মরমদা থরদং—

কাব্যলক্ষণ তাকপদা য়াওখিবা "হায়েংপরেং" হাইবদুদা য়াওরিবা "হায়ে" হাই হৌদু করিনু কৌই? হাইবদু হান্না খংদবা য়াদে। মখোল (শব্দ) অসি মখল অনি শুই— ১। ময়েক (অক্ষর) গী মশক ওইবা মখোল অমা, ২। নিনবা মখোল অমা।

হায়ে কৌবদি—লেংবা য়াবা অমগা অমগা মরি লৈনন্নিবা অর্থ ফোংদোকপা ময়েক অহুবু হায়ে হাইনা খংনৈ*। উদাহরণ— চকু, য়ুম, লাইরিক অসিনচিংবসিনি। করিগুম্বদা নিনবা মখোল

* "বর্ণাঃ পদং প্রযোগানন্বিতৈকার্থ বোধকা।" ইতি দর্পণাৎ।

মতৌতশ্বা ( অনুকরণ শব্দ ) অদুগুম্ব (শুং ছুং, দমদমনচিংবসু) ৱাহৈ-শিংদা চয়ে। ৱাহৈসি মখল অহুম ওই।

**ৱাহৈ মখল—** ১। হাইনবা-কৌনবা ৱাহৈ ( বাচকপদ ), ২। থৈদোকপা ৱাহৈ (লাক্ষণিকপদ), ৩। মৈহনবা ৱাহৈ (ব্যঞ্জকপদ), মতৌম্মা ৱাহৈসি মখল অহুম খোক্লা খাইদোকই। মখল খাই-দোকপগী মৱম মথাদা হাইরক্নি।

**ৱাহৈপারেং ( ৱারেং )** কৌবদি— ৱাহৈ অনিনচিংবগী অর্থহু মহৈ মহৈ অমগা অমগা লিপক্লবদা ( অন্বয়দা ) অপনবা লৈতবা, শন্থুগা মরি লৈনবা ( অমা ৱাওদনা অমা পাংথোকপা য়াদবা ) অদুগুম্বা নক্লা হাইমিন্নবা ৱাহৈ অনিনচিংবগুবু "ৱাহৈপরেং" নৎত্রগা "ৱারেং" হাইনা খংনৈ*। "মৈ থিকথরে" ৱাহৈ অনিসি অর্থ লিপক্লবদা অপনবা লৈবনা ৱারেং কৌয়োই। যথ. সগোল, মী, শামু—ৱাহৈ ময়ামসি অর্থহু অমগা অমগা মরি লৈনদবনা ৱারেং কৌবোই। "ৱাম চৎলি" ৱাৱাংসি ঙাংবদা "ৱাম" ৱাহৈ হাইবগী পুং ৫। ১০ গী তুংদা "চৎলি" হায়রবদি নক্লা হাই-মিন্নদবনা ৱারেং কৌয়োই।

**পুন্সিন্নবা ৱারেং ( মহাবাক্য )** কৌবদি— ৱারেং অনিন-চিংবগী অর্থশিংহু ( বাক্যার্থশিংহু ) মহৈ-মহৈ লিপক্লবা ময়াবা অদুগা মরিসু লৈনবা অদুগুম্বা নক্লা হাইমিন্নবা ৱারেং ময়ামহুবু পুন্সিন্নবা ৱারেং হাইনা খংনৈ§। "ৱাম মমিৎ তাংলে, মানা থা

* "বাক্যং স্যাদ্ যোগ্যতা কাঙ্ক্ষাসত্তিযুক্ত পদোচ্চয়।" ইতি দর্পণাৎ।

§ "বাক্যোচ্চয়ো মহাবাক্যং।" ইতি দর্পণাৎ।

উই" হায়েং অনি অসিগী অর্থসি (বাক্যার্থ অনিসি) লিপরুবা য়াদবনা পুন্সন্নবা হায়েং কোয়োই। "মা চাক থোংলি, মা তুরেল্দা ইরুজরি" হায়েং অনিসিগী অর্থসি (বাক্যার্থ অনিসি) অমগা অমগা মরি লৈনদবনা পুন্সন্নবা হায়েং কোয়োই। মসিদগী থংবা গুন্থি— প্রবন্ধ অমা রচনা তৌবদা হায়েং অমদগী হায়েং অমা লোৎহকপদা হায়েং অনিথুগী অথং লিপরুবা য়াবা (যোগ্যতা) লৈহনগদবনি, ১স্নুং মরি (আকাঙ্‌ক্ষা) লৈহনগদবনি। অদুনা হায়েং-শ্লোক অমগা হায়েং-শ্লোক অমগা, অমস্নুং পন্দুপ অমগা পন্দুপ অমগা থংনবদা হাইব'দ হায়েং অমদগী হায়েং অমা লোৎহকপদা মরি লৈনবগী মরমদা ( সঙ্গতিদা ) মখল ৬ পুথোক্‌নুনা পণ্ডিতশিংনা বিচার তৌবৈ। *

অর্থ কৌবদি—হাইহৈ তাবদা ১স্নুং পাবদা থংনরিবা— ওাংলিবা মীগী ( বক্তাগী ) পুক্লিং বিষয় অদুবু অর্থ হায়না খ'বৈ।§ ইঙ্গিৎনা থংনবা অর্থদুদি হাহৈ নৎত্তবনা গৌণার্থনি থংনগনি। খুদম—"যণ চৎলি" হায়েংসিদা "যণ হাহৈনা থংনরিবা—বক্তাগী পুক্লিং বিষয় অসি মখোং মরি পানবা যণ কৌবা শা অদুনি। উক্ত হায়েংসিদা "যণ" গী অর্থ উক্ত শাদুনি। অদুগা "যণ তংলে" হায়েংসিদা 'যণ" হাহৈনা থংনরিবা—বক্তাগী পুক্লিং বিষয় অসি শয়ানা মরৈ মরৈ তাবা যণদা পুল্লিবা পোৎ অদু ( থৌরিদু ) নি। অদুনা উক্ত হায়েংসিদা যণগী অর্থ থৌরি অদু ওইরগনি। অদুগা

* "সপ্রসঙ্গ, উপোদ্‌ঘাতো হেতুতা বসরস্তথা
নির্ব্বাহৈকৈক্য কার্য্যৈক্যে ষোঢ়া সঙ্গতিরিষ্যতে ॥"

§ "পদপ্রতিপাদ্যত্বমর্থত্বং।" ইতি হরিদাসসিদ্ধান্তবাগীশং।

"য়ণ তংলে তংলে" য়াবেংসিদা যণনা থৌরি থংহনগদবা লৈরবদি "যণগী থৌরি তংলে", হায়গদবদা হাইরদুনা "যণ তংলে তুংলে" হাইবসিনা থৌরিত নংতনা "যণসি চংখদৌরে" হাইবা বক্তাগী পুক্নিং বিষয় অমসু থংনরি, মরম অসিনা লোন্দা অর্থ অসি মখল অহুম থোক্না শিজন্নরি হাইবসি মরেক লানা থংবা ওন্মি।

অর্থ মখল অহুমগী মমিং—১। অহাইবা অর্থ (বাচ্যার্থ), ২। অথৈবা অর্থ (লক্ষ্যার্থ), ৩। অয়েবা অর্থ (ব্যঙ্গ্যার্থ)। য়াহৈদুগা অর্থদুগা কয়রুম্বা মরি অমা তশাইকদনা লৈনদবা য়াদে. করিনা "যণ" য়াহৈনা মখোং মরি পানবা যণ কৌবা শাদুত্তবু থংনৈ, ফী, চফুনচিংবা থংনদে। চফু য়াহৈনা লৈপাক্না শাবা ঈশিং হাপ্নবা ১সুং চাক থোংনবা পোৎ অহুম থংনৈ, ফী, যণনচিংবা থংনদে।*

অর্থ থংহনবা মরি (বৃত্তি §) মখল—য়াহৈগা অর্থগা লৈনবা মরিসি—মখক্তা হাইখিবা অর্থ মখল অহুমহু মরি অমত্তনা থংনবা য়াদবনা মখল অহুমগুই—মাদুদি১। কৌহনবা মরি (অভিধা) ২। থৈহনবা মরি (লক্ষণা), ৩। য়েহনবা মরি (ব্যঞ্জনা)। **

১। কৌহনবা মরি (অভিধা বৃত্তি) কৌবদি—পোৎ অসি মমিং অসি কৌনহুনা ১সুং হাইনহুনা খনসনু হাইনা নিংখিবা (ইচ্ছা) অহুবু থংনৈ। ইচ্ছা অসি মখল অনি ওই—কুইরবা ইচ্ছা অমা, অনৌবা ইচ্ছা অমা। কুইরবা ইচ্ছা অসিবু ঈশ্বরেচ্ছা

---

* "অর্থো বাচ্যশ্চ লক্ষ্যশ্চ ব্যঙ্গ্যশ্চ ত্রিধা মতঃ" ইতি দর্পণাৎ।

§ "বৃত্তিরর্থবোধিকা শক্তি" ইতি হরিদাসোক্তেঃ।

** "বাচ্যোঽর্থোঽভিধয়া বোধ্যো লক্ষ্যো লক্ষণয়া মতঃ।
ব্যঙ্গ্যো ব্যঞ্জনয়া তাঃ স্যুস্তিস্রঃ শব্দস্য শক্তয়ঃ॥" ইতি দর্পণাৎ।

হাইনৈ। লৈপাক্লা শাবা চাক থোংনবা পাত্রহবু "চক্ষু" হাইবা রাহৈ-সি হায়রদুনা ১সুং কৌদুনা খংনসগু হাইনা কনাগুম্বা অমনা নিংখিবদুগী মরিদুনা ( ইচ্ছাদুনা ) উক্ত পাত্রদুবু ওসি ফাওবা ঐখোইনা "চক্ষু" হাইদুনা খংনরি, মসি কুইরবা ইচ্ছানি। উক্ত পাত্রদুবু করি মরমদগী চক্ষু নৎত্রবা রাহৈ অমা হাইদদুনা চক্ষুত্রবু হাইদুনা নিংখিবনো? গাই-বদু মখাদঃ হাইরক্লি। কনাগুম্বা মীদুনা মচাদুবু "রাম" "শ্যাম" অসি-নাচিংবা কৌদুনা খংনসনু নিংখিবা অদুগী মরিদুনা 'রাম' না রাম কৌ-বা মচাদুত্রবু খংনরি, মসি অনৌবা ইচ্ছানি, অদুগা "রূপমহল" নাট্য মন্দিরগী মমাংদা লৈবা লম্পাক অদুবু চৌজিক "গান্ধিমৈদান" হাই-না খংনবসি অনৌবা ইচ্ছানি খংনগনি।

মন্তব্য —কুইরবা ইচ্ছা, অনৌবা ইচ্ছা অনিমকসি অওইবমক্তি ঈশ্বর ইচ্ছা ওাক্তনি, মরমদি পোৎ অসি—অসি হাইদুনা ১সুং কৌদুনা খংনসনু হাইনা নিংলিবা মীত্রগী অনিংবদু ঈশ্বরনা ইন-শল্লকপনি ( প্রেরণ তৌরকপনি )।

**অহাইবা অর্থ ( বাচ্যার্থ ) কৌবদি**—কৌহনবা মরিনা (অভি-ধাবৃত্তিনা) খংহনবা অর্থদুবু, অহাইবা অর্থ ( বাচ্যার্থ ) কৌই।* অহাইবা অর্থ খংনবা রাহৈবু, কৌনবা", নৎত্রগা "হাইনবা" রাহৈ হাইনা খংনৈ।

**অহাইবা অর্থ মখল**—অহাইবা অর্থসি অমুক মখল মরি ওই—(ক) ব্যাকরণগী পান্থৈনা খংনবা অর্থ ( যোগার্থ) (খ) চৎনর-

*"বাচ্যোঽভিধয়া বোধ্য" ইতি দর্পণাৎ।

কপা অর্থ ( রূঢ়ার্থ, (গ) ব্যাকরণ পাম্বৈগা চৎনরকপগা অনিমা পুনবা অর্থ ( যোগরূঢ়ার্থ ), (ঘ) ব্যাকরণ পাম্বৈনসু খংনবা অমা চৎনরকপনসু খংনবা অর্থ ( যোগরূঢ়ার্থ )। অর্থ মখল ৪ সিগী মতুংইন্না কৌনবা ৱাহৈ ( বাচক ) অসি—ব্যাকরণনা খংনবা ৱাহৈ ( যৌগিক ), চৎনরকপা ৱাহৈ ( রূঢ় ), ব্যাকরণ ১সুং চৎনবা অনি পুনবা ৱাহৈ ( যোগরূঢ় ), ব্যাকরণ ১সুং চৎনব অর্থ অনি খংনবা (যৌগিকরূঢ়) ৱাহৈ অমুম্মা মখল মরি শুই।

(ক) ব্যাকরণ পাম্বৈনা খংনবা অর্থদি ( যোগার্থদি )—চাবা, চারিবা, চাগদবা অসিনচিংবনি। প্রকৃতি প্রত্যয়গী মথংনা—চা ধাতুদা+ক্রিয়াদ্যুত খংনবা 'বা' প্রত্যয় তৌরগা="চাবা" ৱাহৈসি চাবা ক্রিয়াদ্যুত খংনৈ। চা ধাতু+কর্ত্তা খংনবদা তৌবা "রিবা" প্রত্যয়="চারিবা" না চারিবা মীদু খংনৈ। চা ধাতু+কর্ম্ম খংনবদা "গদবা" প্রত্যয়="চাগদবা" না চাগদবা পোৎ অদু খংনৈ। মতৌ-সিগুম্না হাইবা, হাইরিবা, হাইগদবা ; তৌবা, তৌরিবা, তৌগদবা অসিনচিংবদসু খংনগনি।

(খ) চৎনরকপা অর্থদি ( রূঢ়ার্থদি ) পাকোই চেগপ, উনৌচ উসোই, খুমিৎ, শিংজিৎ, খুনেৎ অসিনচিংবনি। "পাকোই চেগপ" ৱাহৈসি ব্যাকরণনা ফংবা অর্থ—পা (মীৎপান্দা হৌবা তু ), কোইবা (থদৎপা ), যোগার্থসি খংনদ্রবনা ( থাদোক্তুনা ), কোই কোইনবা চেগপ খংনবসি চৎনরকপদগীনি। মতৌ অমুম্মা—"উনৌ চোংলে" হাইবসিদা "উনৌ" না উ অনৌবা খংনদ্রবনা ৱানৌ খংনবা অজি নরকপদগীনি। মতৌ অমুম্মা অতৈদসু খংনগনি।

(গ) ব্যাকরণ পান্বেগা চৎনরকপগা অনি পুনবা অর্থদি (যোগরূঢ়্যর্থদি)--চক্ষু, উরীরৈ, উঙাং অসিনচিংবনি। "চক্ষু" রাহৈসি চাক ফুনা কেথখিবদগী থোকখিবা রাহৈনি, চাককী ফু=থোকফম অসুম্না ব্যাকরণনা (যোগনা) "চক্ষু" রাহৈসি চাক থোকফম পাত্র ওই হাইদুনা কোর্ফু, থেক্লচিংবা খংনবা তারবদা চৎনরকপনা লৈপাক্লা শাবা অদুতবু খংনৈ। মতৌসিগুম্না অতৈ অতৈদসু খংনগনি।

(ঘ) ব্যাকরণনসু খংনবা অর্থ, চৎনরকপনসু খংনবা অর্থদি (যৌগিকরূঢ়্যর্থদি)—শংকাবা, খোংহাম্বা, মন্নুংচংবা, মপালথোকপা অসিনচিংবনি। "শংকাবা" রাহৈসি—ব্যাকরণনা (যোগনা) শং= য়ুম+কাবা=কাখৎপা মসিসু খংনৈ, রূঢ়িনা য়ুম অনৌবা চংবা হৌবসু খংনৈ। উদাহরণ—"শাগে খাংলেনলিঙৈদা ইরুজদনা শংকাবা য়াদে"—রারেংসিদা "শংকাবা" রাহৈসিগী অর্থসি যোগার্থনি (ব্যাকরণনা খংনবা অর্থনি) অদুগা "থা শিরমদাইদা শংকাবা কৎতে" রারেংসিদা "শংকাবা" রাহৈসি চৎনরকপদগী অনৌবা য়ুমদা পৃজানচিংবা তৌদুনা চংবা হৌবা অহানবদু খংনৈ।

অর্থ (বাচ্যার্থ) খংননবা মরম—অহাইবা অর্থ খংননবা মরম ৮শুই, মরম ৮ দুদগী বাচ্যার্থ খংনৈ। * মরম ৮ দুদি—১। ব্যাকরণ, ২। চাংদমনবা (উপমা), ৩। কোষ, ৪। লোলহৈবা মীগী ময়া (আপ্ত বাক্য), ৫। ওাংনশানবা (ব্যবহার), ৬। রারেং

---

*"শক্তিগ্রহং ব্যাকরণোপমানকোষাপ্তবাক্যাদ্ ব্যবহারতশ্চ।
বাক্যস্ত শেষাদ বিবৃতেব দন্তি সান্নিধ্যতঃ সিদ্ধপদস্য বৃদ্ধাঃ।" সারমঞ্জরী।

মমৈ ( বাক্যশেষ ), ৭। অর্থছন্দোকপা ( বিবৃতি ), ৮। খংলবগা হাইমিন্নবা ( সিদ্ধপদ সন্নিধি ) মখল নিপালসিদগী বাচ্যার্থ খংনৈ।

১। ব্যাকরণদগী অর্থ খংবদি—চাবা, চাখিবা চাগদবা অসি-নচিংবদা "চাবা" না চাবাক্রিয়া, "চাখিবা" না জাখিবা মী, 'চাগদবা' না চাগদবা পোৎ খংনবসি ব্যাকরণ ষায়েন্দগী খংবনি। পৃঃ ১১৭ "ক"গী ছুনি।

২। চা'দম্নবদগী অর্থ খংবদি—কৈ খংদবা মীনা কৈ খংলবা মীদা হংবদা মীঙুনা "হৌদোং মানবছু "কৈনি" তাকই। বন অমদা মীঙুনা হোদোং মানবা শা অমা উবদা মসি (শাসি) "কৈ" হাইবঙুনি খ'বছু চাংদম্নবদগী খংবনি হায়না খংনগনি।

৩। কোষদগী অর্থ খংবদি—"শংবা" ষাহৈগী অর্থ খ'দবা মীনা মৈতৈলোনগী কোষ য়ে'বদা, শংবা—অহা'বা, অচোৎপা, মুন্দ-বা, মাংনব-শংবা অসিনচিংবা উবদা "শংবা"গী অর্থশিং অসি খংবছু কোষদগী খংবনি হায়না খংনগনি।

৪। লোল হৈবা মীগী মরাদগী খংবদি—"চক্ষু" ষাহৈগী অর্থ খংদবা মীনা "চক্ষু"গী অর্থ হংবদা চক্ষু খংলবা মীঙুনা চক্ষু মশক্তু থিন্দুনা "সিনি" হাইঙুনা তাকপদা খংবঙুনি।

৫। ভাংন শানবদগী অর্থ খংবদি—অভাংন লোলগী অর্থ খংবসি অয়াম্বদা ভাংনা শানবদগী খংবনি, হাইবদি—অভাংগী মাংদা মী অমনা হাইবা-"চক্ষু পুরকউ" ষায়েং অসি তাবদা থৌদাকম ওইরিবা মীঙুনা চক্ষুহ পুরকই, মহু উবদা অভাংঙুনা খ'ঙি,—"চক্ষু পুরকউ" ষায়েংসিনা থবক অসি খংনবোরে অভামা খংঙি, মতুংদা অমুক 'চক্ষুহ থম্মু', 'কী পুরকউ' হাইবসিগী থবকতু উবদা অভাংঙুনা

খংখরে,—চক্ষু রাহৈসিনা লৈপাক্লা শাবা পোৎ অসি খংনবোরে, ‘খম্মু’’ রাহৈসিনা থম্বা থবক অসি খংনবোরে, ‘ফী’ রাহৈসিনা লংনা শাবা পোৎ অসি খংনবোরে, ‘‘পুরকউ’’ সিনা পুরকপগী থবক খংনবোরে। মতৌ অশুম অশুম তৌদুনা অৎাংদুনা (রাহৈদুগী অর্থ খংদ্রবা মীদুনা ) চক্ষুনচিংবগী অর্থ খংবদু ঙাংনশানবদগী খংবনি।

৬। রাবেং মমৈদগী অর্থ খংবদি—‘‘অশং অশংবা লৌখৎলু কৌবদা লাক্কদবদি অহাংবনি’’ রাহৈপারংসিদা মমৈথংবা রারেংদগী ‘অশংবা’ রাহৈসিনা অহাংবা অর্থ খংনবসি—রারেং মমৈদগী খংনবনি।

৭। অর্থ ছন্দোকপদগী (বিবৃতিদগী) অর্থ খংবদি—‘চেং তাইরু’ রারেংসিগী টীকা টীপ্পনীদা তাইরু হাইবদি ‘য়োল্লু’ হাইনা হাইরম্বদগী ‘তাইরু’ রাহৈগী অর্থ ‘য়োল্লু’ হাইনা খংবদু বিবৃতিদগী খংবনি।

৮। খংলবগা হাইমিন্নবদগী অর্থ খংবদি—‘‘লৈকা ফজবা থম্বালদা খোইমুনা ঙংদুনা ঙংদুনা লৈগী চুপই’’ অস্নুম্না কনাগুম্বা অমনা হাইবদু তাবদা ‘খোইমু’ রাহৈগী অর্থতং খংদবা মীদুনা মতম অমদা থম্বালদা ঙংদুনা লৈগী চুপলিবা জীবদু উরগা ‘খোইমু’ হাইবদু জীবশি ওইরে হাইনা খংবদু, খংলবগা (থম্বালগা) হাইমিন্নবদগী খংবা অর্থনি খংননি।

মন্তব্য—রাহৈগী অর্থ খংনিংবশিংনা অর্থ খংনবা মরম মথল অসি মুম্না থিজিন্নবদি অর্থদু হেক্তা খংবা ঙমগনি।

**অহাইবা অর্থ ( বাচ্যার্থ )মথল অমমুক**—অহাইবা অর্থসি ( বাচ্যার্থসি ) অমুক হন্না মথল মরি শুই—জাতি, গুণ ব্যক্তি, ক্রিয়া ; * বগ, শংগোল অসিনচিংবা—অমা তাদুনা উদুনা খংথিবদা উথিবদু নৎতবা মাগুম্বা কয়ামুক হেক্তা খংবা ঙম্বা পোৎদু জাতিনা

অর্থনি খংনগনি। অদুগা অদুম্বা রাহৈ অদুবু "জাতি খংনবা রাহৈ" (জাতিবাচক) কৌই।

মাল্লবপোৎ অমদগী অমবু তোপ্পা খংহনবগী মরম—ক্রিয়াদি নৎতবা—মচু, মহাও, মনম মশিংনচিংবা খংনবা রাহৈদু গুণনা অর্থনি খংনগনি, অদুগুম্বা রাহৈদু গুণ খংনবা-রাহৈ (গুণবাচক) কৌই। চাওবা, অমুবা, রাম, শ্যামনচিংবা—মতোম মতোমতা খনবা রাহৈগী অর্থদু ব্যক্তিনা (পোৎশক পোৎশক অদুভনা) অর্থনি, অসিগুম্বা অর্থ খংনবা রাহৈসিবু "মতোমতা খংনবা রাহৈ" (ব্যক্তিবাচক) কৌই। চাবা, য়েংবা, ফম্বা—অসিনচিংবা রাহৈগী অর্থ ক্রিয়ানি, অসিগুম্বা অর্থ খংনবা রাহৈবু "ক্রিয়া খংনবা রাহৈ" (ক্রিয়াবাচক) কৌই॥

মথক্কী মরম কয়াসি লৈবনা মৈতৈলোনগী অহাউবা অর্থসি (বাচ্যার্থসি) মখল মখা য়াম্মী, অদুগা ব্যাচ্যার্থ খংনবা রাহৈসু মখল য়াম্মি খংনগনি।

পৃষ্ঠা ১১৫ দা "অর্থ খংহনবা মরি (বৃত্তি) মখল" হাইবদুদা য়াওখিবা "থৈহনবা মরি" (লক্ষণা বৃত্তি) হায়বদুগী লক্ষণ করিনো? হাইবদু মতাং অসিদা খংনিংঙম থোকই।

২। থৈহনবা মরি (লক্ষণা বৃত্তি) কৌবদি—রারেং অদুদা য়াওরিবা রাহৈদুগী—অহাইবা অর্থদু (বাচ্যার্থদু) মাগা হাইমিন্নরিবা রাহৈশিংদুগী অহাউবা অর্থগা (বাচ্যার্থগা) —লিপরুবা য়াম্রবদা (অন্বয় য়াম্রবদা), নৎত্রগা লিপরুবা রান্নবম্ন মতুদা (লিপরুন্ধনা তৌবা যাবা অর্থদুদা), হাইরিবা অমসুং ইরিব

**"সঙ্কেতো গৃহ্যতে জাতৌ গুণদ্রব্য ক্রিয়াসুচ।" ইতি দর্পণাৎ

মীহুগী ( বক্তাগী-লেখকী ) পুক্লিং চাত্রবদা ( তাৎপর্য্যানুপপত্তিতঃ ) চৎনরকপদগী নৎত্রেগা কান্নবা মরম অমদগী উক্ত রাৈহুগী অহাইবা অর্থহুগা ( বাচ্যার্থগা ) মরি লৈনবা অর্থ অমদা পৈদোক্তুনা খংহ-ল্লিবা অহুগুম্বা মরিহুবু থৈহনবা মরি ( লক্ষণা বৃত্তি ) হাইনা খংনৈ। ঈশ্বরইচ্ছা নৎতবা মরি অসিমা রাহৈদা লৈ খংনগনি *

উদাহরণ (ক)—চৎনরকপদগী থৈহনবা মরিনা (লক্ষণা বৃত্তিনা ) অথৈবা অর্থ ( লক্ষ্যার্থ ) খংনবা রাঙাং—'মণিপুরসি ইরাং পাম্মি', রাঙাং অসিদা ( রারেংসিদা ) "পাম্মি" রাহৈগী অর্থসি—মথরাই পানবদা লৈগদবা ওইবনা, মথরাই পান্দবা 'মণিপুর' গী অর্থ মণিপুর কৌবা লৈপাক্তা , অর্থ লিপক্লবা য়াদবনা ( অন্বয় য়াদবনা ) "মণিপুর" রাহৈসি মাগী অর্থগা মরি লৈনবা লৌহুনা ( লক্ষণা তৌহুনা ) মণিপুর মচা ওইবা-মীহু খংনৈ। মতৌ অসিগুম্বা "হৌজিক ভারত মনিং তমলে", "মণিপুর জ্ঞান তারে" "থৌবাল লাইব্রিক হৈগৎলক্রে" অসিনচিংবদসু খংনগনি।

অহুগা "হৌদোংনা ঙা চাবা য়েংউ" "মকমসিদা কাক চংবা য়েংউ" "যণনা কৌ চাবা য়েংউ" অসিনচিংবা রাঙাংসি চৎনরিবা রাঙাংনি। রাঙাংশিং অসিদা ( রারেংসিদা ) রাহৈশিং অসিগী অহাইবা অর্থ ( বাচ্যার্থ ) শিং অসি অমগা অমগা লিপক্লবা য়াদবা লৈতে ( অন্বয়বাধা লৈতে )' অহুবু বক্তাগী ('ঙাংলিবা মীহুগী ) লিপক্লবা য়াবা অর্থহুদা উদ্দেশ্য তৌবা নৎতে, হায়বসি মতমনচিংবনা

*মুখ্যার্থবাধে তদ্‌যুক্তো যয়াণ্যোঽর্থঃ প্রতীয়তে।
রূঢ়েঃ প্রয়োজনাদ্বাসৌ লক্ষণা শক্তিরর্পিতা ॥" ইতি দর্পণাৎ

মরম ওইহুনা খংঙি, হাইবদি হৌদোংনা ঙঃ চাবা য়েংবগী মথক্তা হাইবা নৎতে হাইবসি খংহুনা থৌদাকম মীহুনা ঙা চাগদবহু ঙাকই। অহুনা "য়েংউ" ৱাহৈসি-মাগী বাচ্যার্থ—য়েংবহু থাদোক্লগা "ঙাকউ" হাইবদা-থৈদোক্তুনা খংনৈ। মতৌসিগুম্না অতৈদসু খংনগনি।

(খ) কান্নবা মরমদগী (প্রয়োজনদগী) থৈহনবা মখিনা (লক্ষণা বৃত্তিনা) অথৈবা অর্থ খংনবা ৱাঙাং—"ইবুঙো! কদাইৱাইদা লৈ"? ননাই ঐ "শিংজমৈদা লৈজে", "কৈশামথোংদা লৈজে" অসিনচিংবা অহুগা লম্বীচৎলিবা মী অমনা 'হা ইবুঙেঙাখোই! ষণ তৎলে তৎলে' অশুম্না হম্না হম্না হায়ৱকপা অসিনচিংবা। উক্ত ৱাঙাংশিং অসিদা ৱাহৈশিংগী অর্থ, অমগা অমগা লিপক্লবা (অন্বয়) য়াদবদগী "শিংজমৈ" না শিংজমৈ কৌবা কৈথেলহুগী মনাক অহু, অহুগা 'ষণ' না ষণহুদা পুন্নবা থৌরিহু থৈদোক্তুনা (লক্ষণা তৌহুনা) হেক্তা খংনৈ। মশুম্না খংগদবা লৈৱবদি 'শিংজমৈ' মনাক্তা লৈজে"; "ষণ পুনবা থৌরী তৎলে" হাইগদবৱু হাইদহুনা "শিংজমৈদা", মসুং "ষণহু" হাইক্লবা অসিনা বক্তানা—শিংজমৈ মনাক্তা লৈবগী পোৎ লৈবদা ওইজ ওইথক্লচিংবা কান্নবা (খুদোংচাবা) অমা, অহুগা ষণসি তৎতুনা চৎখিদোৱে হাইবা কান্নগদবা অমা ফোংদোক্লিংঙি। মসুম তৌহুনা ফোংদোক্লিবা অর্থহুৱু ব্যঙ্গ্যার্থ কৌই, ব্যঙ্গ্যার্থগী মরম মথাদা হাইৱকখিগনি।

**লক্ষণাসি মখল অনি শুই—শুদ্ধলক্ষণা, গৌণীলক্ষণা।**

**শুদ্ধাসি** মখল অনি থোক্লা খাইদোকই—১। মশাগী অহাইবা অথ

( বাচ্যার্থ ) য়াওদবা লক্ষণা (জহৎস্বার্থ লক্ষণা) উদাহরণ—"শিংজমৈদা লৈজে" "ষণ তৎলে" "মণিপুর থৌরে" অসিনচিংবশুনি। মসিদা "লৈজে" ক্রিয়াশুগী অন্বয়দা "শিংজমৈ" কোবা কৈথেল অশু য়াওদ্রে। "তৎলে" ক্রিয়াগী অন্বয়দা ষণগী অর্থ য়াওদরে।

২। মশাগী অহাইবা অর্থ (বাচ্যার্থ) য়াওবা লক্ষণা, (অজহৎস্বার্থ লক্ষণা) উদাহরণ- "পূজা মফমসিদা কাক চংহনগনু", ৱাহেংসিদা "কাক" ৱাহৈসিনা পূজাগী পোৎ মাংহনগদবমখৈ (হুই-শৌদোংনচিংবা) হেক্ত খংনৈ, চংহল্লাইদবশুনা হুইনচিংবত নৎতনা কাকতুমকস্থু য়াওবনা "কাক" না লক্ষণা তৌশুনা হুইনচিংবা খংনবাস মশাগী অহাইবা অর্থ য়াওবা লক্ষণানি খংনগনি।

গৌণী লক্ষণা - বাচ্যার্থগী মগুণ মান্নবদা থৈদোকপা (লক্ষণা) অশুবু গৌণীলক্ষণা কৌই—উদাহরণ—"অঙাং অসি মৈনি" "নিপা অসি কৈনি" অসিনচিংবনি। "মৈনি" ৱাহৈসিনা মৈদা লৈবা প্রতাপকা মান্নে খংনৈ। "কৈ" ৱাহৈনা কৈদা লৈবা থৌনাশুগা মান্নে খনৈ, অশুনা "মৈনি" হাইবসিনা মৈগুম্বনি হাইনা খংনরগনি। মতৌস্মুম্না "পোৎ পুন্নিবসি ষণনি" অসিনচিংবদস্থু খংনগনি।

ৱাহৈশুগী অর্থশু মশাগী অর্থ নৎতবদা ( বাচ্যার্থভিন্নে ) থৈদোক্তুনা (লক্ষণা তৌশুনা) খংনরবদি—ৱাহৈশুগী মমিং-থৈদোকপা ৱাহৈ ( লাক্ষণিকপদ ) কৌগনি। অর্থশুগী মমিং-অথৈবা অর্থ (লক্ষ্যার্থ) কৌগনি।

অর্থ খংহনবা মরি ( বৃত্তি ) মখলগী মনুংদা যা ওবিব (পৃঃ ১১৫না) ব্যঞ্জনা হাইবগু করিবু কৌবগে হাইনা মতাং থসিদা অমুক খংনবংকম থোকই।

৩। য়েংহনবা মরি ( ব্যঞ্জনা বৃত্তি ) কৌবদি—রাগাং অহুদা খংনরবা অহাইবা অর্থ ( বাচ্যর্থ ) নত্ত্রগা অথেবা অর্থ (লক্ষ্যার্থ ) অর্থ অনিসি খংলগা অর্থ অনি অসু নত্তবা অর্থ অমসু —রাগৈসুনা নত্ত্রগা খংলিবা অর্থ অনিসুগী (বাচ্যর্থ লক্ষ্যার্থগী ) মনুংদা অর্থ অমনা মচেক্লা য়েংহুনা খংবা অর্থ অমা ক রগুম্বা র ওাদা হেক হেক য়াওরি। মচেক্লা য়েংহুনা খংনরবা অর্থমুগ য়েংগলিবা রাহৈগা মরি অমা লৈনদবা য়াদে, অহুনা ওহুগুম্বা মরি (বৃত্তি) অসুবু য়েংহনবা মরি ( ব্যঞ্জনা বৃত্তি ) কৌই। *

য়েংহনবা মরি ( ব্যঞ্জনা ) মখল—য়েংহনবা মরি (ব্যঞ্জনা বৃত্তি ) অসি অলঙ্কা রকশিংনা মখল অনি থোক্লা খাইদোকই— ১। শব্দনা য়েংহনবা (শাব্দীব্যঞ্জনা) ২। অর্থনা য়েংহনবা (আর্থী ব্যঞ্জনা )।

১। শব্দনা য়েংহনবা মরি ( শাব্দী ব্যঞ্জনা ) অসি অমুক মখল অনি গুই—(ক) কৌহনবা মরিনা য়েংহনবা (অভিধা মূলাব্যঞ্জনা অমা। (খ) থেংহনবা মরিনা য়েংহনবা ( লক্ষণামূলাব্যঞ্জনা ) অমা।

(ক) কৌহনবা মরিনা য়েংহনবা (অভিধানমূলা ব্যঞ্জনা ) কৌবদি—রারেংহুদা য়াওরিবা কারগুম্বা রাগৈ অমগী ( পদগী ) অগাইবা অর্থতু ( বাচ্যার্থতু ) অনি-অহুম চংবা গুরহনা করম্বা অর্থ

*"বিরতাস্বভিধাদ্যাসু যয়ার্থো বোধ্যতেহপর:।
সা বৃত্তির্ব্যঞ্জনা নাম শব্দস্যার্থাদিকস্যচ ॥" ইতি দর্পণাৎ।

লৌগদৌবনো ? হাইবত্তু চিংনরবদা হাইমিন্নরিবা রাহৈ, মতাং (প্রকরণ), মতম, মফম, স্বরফিবম ( উদাত্তনচিংবা ), কাকুস্বর ( খোম্থোক্কী মওং ), মখোইশিং অসিগী § মপুংদা অমনা মরম ওইত্তুনা রাহৈসিগী অর্থদি মসিনি হাইনা লেপ্পবদা অমুক অতোপ্পা অর্থ অমস্তু য়ৈত্তুনা শংহনবা মরিত্তবু (বৃত্তিত্তবু ) অভিধামূলা ব্যঞ্জনা কৌই। "তাইবা" রাহৈ অসিগী অহাইবা অর্থসি (বাচ্যার্থসি )— য়োনবা, লৈবা ( পোৎ মমল পিত্তুনা লৌবা ), শমজন্নহনবা ( ফী তাইবা ) হকচাং ঈ থাংদবা অসিনচিংবসি শংনৈ। "লেম্ফু" রাহৈসি —লরাই,(কোকথক) উগী মরু, থরোগী মরু অসিনচিংবা অর্থসি শংনৈ, শংবা রাহৈসি—অহাংবা, অচোৎপা, মুন্দবা, পুক্কুংদা লৈবত্তু থা থোং-লোমদা চপ্থক্লবা হোৎনবা, অসিনচিংবা অর্থাস শংনৈ।

অর্থ ময়াম শংনবা রাহৈত্তুগী অর্থত্তু চাইমিন্নবা রাহৈদগী অর্থ অমদা লেপ্পগী উদাহঃ—"চেং তাইবা চৎলি" রাসেংসিদা "চেং" গা হাইমিন্নবদগী "তাইবা"গী অর্থসি য়োনবা হাইরনি হেক্তা লেপ্পা ওম্মি। পাৎতগী লেম্ফু পাইত্তুনা লাকই" পাৎকা হাইমিন্নবদগী "লেম্ফু" গী অর্থ থবোগরুত্তনি শংবা ওম্মি।

"লেম্ফু শেক্লনি" রাসেংসি উপাল ফুকপা মতাং ওইরগা উগী মরুত্তনি লেপ্পি, কোক্তা করিগুম্বা অমা তৌবগী মতাং ওইরগা লরাইনি হাইবত্তু হেক্তা শংই।

---

"সংযোগো বিপ্রযোগশ্চ সাহচার্য্যং বিরোধিতা।
অর্থঃ প্রকরণং লিঙ্গং শব্দস্যান্যস্য সন্নিধিঃ।
সামর্থ্যমৌচিতী দেশঃ কালো ব্যক্তি স্বরাদয়ঃ।
শব্দার্থস্যানবচ্ছেদে বিশেষ স্মৃতি হেতবঃ॥" ইতি দর্পণাৎ।
"বিকৃতস্বরঃ কাকু।" ইতি হরিদাসঃ।

মতৌ অণুম্না অর্থ ২। ৩ নচিংবা খংনবা রাহৈদুংগী অর্থদু হাইমিন্নবা রাহৈ অমস্তুং মতাংনচিংবনা মরম ওইদুনা অর্থসিদা হাইবনি হায়বদু লেপ্পা ঙম্মি।

স্বর ফীবম অসি মখল অহুম শুই—উদাত্তস্বর (অরাংবা স্বর), অনুদাত্ত স্বর (অনেম্মা স্বর), স্বরিত স্বর (ময়াই ওথবা স্বর)।

কৌবদা, খুম্বদা, রা ঙা বদা, স্বরনা নুংশি নুংঙোল, অকিবা, অরাবা, অশাওবনচিংবদু হংব, ঙংনৈ।

লম্নীদা কনাগুম্বা নিপা অমনা মৌ, নত্রগা লৈশাবী অমদা "ইবেম্মা!" হাইনা কৌবদা অমস্তুং "ভাদা!" হাইনা খুম্বদা অদুগা র ঙাংনা-শানবদা স্বরদুনা (খাম্হোক্তুনা) ইচম চম্বা ভাবতা কৌনবনি ঙাংনবনি, নুংশি-নুংঙোল ভাবতা কৌনবনি ঙাংনবনি হাইবদু অতোবনা হেক্তা খংবা ঙাম্ম। মতৌসিগুম্না মী অমনা কৌর-কপদা অমস্তুং খুম্নকপদা স্বরদুনা অকিবা খোনফমনি, অরাবা, অশাওবা খোনকমনি হাইবদু হেক্তা খংবা ঙম্মি।

মরমসিনা নাট্যাচার্য্য ভরতমুনিনা শৃঙ্গারনচিংবদা স্বরফীবম শিজিন্নকম তাক্রম্মি—মদু দি হাস্যদা, শৃঙ্গারদা অহানবদা স্বরিত স্বরদা হাইরগা মথং মগং উদাত্তস্বরদা শিজিন্নগনি। মতৌসিগুম্না বীর, রৌদ্র, অদ্ভুত ও সিদা উদাত্ত-স্বরিত ; অদুগা করুণ, বীভৎস, ভয়ানক ৩সিদা অনুদাত্ত-স্বরিত শিজন্ন ॥ *

---

*"হাস্য-শৃঙ্গারযো: স্বরিতোদাত্তং, বীররৌদ্রাদ্ভুতেষু উদাত্তস্বরিতং। করুণবীভৎসভয়ানকেষু অনুদাত্তস্বরিতমুপপাদয়েৎ॥"
ইতি ভারতাচার্য্য হরিদাস কৃতটীকায়াং।

অভিধা মুলা ব্যঞ্জনাগী উদাহরণ—"শুক অহু শংবরা ?" রাহংসি ফৌ শুবগী মতাং ওইহুনা "শ বা" রাহৈসি হাংবরা ? হায়বনি খংলবদ', মীহুনা ব্যঞ্জনানা চোংপদা অর্থ লৌহুনা "শুক অসি চোংলি" হাইনা খুৎনু য়াই অমসুং খুমনৈ। মসিগী মরম শ্লেষ অলঙ্কারগী মতাংদা হাহরকখিগনি।

(খ) থৈহনবা মরিনা য়ৈহনবা (লক্ষণামুলা ব্যঞ্জনা) কৌবদি—কান্নবা মরম অংগী দমক লাক্না ওকপদ য়াওনা শিজিন্নবা রারেংহুদা মচেকনা য়ৈহুনা কান্নবা অর্থহু খংহনবা অহুগুম্বা মরি অহুবু কৌই।

উদাহরণ—"ইবুঙগো! নং কদাইদা চৎলে ?" রাহংসিদা— "ননাই ঐ শিংজমৈদা লৈজে" খুমি। পাওখুমাসদা "শিংজমৈ" রাহৈসি কৈথেল অমগী মমিংনি। "শিংজমৈ" না লক্ষনা তৌহুনা শিংজমৈ মনাক খংনেরবদা অমুক ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা শিংজমৈ মনাক্তা লৈবগী পোৎ-চৈ লৈবনচিংবদা থোইদোক্না খুদোংচাবনচিংবা কান্নবহু খংনৈ। মসিদা "শিংজমৈ" রাহৈগা "কান্নবা" অর্থহুগা মরি লৈনবহু লক্ষণামুলা ব্যঞ্জনানি খংনগনি। অতৈদসু মতৌন্নয়া খংনগনি।

২। অর্থনা য়ৈহনবা [আর্থী ব্যঞ্জনা] কৌবদি— রারেংহু অমসুং পুন্সন্নবা রারেংহু পাবদা অমসুং তাবদা—হাইরিবা মী (বক্তা), তারিবা মী (হাইফম মী), রারেংহুগী রাহৈ-রাতা, রাঙাংহুগী মতাং (প্রকরণ), রাহৌদোক (প্রস্তাব), ঙাংনরিবা মকম, ঙাংনরিবা মতম, ঙাংনরিব-ঙাংলিবা খোন্থোক (স্বর), হাই-থিরশিং অসিগী মসুংদা—খাইগা মান্নদবা (বিশেষ ওইবা) মতৌ

মওং ১/২না চিংবনা ময়ম ওইন্নুনা অর্থন্নুনা (ক) বাচ্যার্থনা নৎত্রগা (খ) লক্ষ্যার্থনা নৎত্রগা (গ) ব্যঙ্গ্যার্থনা) মচেক্লা য়ৈবা অর্থ অমা ( বাচ্যার্থ, লক্ষ্যার্থ, ব্যঙ্গ্যার্থ ওসি নৎতবা অর্থ অমা ) খংহনবা অন্নুগুম্বা মরি ( বৃত্তি ) অন্নুবু অর্থনা য়ৈহনবা মরি ( শার্থী ব্যঞ্জনা ) কৌই।

( ক ) বাচ্যার্থনা মচেকনা য়ৈন্নুনা খংনবা ব্যঙ্গ্যার্থগী উদাহরণ—(১) কনাগুম্বী অমনা মতাদা হাইরকপা—

ইতা ! মতমসিস্থ বসন্তনি,কামস্থ শাওবদা শাক্ক কনশল্লক্লি।
রতিলীলা শান্নকমসিস্থ মাধবী লতানা য়ুমগুম নিংথিরি।
রতিলীলাগী চোকথ 'কোকহনবা, মলয়া মালংবস্থ লিরি শিৎলক্লি।
থমোই মণি মাদি পোইরৈ তাম্না লৈখি, হৌজিক ঐ করি তৌনি চান্নবী !
দর্পণদগী )

পুন্সম্নবা ৱারেং অসি পাবদা—ভাংলিবীস্থ (বক্তৃীস্থ ), ৱাহৈস্থ, ৱাহৌদোকস্থ, মতমস্থ মওং মতৌ অমা ( বিশেষ ) ওইবনা বর্ণনাসিগী ৱাহৈশিং অসিনা খংনব্রিবা অর্থশিং অসি ( বাচ্যার্থশিংসি ) নৎতবা—"ইতা ! থমোইগী মণিন্থ ( চান্নবন্থ ) মকমসিদা থুনা থাবিব্রকউ" অন্নুম্বা অর্থ অসিমা মচেক্লা য়ৈন্নুনা ফোংদোকই।

২। "মাধবী" দা—"খরা চৎলগা উরীর পাম্বী অমা য়েৎনকুম উপাল ফংত্রন্নুনা লৈপাক্লা মরি চৎন্নুনা মথম্নতা ইকোয় কোয়না য়েৎশন্নুনা লৈবা উরে।" বর্ণনাসি মতাং, মকম মতৌ মওং অমা ওইবদগী দৃষ্টান্তালঙ্কারনা বর্ণনাসিগী অর্থনা মচেক্লা য়ৈন্নুনা ( ব্যঞ্জনানা ) "মাধবী" গী নায়িকা উরীনৈসি নায়ক অমক্তা মুংশি-মুংগোল পুক্লিং অন্নু শংঙ্গিবীনি হাইবা অর্থ অসিমা ( ব্যঙ্গ্যার্থসিনা ফোংদোকই।

৩। ময়ুম পাল্লিবীনা লম্বীদা মরুম্বী থেংনরুবদা হাইরকপা—
থরাইদগী হেঙ্গবা! মফমসি উমংনি, অনিশুদ্রবী ঐহাক্লি।
শুকনা মন্নবা অহিংনি, ইচিক হুন্থবা মতমনি, নংনা পুক্লিং হুন্নবী ঐহাক্লি।
ইপুরোইবনা থেংলে হাইবন্ননি, রাহৈ-অমৃতসি চান্নবন্থ মহাও থংনা থকস্রে।
দর্পণদগী)।

বর্ণনাসি পাবদা ৱারেং অমমন্না ৱারেংসিগী অর্থ (বাচ্যার্থ) নৎতবা অর্থ অমমম ফোংদোক্লি, হাইবদি "মফমসি উমংনি" অসিনা মাগী বাচ্যার্থ নৎতবা 'উন্নবা য়ারবা মফমনি" হাইবা অর্থাসমা মচেক্না য়ৈত্থনা ফোংদোকই। অত্থগা "অনিশুদ্রবী ঐহাক্লি" অসিনা "উন্নবদা অপনবা (প্রতিবন্ধক) লৈত্রে" অর্থসি ফোংদোকই। "শুক্না.........অহিংনি" সিনা "মী লাক্লবন্থ উররোই" অর্থসি খংহল্লি। "ইচিক... ... ....মতমনি" সিনা "মীগা লাক্লরোই" অর্থসি খংহল্লি। "পুক্লিং....ঐহাক্লি" অসিনা "উন্নদনা নংবু থাদোক্লুনা চৎপা ঙমাদ্রে" অর্থসি খংহল্লি। "ইপুরোইবনা.............. হাইরন্ননি" সিনা "থিন্থরগনু" অর্থসি ফোংদোকই। বর্ণনাসিদা—ৱারেং অমমমনা ব্যঙ্গ্যার্থ অমমম খংনবসি ঙাংলিবন্থ (বক্তৃীথু) মওং অমা ওইবনা অমসুং হাইফম মীত্থ, মফমন্থ, মতমন্থ মওং অমা ওইবনা (বিলক্ষণ ওইবনা) খংনবনি খংনগনি।

৪। "নুমিৎ তারে" ৱারেংসি হুরানবা মশেল ঙাংনবগী মতাং ওইরগা ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা "হুরানবা চৎলসি" হাইবা ব্যঙ্গ্যার্থসি হেক্না খংনৈ। অত্থগা মপা মমানা লমজাওদা শান্নরিবা মচাদা হাইবা মতাং ওইরগা "য়ুমদা চলকও" হাইবা ব্যঙ্গ্যার্থসি হেক্না

থংনৈ। মতৌ অম্সুম্না রাওাং অদু—মতাং মতম, মফম, ঙাংলিবা মী, ( বক্তা ), তাগ্নিবা মী ( শ্রোতা ) অসিনচিংবগী বিশেষতাগী মতুং ইন্না ব্যঙ্গ্যার্থ থংনগনি।

(খ) লক্ষ্যার্থনা য়ৈহ্নুনা থংনবা ব্যঙ্গ্যার্থগী উদাহরণ—মরুপ্পীদু কৌরু থাখিবী দূতীদু হল্লকপদা মাগী সম্ভোগ ওইরকপা খুদমদু উরগা নায়িকাহ্নুনা হাইরকপা—

"ঐনা কৌদা লাক্লোই" হাইনা মিনম্বঙাংবী। মরুপ মপীক্সা রাগনি থংদবী।
চিনবান মথাগী রাগ কোক্লকপসিনা, থবাক চন্দন মুৎলকপাসিনা,
নশাপুম্বা কোদোমশাৎকুম্লকপসিনা, ঐগী নাক্তগী পুন্নি তানা,
ইরুজবা চৎলুনি নহাক্লা, অতোনবা নায়ক নাক্তা নং চৎলুত্রবনি। (দর্পণদগী)

বর্ণনাসিদা ঙাংলিবী (বক্তী) নায়িকাসিনা হাইরিবা ৱাহাপ্পিং অসি অওইবা ইরুজবগী মথক্তা হাইবা ওইরবদি—হাইফম থৌকপা চিবান মথক মথাগী রাগ (চিন্দা তৈবা অঙাংবা) কোক্লকপা, লাইবক চন্দন মুৎলকপা অসি পুম্বা হাইদহ্নুনা থবাক চন্দন মুৎলকপদা, চিনবান মথাগী রাগ কোক্লকপতা, হাইবসিনা 'নায়ক নাক্ত নং চৎলুত্রবনি' রারেংসিদা "চৎলুত্রবনি" রাহৈসগী অর্থদা ( বাচ্যার্থদা ) ঙাংলিবী নায়িকাগী পুক্নিং নৎতে ( তাৎপর্য্য নৎতে ), অহ্নুনা "চৎলুত্রবনি" রাহৈসি লক্ষণা তৌহ্নুনা "চৎলুরবনি" হাইবা লক্ষ্যার্থসি থংনৈ। লক্ষ্যার্থসিনা অমুক মচেক্লা য়ৈহ্নুনা "অতোনবা নায়ক অহ্নুগা লোইনহ্নুনা রতিলীলা শ.ম্নগে হাইবগীদমক' হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থসি থংনৈ, মসিদা ব্যঙ্গ্যার্থ থংনবসি হাইফম মী দূতীগী মওং মতৌ অমা ওইবদগীনি থংনগনি ॥

(গ) ব্যঙ্গ্যার্থনা মচেক্লা য়ৈহ্নুনা থংনবা অর্থগী উদাহরণ—সঙ্কেত মফমদা লাক্লবা মরুপ্পীহ্নুনা মী-লাকদ্রা? লৈরমগদরা? চিংনহ্নুনা রতিবিহারগী থৌরাং থারবদা নায়িকাহ্নুনা হাইরকপা—

মী লাকনি মীপাইহ্নুনা, থৌরাং থারিবা ইবুঙঙো।
হৌজিক উরোক কৌবা চেক্লা, লৈরাংথবাল লৈনা'থক্তা
মরকতা মনি'থক্তা লথনা লৈবঙম লৈথরে। ( দর্পণদগী )

বর্ণনাসিদা—উরোক লেংদনা লৈখরে চাইনা খংনবা বাচ্যার্থ অসিনা-মচেক্লা য়েন্থনা ( ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ) উরোক অহু "মফমসিদা মী লাক্লরোই থাজরে" হায়বা ব্যঙ্গ্যার্থসি কোংদোকই খংনগনি। ব্যঙ্গ্যার্থসিনা-অমূক "মফমসিদা মী লৈত্রে অমস্তুং লাক্লরোই" হাইবা অর্থসি নায়িকাম্থনা নায়কতুদা খংহল্লি হাইবসি পাঠকশিংনা খংনগনি।

মতৌ অমুম্মা "আর্থীব্যঞ্জনা" অসি "ব্যাচার্থ ব্যঞ্জনা," "লক্ষ্যার্থ ব্যঞ্জনা," "ব্যঙ্গ্যার্থ ব্যঞ্জনা" অমুম্মা অহুম শুই।

খোম্থোক্লা (কাকুস্বরনা) ব্যঙ্গ্যার্থ খংনবগী উদাহরণ—ওক্তশিংদবা তৌরুবা মচাদা মমানা হাইবা—"নুংঙাইরেদকো নংনা তৌরুসে" মসিদা খোম্থোক্লা "নুংঙাইরেদকো" সিনা "নুংঙাইতেদকো" হাইবা ব্যঙ্গার্থসি হেক্তা খংনৈ। মতৌ অমুম্মা—নুংঙাইরে, য়াম্মা হাওরে, পেল্লে অসিনচিংবদা খোম্থোক্লা "নুংঙাইতে" হাইবনচিংবা ওম্নবা অর্থ হেক্তা খংনৈ। ঐখোয়না হাইনরি—"মানা ঙাংলিবসি স্বর (খোল) অমা তৌইদা" মসিনা স্বরনা ব্যঙ্গ্যার্থ কোদোকই হাইবগী প্রমাণনি।

মন্তব্য—সাহিত্যদা, ইশৈদা—রাগৈন্থগী বাচ্যার্থহু খংলগা ঙাংলিবা মী অহুগী পুক্লিং অহু করিনো ? ( অভিপ্রায় কররিনো ? ) হাইবহু থিজন্দুনা অর্থ খংহনবা মরি (লক্ষণা বৃত্তি,ব্যঞ্জনা বৃত্তি) অনি অাঙগী মথৌশিং অসি য়েংশন্দুনা (সমাজ চনা তৌথনা ) সাহিত্যহু পারবদি অমস্তুং ঈশৈহু তারবদি সাহিত্যহুদা ঈশৈহুদা উৎলিবা রসম্থ চুপ্পদা মথরাই পানগনি। মরমদি রা-না অমা ঙাংলগা অর্থনা অমা খংহন্দুনা ইবা ( ব্যঙ্গ্যার্থ লৈবা ) সাহিত্যহুবু (ধ্বনিবু) সাহিত্য মথল অহুমগী (ধ্বনি, ব্যঙ্গ, অব্যঙ্গ), মমুংদা উত্তম ( অরাংবা ) সাহিত্যনি লিংথানৈ * অহুগা অর্থ মকালাম্মা উৎলবদি পুক্লিং খৌগৎতে ( দোষনি)। দোষ গুণগী মরম মখাদা হাইরক্লি।

অহুমগুবা মঙাল লোইরে।

* "বাচ্যাতিশয়িনি ধ্বনিস্তৎ ব্যঙ্গে কাব্যমুত্তমং" ইতি দর্পণাৎ।

# মরিগুবা মঙাল

## সাহিত্যগী দোষ অমসুং গুণগী বিচার

ঐখোইগী লোল অসি—রাগৈ অমগা রাগৈ অমগা হাইমিন্নবদা (ভাষা যোজনাদা) অহাইবা মী (বক্তা), অতাবা মী (শ্রোতা মখোইসিগী মতুংইন্না, অহুগা মীশক মীওইহুগী মতুংইন্না, অহুগা অর্থ অর্থহুগী মতুংইন্না দোষ (গজদবা), গুণ (ফজবা) অমি অসি লৈ হাইবসি ঐখোইগী ভাংন শান্নবদা, ঐখোইনা খংনরি খুদম—

"ঙা অমত্তা লৌবিয়ু" রাঙাংসিদা—হাইরবা মী, খোদাফম মী, অনিহুগী মীশক মীওই মতুংইন্ন-মুংশিবা (স্নেহ), ইকাইখুম্নবা (সম্মান), পুক্নিং হন্থবা (সংকোচ) পোক্নরি।

১। মচাগী চানবগীদমক মমানা মমৌদা হাইবা—"তোম্বী! চাওবগী ঙা অমত্তা লৌবিয়ু" রাঙাংসিদা মমানা মচাদা লৈবা মুংশিবহু কোংদোকপনি। মমৌদা সম্মান তৌবা নতে।

২। মমাগী চানবগীদমক মচানা মাগী মতুদা হাইবা—"তোম্বী! ইমাগী ঙা অমত্তা লৌবিয়ু" রাঙাংসি তাবদা পুক্নিং হন্থবা অমা পোকই। অহুনা "লৌবিয়ু"গী মহুংতা "লৌ" হাইরবদি সংকোচ পোক্কে।

৩। মমাগী চানবগীদমক মচানা মাগী মথক খোংবা মীদা হাইবা—"ভাদবু! ইমাগী ঙা অমত্তা লৌবিয়ু" রাঙাংসিদা সম্মান ভাব অহু কোংদোকই।

মতৌ অম্বুম্না—"ঘড়ীহু পুং কয়া তাবিয়বনো ? য়াম্বাংসি মথকথোংবা মীদা হংলগা সম্মান কোংদোকই, মখাথোংবা মীদা হংলগা কয়েম্নবা নংত্রগা কাগীভাব কোংদোকই।

য়াতাই চাদয়গা ইকাইবা, হজোইবনচিংবা পোক্কনা পুক্কিং হম্বা য়ায়েং কয়া লৈ। মহুদি—"চৎপগী সাফু (বেল) কনমনথিবনা নাক-য়েত্তা মুংশিং থাইথ্রে" মসিদা "মুংশিং" য়াহৈগা 'থাইথ্রে' য়াহৈগা হাইমিন্নবদা য়াতাই চাদবদগী থাগী মুংশিংচৎপা ভাব পোক্কনা ইকাই। মতৌম্বুম্না চাক হায়ো, লুক চায়ো অসিনচিংবগী য়াতাইসি ভাবদা পুক্কিং হৈন্থে।

মতুহ্ শিগ্রবদা নিপাস্থনা নোমফম ত্রিকফম থংজন্নবা কনাগুম্না অমদা ইভিং ইভিং হাইরকপা—"ইবুঙ্গো! খুয়াম্ব নম্বোল লৈত্রব-সিদা তৌফম থংদ্রে" য়ায়েংসি হেক ভাবদা ইকাইগুম্বা নোক্লিংগুম্বা অমা পোকই। অসিনচিংবা ইকাই গঙ্গোই পোকপা য়াভাই, য়াহৈ য়াতা মৈতৈলোন্দা কয়া লৈবা উনরি।

শাওবগী মওংদা অমস্বুং চৈবদা—অতিশিক্ষিত (নাগরিক) অর্দ্ধশিক্ষিত (উপনাগরিক) অশিক্ষিত (গ্রামিক) অহুমসি য়াম্নদে।

১। নাগরিকনা শাওবদা—ইঙ্গিংনা শাওনৈ, অহুগা চৈবদা—মার্জ্জিত ভাষানা (খোন লুনা) চৈনৈ।

২। উপনাগরিকনা শাওবদা—মকা থজিক্কুং লায়া শাওনৈ, অহুগা চৈবদা য়াহৈ য়াম্ভা থয়া থিয়পনা চৈনৈ।

৩। গ্রামিকনা শাওবদা—কম্বিথোক্না হাংকদবক্তম শাওনৈ, শাওনৈ, চৈবদা য়াহৈহু থিনা য়াক্লা অকায়পেং থাংদা চৈংচৈনৈ।

উৎলিবা খরদং অসিনচিংবা লৈবনা মখক্তা হাইখিবা নায়ক-নায়িকা মখলত্বগী সভ্যতা সংস্কৃতিত্ব চুম্না অত্বগা রাতাইনচিংবা চানা, শব্দ অমসুং অর্থ মশক ফজনা সাহিত্যদা উৎলবদি পুক্লিং থোগৎলি অত্বগা ওম্না তৈননা উৎলবদি পুক্লিং চৈম্বে। সাহিত্যদা পুক্লিং থোগৎহনবনা গুণনি, পুক্লিং হন্থহনবনা দোষনি।

মরম অসিনা মৈতৈ সমাজগী মমি মৈতৈ সাহিত্যদা করি করিনা দোষনো ? করি করিনা গুণনো ? অসিবত্ব খংদবা রাত্রথা রাকম ওইগনি।

## সাহিত্যগী দোষ

দোষ কোবাদ—রাহৈ রাতাইত্ব তাবদা অমসুং অর্থত্ব খংবদা মওং-মতৌত্ব উবদা ইকাইবনচিংবা পোক্লুনা উৎলিবা রসত্বদা পুক্লিং হন্থহনবা হাইবদি রসত্ব থুমজনহন্দবা, মকশনহনবা, ময়াং কংশন-হনবনচিংবা অত্বগুম্বা থোম্বোক (শব্দ) ১মুং রাতাই ১মুং অর্থ অত্ব, অত্বগা প্রতিবন্ধকরসকী অঙত্ব সাহিত্যদা দোষ কৌই হাইনা রস-শাস্ত্রনা শিংথাবৈ। *

দোষ মখল—দোষ অসি মখল অহুম শুই—শব্দদোষ, অর্থদোষ, রসদোষ। শব্দদোষ অসি ত্রমুক হন্না মখল অহুম থোক্লা থাইদোকই—রাহৈগী দোষ, (পদদোষ) রাহৈ মচেৎকী দোষ (পদাংশদোষ), রারেংগী দোষ (বাক্যদোষ) অপুনবদা দোষ অসি মখল মঙানি। †

---

* [illegible] দোষাঃ" ইতি দর্পণাৎ।

† [illegible] কৃতা। পদে পদাংশে বাক্যার্থে সম্ভবন্তি [illegible]" ইতি দর্পণাৎ।

ম্রাইহগী দোষ কৌবদি—ম্রাইহং (পদহ) তাবদা মুত্তাই-ত্তবা ১সুং ইকাই হল্লোইবনচিংবা পোক্তুনা রসদা পুক্লিং কম্বহনবা অত্তুগুম্বা ম্রাইহংবু খংনৈ। উদাহরণ—"বজ্রও বত্রও থিযু" মসি তাবা মুংত্তাইহবা (দুঃশ্রব) নি। "লাকও লাকও থু থু।" "মাগী মশকসি থিদা থি-থি" অসিনচিংবদা "থু" ম্রাইহসি ইকাইবা পোকই (ব্রীড়া-অশ্লীলনি), "থি" ম্রাইহসি হল্লোইবা পোকই। (জুগুপ্সা অশ্লীলনি)।

ম্রাইহমচেৎকী দোষ কৌবদি—ম্রাইহংগী মচেৎতু হেক তাবদা ইকাই হল্লোইবনচিংবা পোক্তুনা রসদা পুক্লিং কম্বহনবা অত্তুগুম্বা ম্রাইহমচেৎ অত্তুবু খংনৈ। উদাহরণ—"মরিংগী থুমোক মনা নাম্বা হাংনা শাদ'ত্তম, নংগী নোংমা নোংলম্বনা তত্নকনি চান্ন-বন্থ॥" ম্রারেংসিদা "থুমোক" ম্রাইহগী মচেৎ "থু" অসি হেকতাররগা "মোক" অসিদি তাঁৱরৈদা ইকাইবা অমা পোকই।

ম্রারেংগী দোষ কৌবদি—ম্রারেংতু তাবদা ইকাই হল্লোইব-নচিংবা পোক্তুনা রসদা পুক্লিং হম্বহনবা অত্তুগুম্বা ম্রারেংতুবু খংনৈ। উদাহরণ—"হনুমাননা লঙ্কা তম্না অভিম্না চোংথৎখিবদা, ম্রাইকৈ অশিদা মুংশিং থাইখরে॥" ম্রারেংসিদা "মুংশিং" ম্রাইহগা "থাই-খরে" ম্রাইহগা অনি পুনশনবগী অর্থত্তু—থাখোংদা মুংশিং চংলগা খংনবনা ইকাইবা পোকই। (ব্রীড়াঅশ্লীল দোষনি) ম্রাইহ [illegible] মরক্তা "সমজী" ম্রাইহসি ম্রাও [illegible] [illegible] করম তৌরগা, ১সুং [illegible] [illegible]প্রসব করিন্যে ?) হা [illegible]

ৱারেংদসু ৱাহৈদসু লৈবা দোষ মখল— ১। তাবদা নুংঙাইতবা (শ্রুতিকটু / দুঃশ্রব), ২। ইকাই খজোই ফুকজবা পোকপা (অশ্লীল), ৩। লোনচোপ (গ্রাম্যভাষা)—লোল অসি মখল অহুম ওই— (ক) লৈপাকমচা লোল (নাগরভাষা), (খ) লোল্লক (উপনাগরভাষা), (গ) লোনচোপ ( গ্রাম্যভাষা ), ৪। অর্থহু মফম অমদদা থংনবা (অপ্রতীত)। ৫। অর্থ অনি অহুমচিংবা থংনহুনা চিংনবা (সন্দিগ্ধ)। অসিনচিংবা দোষ মখলশিং অসি ৱারেংদসু ৱাহৈদসু লৈবা দোষনি থংনগনি। অদুগা দুঃশ্রব, অশ্লীল অনিসিদি ৱাহৈ মচেংতদসু লৈ থংনগনি। দোষ অনিসিগী উদাহরণদি মথক্তা (পৃঃ ১৩৬তা) হাইখ্রে।

৩। লোনচোপসি—শিক্ষা ফংদবনা শিজিন্নৈ, খুদম—"মাগী মতুনা হাইরকই।" লোল্লকসি—মরাইওইবা শিক্ষা ফংবনা শিজিন্নৈ, খুদম—"মাগী নুপীনা হাইরকই।" লৈপাকমচা লোলসি—অৱাংবা শিক্ষা ফংবনা শিজিন্নৈ, খুদম—"মাগী ইবেম্মনা হাইরকই।" মতৌ-সুম্না অর্থ অমত্তদা লোলগী গ্রাম্যনচিংবা মখল অহুমসি লৈ।

"মাগী মতু..." মতু ৱাহৈসি গ্রাম্যনি।

"ইবেম্মা। নংবু পাম্লিবা ঐবু নংনা করম্না পামদ্রিবা?" ( দর্পণদগী )

ৱারেংসি গ্রাম্যনি।

মন্তব্য—নাগরিক অমগী চরিত্র চিত্রন তৌবদা গ্রাম্য ভাষানা নাগরিক অদুবু ওাংহনবা, লেখককী লেখনী অদু গ্রাম্যদোষ লৈ হাইনা শিংথোগনি, মরমদি—নাগরিক অমবু গ্রাম্যভাষানা ওাংহনবহু তাথদা তাবুককী পুক্নিং নিংথৌরবা পোকনি, মরম অদুনা সাহিত্য আলোচনাদা নায়ক-নায়িকাশিংবগী পরিচয় লেখকনা কুম হাইনা 'নিরন্তর হাইবহু মুদ্রা বিজিনকম থোকই নিংবি।'

৪। অর্থদু মকম অমদদা খংনবা (অপ্রতীত) গী উদাহরণ—
"উহু তাইরো ঐ লৌরগে ।।" বারেংসিদা "তাইবা" বাহৈনা য়োনবা খংনৈ, "তাইবা" না য়োনবা খংনবদি চেং-ফৌদতা খংনৈ। অদুগা "ঐ কৈথেন্দা চাননবা ঙা তাইগে চৎলিবনি।" বারেংসিদা "তাইগে" না লৈগে খনৈ, 'তাইবা' না লৈবা খংনবদি থুমদতা খংনৈ। অদুনা বারেং অ'নসিদা 'তাইবা' শিজিন্নবসি বাতাই চাদবনা অর্থ হেক খংবা ঙমদে, অদুনা বারেংদা লৈরা অপ্রতীত দোষনি খংনগনি। অদুগা 'ইমা! মসি লৌথোকপদা ক্লোরোফোম থাগনি" "ক্লোরোফোম" না খ'নবাদ ডাক্তর লায়েংবদতা খংনবনি। অদুনা বারেংসিদা "ক্লোরোফোম" শিজিন্নবসি বাহৈদা লৈবা অপ্রতীতনি।

৫। অর্থ ২। তনচিংবা খংনদুনা চিংনবা বাহৈ (সন্দিগ্ধ) গী উদাহরণ—"শুক অদু শ'ঙ্গওঙৈদা শেমহৌ।" বারেংসিদা "শংবা" না হাংবা, চোৎপা অর্থ অনিসি খংনবনা মতাং খংজিঙৈনা পাঠকনা করম্বা অর্থ লৌগদৌরিবনো? চিংনগনি। অদুনা বাহৈদা লৈবা সন্দিগ্ধ দোষনি খংনগনি।

বারেংদদা (বাক্যমাত্রে) লৈবা দোষ মখল—১। বাহৈহেনবা (অধিকপদ), ২। বাহৈৱাৎপা (ন্যূনপদ), ৩। বাহংগা পাওথুমগা কাটনবা (ভগ্নপ্রক্রমতা), ৪। খাইনা খাইনবদু হাইদবা (প্রসিদ্ধত্যাগ)

অসিনচিংবা দোষ অসি বারেংদতা লৈবা দোষনি খংনগনি। উদাহরণ—
(১) "মামা মতমজুদা বা খাইগে।" বারেং অসিদা "হাইগে" বাহৈসিনা "বা" বাহৈসি অদুম খংনবদা "বা" বাহৈসি হেনবনা বাহৈহেনবা দোষনি। অদুগা বিশেষণ শিজিংবা মতাংগদি অধিক

দোষ লৈতে। মখুদি—"মানা মতমন্থদ: মুংশিংগা রা হাইখরে"। মায়েংসিদা "মুংশিবা" হাইবা বিশেষণ অসি য়াওবনা "রা" মাহৈসি অহেনবা মাহৈনি হাইনা লৌরোই।

(২) "ইবেম্মা! মতমন্থদা মৈৎচিনা ঐতোন্দা হাইকেৎতং য়েংবিখিবন্থ—সোয়ারেন ওইবনা ঐ কৈদৌনি॥" মায়েং অসিদা "য়েংবিখিবন্থ—মাহৈসিগী কর্ত্তা অসি "নংনা" ওইগদরা? "মানা" ওইগদরা? অমুম্না চিংনবা পোকই। কবিগী পুক্নিংদি (অভিপ্রায়দি) "নংনা হাইনিংবনি, অদুনা "নংনা" মাহৈসি মাৎলে। (ন্যূনপদ দোষনি)। অদুগা "নং" "মা" "ঐ" য়াওদ্রবসু মথানা খংনদব থোকপদদি ন্যূনপদ দোষসি লৈতে। মসিগী উদাহরণ—মপানা মচাদা হাই, "মথোইদা চৎলু" হাইনা, মায়েংসিদা "চৎলু" সিগী কর্ত্তা "নং" অসি অদুম তেক্তা খংনৈ।

(৩) "নং করি চারকই? ঐ সজোম থক্লকই॥" মায়েংসিদা মাহংগী মাহৈনা খুমদবসি ভাবা মুংওইতে, অদুগা মাহংগা পাওখুমগা কাইনবা দোষমু লৈয়ে খংনগনি।

(৪) "চেং মোনবীতনা চেংমীৎ খংঙি, উত্তরতনা উমিৎ খংঙি, থবাল লৈহী মশক্তি থোক্নমূতনা মথংঙি, কৈনৌ ময়োল মহাওদি কোকিলতনা মথংঙি॥" চেংদদি অমমুং কৌদদি মোনবসি "অর্থ" মাহৈসিনা হাইনৈ, অদুনা বর্ণনাসিদা—"চেং মোনবী" হাইখসিদা খাইনা হাইনবা "অাইবা"সি হাইদবনা অভাবগী পুক্নিং হৎওবা অমা লোয়ানি, মসি "হাইনবমু হাইদবা" মোনমুনি। করুণ উৎপা বর্ণনা মনদা থাইনবা মাহৈমু হাইত্রবদা লোক্নিংওবা অমা পোকমুনা করুণগী

খুংঙাইখদা লুপালিবা পুন্নিংথু তম্বগনি। অমুগা হান্নকাস উপমা বর্ণনাদদি হাইনবা হাইদবসি লৈংযগী মহৌসা ওইগনি।

অর্থদোষ কৌবদি :—অর্থতবু হেকথংবদা মরম পুন্নিং হুম্বা পোকহনবা, তত্থুংবা অর্থতবু অর্থদোষ হাইনা খংনৈ। অর্থদোষ মখল উদাহরণগা লোইননা মথং মথং মখাদা কাইরি—

১। উদ্দেশ্যগী মতেং পাংদবা অর্থ (অপুষ্ট)। "পাক চাওরবা অতিয়াদা থোরক্লিবা থাসি য়েংবিরগা, চান্নবী। অশাওগুবা থাদোকপিরো" (দর্পণদগী)। অশাওবা থাদোরবদা 'পাক চাওরবা' হায়বগী অর্থসিনা মতেং করিসু পাংদে।

২। মথং মনাও ওন্নবা অর্থ (দুষ্ক্রম)। "মহারাজ। শগোল অমতা পিনবিয়ু, মত্রগা শামু অমতা পিনবিয়ু" (দর্পণদগী) মসিদা শামুনা হান্না হাইগদবনি।

৩। অশিক্ষিতার্থ (গ্রাম্য)। "চান্নবা। ঐ হিপচরে হৌজিক ইনাক্তা হিপ্পিবরো।" (দর্পণদগী) লোল অসি অচোমা লোলনি।

৪। পোং অদু অহানবদা অহৈনবা নত্রগা তাখবা ওইনা হাইরগা তুংদা অমুক তাথব নত্ত্রগা অহৈনবা ওইনা হাইবা (ব্যাহত) "নৌনা থোরকপা থাবনা পাখংগী খংমোই হুকা শুমদে, মীরাখগী মীৎকী খাবনগুবী নির্দিবী মযুদি, পাখংশিংনা মোইদাদা য়েংলি।।" (দর্পণদগী) বর্ণনাসিদা অহানবদা খাবনবুনা তাখনা হাইরগা (য়েংনিংনা হাইরগা) মতুংদা অমুক খাবনবু অহৈনবা ওইবা (য়েংনিংনা) হাইরসি তাবুককী খাজবা য়াংশনা বসদা পুন্নিং হুইনৈ।

৫। পামদবা লোয়দোকপা অর্থ (প্রকাশিত বিরুদ্ধ) "মহারাজ! নদা ইযুতেঙাংদি রাজলক্ষ্মী করাসসু" (দর্পণদগী)

রায়েংসিদা "মহারাজ ! নং শিরো" হাইবা অর্থহ কোংদোকপনা অভাবগী পুক্লিং লাংতরক্নুনা এস হন্থগনি ।

৬। অর্থ চঞ্জমা হাইবা (পুনরুক্তার্থ)। "রাখন খনদা খুদক্তা থবক তৌরোইদবনি । রাখল লৈভবসি রানবগী মশকনি। রাখল লৈখা মীদা মুংভাইবনা মখোং থোংনা চংলকই।" (কিরাতার্জুনী ৩য় সর্গগী) বর্ণনাসিদা অহুমশুবা রায়েংগী অর্থসি মুনিশুবা রায়েংগী অর্থনা ভত্নম খংনরে। মতৌসিগুম্না "নাদবা মীগীদি মুংভাই, অনাবা মীদি রাই" অসিনচিংবদস্থু খংনগনি ।

৭। সমজগী অমস্থুং কবিশিংগী চংনদবা অর্থ (প্রসিদ্ধ বিরুদ্ধ)

(ক) "লানফমদা কৃষ্ণনা ত্রিশূল পাইত্নুনা চংখরে" (দর্পণদগী)। রায়েংসিদা—কৃষ্ণনা ত্রিশূল পাইবসি চংনদে, ত্রিশূল পাইবদি মহাদেবনা পাইবা ওইনা চংলৈ, খংলৈ ।

(খ) "নোংয়াই চবুক্তা থম্বাল লৈকা ফমকপত্থ উবদা মাগী থাইন-মৈচাক হেক্সংলে ॥" রায়েংসিদা অহিংদা থম্বাল শাংপা হাইরিবসি কবিগী বর্ণনাদা হাইনদে, চংনদে ।

৮। ব্যাকরণ নংত্তবা শাস্ত্রগী নিয়ম কাইবা অর্থ (বিদ্যাবিরুদ্ধ)

(ক) "তয়ালগুম্বা চিনবানগী খুজিল মুকমনা, ইকা কারবা শন্নাংনা অপোম্বা লৈওংগুম্বা মীয়েংনা "রতিলীলা নোংরুই হাইগুমীদা ॥" (দর্পণদগী) বর্ণনাসিদা—চন্দ্রা খুজিন্না খোংপা (নখাঘাত) হাইবা অসি রতিশাস্ত্রগী নিয়ম (রায়েল) কাই, অত্নুনা মিথ্যানি থক্নুনা রসদা পুক্লিং হৈহ্নে । রতিশাস্ত্রনা নখাঘাত তৌবগী নিয়ম ভাকই— হকচাং মাকয়েম্বা, থবাক্তা নিংয়োলদা, শেগ্রাক্তা, ন্যাকোং মরাদা,

খজাইদা, পাম্বোম মরুদা, গুকশমদা, খৌরিদা খুজিমা রতি লীলা ম্রগুৎদা খোংকনি ॥

(খ) সুমিৎসুংবা মতমদা ধর্মচেনবা ব্রাহ্মণ'সি।

প্রাতঃসন্ধ্যা চংখোম্না তৌরি ( হরিদাসঃ)

বর্ণনা অসি স্মৃতিশাস্ত্র বিরুদ্ধনি, মরমদি—চিংখৈ হুনবা মতমদা তোগদবা প্রাতঃসন্ধ্যাবু সুমিৎসুংবদা তৌবা ওইনা হাইবদগী "বিদ্যাবিরুদ্ধ" কৌবা দোষসি হাস্যরসদদি দোষগী মহুৎতা গুণ ওই।

৯। হাইমিন্নবা চাদবা অর্থ ( সহচরভিন্ন )—"অফবা মীনা (খুদোংথিবা, শকহেনবীনা থবাক লৈমাই তেৎবা, সভাদা মুর্খবু ইকাইখুম্নবা খল্লুবদা পুক্নিং রাদগুমদে। (দর্পণদগী )। বর্ণনাসিদা অফ-ফত্ত হাইমিন্নবসি নাতৈ চাদে, অদুনা পুক্নিং হন্থে ॥

১০। সামন্য ওইনা হাইগদবদা বিশেষ ওইনা হাইবা ( অবিশেষে বিশেষ )। "হিরাগী খোরুকম সমুদ্রগী মগুণ, কনানা শিংথাবা গুমগনি।" (দর্পণদগী) ।বর্ণনাসিদা—হিরাগী মহুৎতা রত্নশিংগী রাহৈসি হাইরবদি অতাবগী পুক্নি'দা হাইহন্নিংবগু পোক্তমুনা পুক্নিং হন্থরোইদবনি।

১১। বিশেষ ওইনা হাইগদবদা সামন্য ওইনা হাইবা ( বিশেষে অবিশেষ )

---

* "নখাঘাত প্রদাতব্যো যথাস্থানানি কর্ম্মসু (রতিকর্ম্মসু )।
পার্শ্বয়োঃ স্তনয়োশ্চৈব উরৌচৈব নিতম্বকে।
কক্ষস্থলে চাকর্ণান্তে কপোলে বাহুমূলকে।
গ্রীবায়াং কণ্ঠদেশে চ নখাঘাতং সমাচরেৎ ॥" ইতি কামশাস্ত্র।

অভিসার চৎপী কাংবুনা অহিংতাংলোৌদা কেনা,
অমুবা ফিজোল শেৎতুনা, চৎপা সউম থোক্তনা,
নাক য়েৎ হন্না য়েংতুনা চৎনরি সক্কেং মকম তন্না ।। দর্পণবগী ।

বর্ণনাসিদা-অমুবা ফী শেংপা হাইরুবসি অমম্বদা মীনা উদনবা তৌই, হাইবসি খংনবদগী "অহিং" অসি সামন্য ওইনা হাইবনা থাবন ফবা অহিংদি মীনা উদবগী মহুৎতা ময়েকলানতুম উগদবনা মীনা উদনবা চৎলি হাইবা কবিগী পুক্লিংদু থোকওইদৌরি, মসি দোষনি, অদুনা "অমম্বা অহিং" অসুম্না বিশেষ ওইনা হাইগদবনি। ( অমম-অঙানদা অভিসার চৎপগী ফিজোল মথক্তা হাইখ্রে )।

**রসদোষ** কৌবদি—নিংথিজবী কামিনীশিংগী পারবা ফীনা কুপ্লবা থবাক অদুনা অয়েংবগী পুক্লিং ইহৌহনবগুম্না, অর্থ খংননবগী মরমদা মথক্তা ( পৃঃ ১২৫ দা ) হাইখিবা ব্যঞ্জনা বৃত্তিদুনা খংহনবা ( মচেন্না য়ৈত্তুনা ফোংদোকপা ) অর্থদুনা রসদু থোইদোক্না থুমজনবা হাওজনবা হেলহল্লি। অদুগা কামিনীশিংগী ফীনচিংবনা বুপ্পুদুনা ইহাং হাংলবা থবাক অদুনা অয়েংবগী পুক্লিং ইহৌহনবগী মহুৎতা তুক্কজবা হঙ্গোইবা পোকহন্দুনা পুক্লিং হপ্পুহনবগুম্না—রস রস অদু ১সুং স্থায়িভাব অদু ১সুং সঞ্চারিভাব অদু মশা মশাগী ম্নাৈদু হাইদুনা ফোংদোক্লবদি (মুংশি-মুংঙোল্লিদা, কীদা, ম্নাখ্রেদা, অসুম্না স্থায়িভাব হাইদুনা, অমসুং পুক্লিং কক্লে, তহা তহারে, ম্নাম্নুথবে অসুম্না পৃঃ ৯ দা হাইখিবা সঞ্চারিভাব মথল ৩৩ দু হাইদুনা ফোং-দোক্লবদি) মকালাম্মন্দুনা রসদু থুমজনবা ম্নাৎলি (মুংঙাইবদা পুক্লিং

হন্থে ) মতৌ অমুম্মা পুক্লিং হন্নহনবা—স্থায়িভাবনচিংবা মকালাম্মা হাইংজবু রসদোষ কৌই হাইনা রসশাস্ত্রনা হাই।

অদুগা উৎলিবা রসদুদা রসদুগী ( উৎলিবা রসদুগী ) য়েখাইবা শলহনবা ওইবা ( প্রতিবন্ধক ) রসদুগী (পৃঃ ১০৫ দা) বিভাবনচিংবা থেংচনবা, অদুগা উৎলবা রসদুগী বিভাব অনুভাব অদু য়ানা খলহনবা, উৎলিবা রসদু মতাং চাদনা—শব্দোক্ত উৎপা ১মুং লোই-শনবা (থদৎপা), উৎলিবা রসদুগী ১শাদু ( অঙ্গদু ) শব্দোক্ত উৎপা, উৎনিংলিবা রসদু ফাওহন্দবা, নায়ক-নায়িকানচিংবগী সভ্যতা সং-স্কৃতিনচিংবদু ( মী মীওগী ১মুং মতম মফমনচিংবদুগী সাজৎ য়াঙাংন-চিংবা হৌনশাদু ) ওন্নন (কাইনা) উৎপা, মখোইশিং অসি রসদোষনি শিংথানৈ। (নায়ক-নায়িকা মথল ১মুং মখলশিংদুগী শাজৎ য়াঙাং-নচিংবা হৌনশাদু অগাংবা মঙাল ১মুং অনিওবা মঙালদা হাইব্রে )।

রসদোষগী উদাহরণ—১। রসদু মশাগী য়াহৈনা হাইবগী দোষ—"হৈনৌ ময়োল মনম্মা চুববা, কোকিলগী কুহু খোঞ্জেলনা নিল্লবা বনখুংসিদা থাগী মকোইসি উবগা শৃঙ্গারদা পুক্লিং লুপ্লিদা।।" (দর্পণগী)।

বর্ণনাসিদা শৃঙ্গারবু "শৃঙ্গার" য়াহৈমশামক্তা হাইবদগী মকালাম্মনবনা পুক্লিং হন্থে।

২। স্থায়িভাবপু মশামক্তা য়াহৈনা হাইবা দোষগী উদাহরণ—"কামগী খোইদানিংঙাই ওইবা। নংনা মাধবীকুঞ্জ হেক য়োরকপদা, ইতা মাগী মুংশি-মুংঙোল নংঙোন্দা পোকল্লে" ।। [দর্পণগী]। বর্ণনাসিদা—"মুংশি-মুংঙোল" য়াহৈসি শৃঙ্গারগী স্থায়িভাবনি। স্থায়িভাবপু য়াহৈ মশামক্তা হাইখসিনা ফোংমনখিবদগী ভাবুককী পুক্লিং হন্থে।

অদুনা মাগী মহুৎতা "পুক্লিংইহুন ভাব অমা" য়াহৈসিগী অর্থনা য়েৎনা (ব্যঞ্জনা), মুং শ মুংচোল ভাব অদু কোংদোক্লবদি রসদু থুমজনগনি ।

৩। সঞ্চারিভাবপু য়াহৈ মশামক্লা হাইবা দোষগী উদাহরণ—
ওইগী খুৎনা অলিঙ্গন তৌদুনা, য়েৎকী খুৎনা মাইখোং-খম্বাল থাঙৎতুনা।
চান্নবনা খম্বালদুগী লৈহী চুপ্পদা, চান্নবীদো ইকাই-হঙোই পোকখিদো॥
[ দর্পণদগী ]

বর্ণনাসিদা "ইকাইহঙোই" হাইবসি সম্ভোগকী সঞ্চারিনি, মাবু য়াহৈ মশামক্লা হাইবাসনা (শং শংনা হাইবনা) রসসি থুমজনবা য়াৎলি। মাগী মহুৎতা ইকাইবগী অনুভাবনা (ইকাইবা ইহুনগী খুদমনা) উৎলবদি হাইবদি "চান্নবীগী মীৎম্না অনিদো অপোম্বা লৈওংগুমখিদো" অণুম্ব। য়ারেংনা য়েৎনা ইকাইবদু উৎলবদি রসদু থুমজনবা হেনগনি (ভাবুককী পুক্লং থোগৎকনি)।

৪। অনুভাবপু য়াম য়ানা খংহনবা (অনুভাবকষ্টাক্ষেপ) দোষগী উদাহরণ—

জীবনিংগী মীৎকী মুংঙাই' ইথক হোৎহন্দুনা, কুড়া দলান ইঙৌ ঙৌহন্দুনা
থানা মঙাল ইংনা হুন্দোক্লক'সিদা, নংগী খেমজনবা য়াহৈ [ অমুনয় ]
তাখিত্রবী চান্নবী'সিনা, নঙোন্দা মীচি হুনা হুনা য়েংদুনা,
মোমোন মোমোন নোকলি'সে, অমুক্তা য়েংবে মরুপলোই। [ দর্পণদগী]

বর্ণনাসিদা—অনুরাগইহুন হৌহনবা (উদ্দীপনভাব)—থা, মীচী হুনা য়েংবা, নোকপা, অহুমসিনা অদুগা অনুরাগইহুন হৌনকম (আলম্বন)—নায়িকাসিনা মরম ওইদুনা নায়ক অদুগী তৌকম খোকপা অনুরাগ ইহুনখুদম (অনুভাব) অদু শোইদনা

লৈকম থোকই, অদুবু বর্ণনাসিদা য়াওদবনা অনুভাব অদু ভাবুকপু য়ানা কল্পনা তৌহন্দুনা থংহল্লি, কল্পনা তৌরিবৈদা রসদা পুক্নিং হল্লগনি।

৫। নায়ক-নায়িকানচিংবা মখলগী সভ্যতা সংস্কৃতিনচিংবা অদু কাইনা উৎপা ১স্তং বর্ণনা তৌবা অদু সাহিত্যদুগী ময়েক লায়বা দোষনি, হাইবদি—সাহিত্যদদা নায়িকাদু লুহোংখরকুইরবী (মধ্যা) গী পরিচয় পিবগা মাগী শাজৎ, ১স্তং য়াঙাংনচিংবদা লুহোংকুইদ্রিবী (মুগ্ধা) গী শাজৎ, য়াঙাংনচিংবা উৎলবদি ১স্তং বর্ণনা তৌরবদি ভাবুককী পুক্নিং হল্লহনবা দোষদু ওইগনি।

অদুগা অশিক্ষিতনি (গ্রামিকনি), হাইনা পরিচয় পিরগা মাগী য়াঙাং শাজৎতা নাগরিকগা য়াঙাং শাজৎ অদু উৎলবদি ১স্তং বর্ণনা তৌরবদি রসিক ভাবুককী পুক্নিং হল্লগনি। অদুগা মতমদুগী সভ্যতা উৎপগী থোরাংদা হৌজিক্কী সভ্যতা উৎলবদি ময়েকলানা লানবা ওইগনি। খুদম ওইনা হাইরগা—মোইরাং থোইবিগী থোদোক অদু নাটক ওইনা উৎপদা ১স্তং বর্ণনাদা মোইরাং মীয়াম্না খুমিদাং ভিল্লবদা —ওয়াংতা থোরক্লিবা "মীংশেল থাউমৈ" নচিংবা থানবা উৎপা ১স্তং বর্ণন, তৌবদু ময়েক লানা লানবা ওইগনি। মদুনা রসিক ভাবুককী থমোইদা অকনবা আঘাত ফংগনি।

দোষনা গুণ ওইবা মফম অমসুং মতম—১। ভাবদা লুংঙ্কাইতবা--ময়েক ক্রক ক্রক লাওবনচিংবা (শ্রুতঃশ্রব) দু—বক্তানা শাক্তা হাইবদা, অদুগা য়ায়া কিবা য়াঙাংদা; রৌদ্র, বীর, বীভৎস,

ভয়ানক, রসশিং অসি উৎপগী রাওাংদা দোষগী মহুৎতা গুণ ওই।*

২। মুংশি-মুংঙোলগী রাগি রাতাই শাবদা শান্তিগী রাগিদা তুকজবা হুন্দোইবা, ইকাইবা পোকহনবা রাহৈদু দোষগী মহুৎতা গুণ ওই। §

৩। ভাংনরিবা (বক্তা ১স্তুং শ্রোতা) অনিদু খ'নবদা—মরম অম-দদা অর্থদু খংনবা রাহৈ অদু (অপ্রতীতত্ব) দোষগী মহুৎতা গুণ ওই।‡ উদাহরণ—ডাক্তর অনি ভা'নবদা—"মসি লৌথোকপদা ক্লোরো-ফোর্ম থাদুনা লৌথোকনিংঙি।।" ক্লোরোফোর্ম রাহৈসি ডাক্তরনা খংনবা রাহৈনি, রাহৈ অসি ডাক্তর অনি ভাংনবদি মখোই অনি খংনবনা দোষ লৈতে। অদুগা ডাক্তরনা ডাক্তর নৎতবা মী অমদা উক্ত রাহৈ অসি হাইরবদি মীদু চওকদুনা লৈগনি, অদুবা ক্লোরো-ফোর্ম রাহৈগী মহুৎতা "শিথহন্দুনা" রাহৈসি হাইরবদি মীদু ভাব হেক্তা তাগনি। *

৪। লোনচোপ অদু (গ্রাম্যত্ব) অশিক্ষিতশিংগী রাওাংদদি দোষ ওইদে তৌইগুমস্তুং গুণ ওই।

৫। মুংঙাইবদা ১স্তুং অরাবদা লুপগ্রবা মীদুগী রাওাংদা রাহৈ রাৎপদু (ন্যূনপদত্ব) দোষগী মহুৎতা গুণ ওই।

৬। উৎলিবা রসদুদা প্রতিবন্ধক রসগী অঙ্গ (মথা) সেৎদুনা

*"বক্তরি ক্রোধ সংযুক্তে...রৌদ্রাদৌ তু রসেহত্যন্তং দুঃশ্রবত্বং গুণো ভবেৎ।" ইতি দর্পণাৎ।

§ "সুরতারম্ভগোষ্ঠ্যাদাবশ্লীলত্বং তথা পুনঃ।' ইতি দর্পণাৎ।

‡ "গুণঃ স্যাদপ্রতীতত্বং জ্ঞত্বঞ্চেদ্বক্তৃবাচ্যয়োঃ।" ইতি দর্পণাৎ।

উৎপদা দোষনি হাইখিবচু, নিংশিংবা মতাংদদি দোষ ওইদে।
উদাহরণ—

মহাভারতকী দ্রোণপর্ব্বদা শিরবা মপুরোইবগী (ভুরিশ্রবগী) খুং উবদা মাগী মুপীতুনা তেংথারকপা—"মফমসিদা তারিবসিদি খাংগী কীজোন চিংখিবা, থবাক চীংথক্তা থমখিবা, চান্নবা মাগী খুৎতু-নিদনা!!"॥" বর্ণনাসি করুণ বর্ণনানি। শৃঙ্গার অসি করুণগী প্রতিব-ন্ধকনি (রৈথাইবানি)। বর্ণনাসিদা "খাংগী...থমখিবা" য়াওাংসি শৃঙ্গারগী অঙ্গ ওইদুনসু নিংশিংবা ওইবনা দোষ ওইরোই (করুণ ময়াং ক'থহনবা ওইরোই)।

৭। মথক্তা হাইখিবা দোষ অপুনসি মতৌতন্নদদি (অনু-করণদদি) দোষ ওইদে *। খুদম—নাগরিক অমনা গ্রামিককী য়াওা'তু মতৌ তমদুনা হাইবদা নাগরিক অদুদা মুক হাজনবা (দোষ) ওইরোই।

# সাহিত্যগী গুণ

সাহিত্যত্তুদা উৎলিবা রসত্তু—অলঙ্কার ( শব্দ লৈতেং অর্থ লৈতেং ), রাভাইচাবা, ময়েক-মেংবা, থোংপা, কনবা, মখোইশিং অসিনা পুক্লিং থৌগৎহল্লি। অত্তুনা শব্দ লৈতেংনচিংবত্তু সাহিত্যগী গুণনি।

অলঙ্কার কৌবদি—তঙাইফদনা লৈতবা-য়াওদবা য়াদে হাইবা অকরুবদি লৈতবা, মা য়াওরগদি—লিক-কোয়চিংবা লৈতেং পোৎ অত্তু শেং-শিরগা হকচাংগী লু-হেনবা কজবা অত্তুনা জীবত্তুগী নিংথিবগুম্না—শব্দগী ১স্থং অর্থগী মশক ফজহনবত্তুনা সাহিত্য লাই-রেম্বীগী জীব ওইবা রসত্তু নিংথিত্তুনা পুক্লিং থৌগৎহল্লি, রসদা পুক্লিং থৌগৎহনবা শব্দগী ১স্থং অর্থগী মশক ফজহনবা অত্তুবু রসশাস্ত্রনা অলঙ্কার কৌই হাইনা শিংথানৈ*।

অলঙ্কার মখল—অলঙ্কারসি মখল অনি গুই—শব্দালঙ্কার ( শব্দ লৈতেং ) অর্থালঙ্কার (অর্থ লৈতেং )

## শব্দালঙ্কার

**শব্দালঙ্কার লক্ষণ অমসুং মখল**—য়ারেংত্তুদা শব্দগী মশক ফজহনবত্তুবু শব্দালঙ্কার কৌই। শব্দালঙ্কারসি মখল য়াম্বি—
১। পুনরুক্তাভাস, ২। অনুপ্রাস, ৩। যমক, ৪। বক্রোক্তি, ৫। শ্লেষ অসিনচিংবা মখল কয়া লৈ।

---

*"শব্দার্থয়োরস্থিরা যে ধর্ম্মাঃ শোভাতিশায়িনঃ '
রসাদীনুপকুর্ব্বন্তোহলঙ্কারাস্তেহঙ্গদাদিবৎ।" ইতি দর্পণাৎ।

১। পুনরুক্তাভাস কৌবদি—মায়েংবদা মাহৈহু হেক তাবদা অর্থহু হঞ্জনগুম তৌবা শব্দ মওংদি মাপুদবা অতুগুম্বা মাহৈ লৈবকুবু পুনরুক্তাভাস ( অর্থ হঞ্জনগুম তৌবা ) কৌই, খংনগনি। উদাহরণ—

মাদি ঙা লুক অমসু হারুরে, চাক চরা'মসু চারুরে।

২। অনুপ্রাস কৌবদি—স্বর মাপুরবসু মাপুত্রবসু তাবদা খোঙ্হোক মাপুবা পোক্লকমসু তিন্নবা ব্যঞ্জন ময়েক হঞ্জনবা লৈংবা অতুবু খংনৈ *। অনুপ্রাসসি মখল মঙা শুই—(ক) ছেক, (খ) বৃত্তি, (গ) শ্রুতি, (ঘ) অন্ত্য, (ঙ) লাট।

(ক) ছেকানুপ্রাস কৌবদি—ব্যঞ্জন ময়েক অনিনচিবতু মথং মনাওদি (ক্রমদি) কাইদনা মওং মাপুদনা অমুক্তং মাপকহুবু খংনৈ।

হুইনা হৌনশা'মাগী মমৈ কোনবা থাদে।
পোকতৈগী শংলকপা পুক্লিং মচু শুতুনা চৎতে।
লিন্না লৈসুং চংলেমদাইদা চুমলকই।
খাংমুথক্তী পুক্লিংমচু পক্লিমদাইদা কোক্লকই॥

"হুইনা" "হৌনা" অসিগী ব্যঞ্জন ময়েক "হ" "ন" অনিসি মথং মনাও কাইদনা মওংসু মাপদনা মাপকপগী ছেকানুপ্রাসনি খংনগনি। মতৌসিগুম্না "লিন্না" "লৈসুং" অসিবসু খংবগনি।

(খ) বৃত্তি অনুপ্রাস কৌবদি—ব্যঞ্জন ময়েক অনিনচিবসু—
(১) মওং ১সুং মথং মনাও (ক্রম) অমতা ওইনা অমুক্তং মাপুবা,
(২) মওং তোংলাপ্পবসু মথং মনাও অমত্তা ওইনা [illegible]

*অনুপ্রাস: শব্দসাম্যং বৈষম্যেঽপি [illegible]

(৬) মওং ১সুং মথংমনাও তোংঙান্না হন্না হন্না মান্নবা ; ব্যঞ্জন ময়েক অমত্তং—(৪) অমুক্তং মান্নবা, (৫) হন্না হন্না মান্নবা ; মান্নবা মথল মওাসি খ'নৈ। উদাহরণ—

মালংদা মলয়া মালংথবা মাল্লিকা-মাল্লতী-
মনমত মন্ন-ঃল্লতনা মাইকৈশিন্না শিংলক্লি।
লৈমাইদা লৈকা ফল্লবা সৈহী চুম্নবা লৈবাং থম্বাল লৈনম ফংবদা
লৈপাম্বা খোইমুনা লৈশাংকম তন্না লৈনা লৈনা পাইরক্লি।
কাইদোংমিন্নারিবা কাংবুনা কামপী তেল কাহেন্না
কাপ্লক্ক্রুনা তোইনা পুক্লিং ঈথক ঈপোম ঈ'গৌবক্লি।
খাইন'মৈশা লাংলিবীগী লকান্নংদা লম্মেগী মৈচাকুম মৈগী মৈরী হেক্তংলক্লি।

(বর্ণনাসিগী ভাব পৃঃ ৭৬ তা "কাইনরিঙৈদা ..." হেডিংতুগী বিষয়নি)। বর্ণনাসিদা—অহানবা য়্বারেংদা "ম" "ল" অনিসি ২ নংগী উদাহরণনি। অতুগা ২ শুবা য়্বারেংদা "লৈ" অসি ৫ নংগী উদাহরণনি।

"পিক্লবা মউ-মশা মচানা য়েংতুনা কোন্দুনা লৈশাং ঙমখৈ উচ্চরি" (মোইরাংথোইবী)। বর্ণনাসিদা"ম"হন্না মান্নবনা ৫ নংগী উদাহরণনি।

শাজশা। নখোইনা নখোং জগোইদা নপুক্লিং চংলি।
মখোইনা (শাদানবনা) বাশীমখোন্না নপুক্লিং হুনবা হোৎনরি।
মখোইম্নু নখোইম্নু কংনক্লি, থৌখোক অমা সোইরোইদৌরি সোরোকসিদা।

বর্ণনাসিদা—"নখো" "মখো" "সোরো" মখোইসি ১ নংগী উদাহরণনি।

"গীতগোবিন্দ" কাব্যগী অয়াম্বা শরুক্তা বৃত্তি অনুপ্রাসনি।

(খ) **শ্রুতি অনুপ্রাস** কৌবদি—য়্বারেংতুদা পোক্লকম অমত্তা ওইরগা খোম্নোক মান্নবা ময়েক লেংবত্নবু খ'নৈ। উদাহরণ—অম

ওইরি যমুনা মপান্দা, ছত্রং শাম্নরিবা ছাত্রনা॥ "জ" "য" অনিসি, অহুগা "ছ" "শ" অনিসি পোক্ষম ঙৌনি [তালুনি]।

(ঘ) **অন্ত্যানুপ্রাস** কৌবদি—পত্তগী (পোইত্রিগী) পাদগী (শরুক ½গী) মমৈ মমৈদা নৎত্রগা য়াহৈগী মমৈ মমৈদা খোঙ্হোক মাম্নবা ময়েক লেংবহুবু খ'নৈ।

পন্থ = "ভু'গী লৈবাং পোমজরি কুমগী নোংবু ঙাইজরি।
অনৌবা কয়া শাৎল'ক্র, তোমশাৎ পোমশাৎনরক্লি"।
[ খঙ্গৎপা শৈরেং ]।

"লিরিবা নামিবা বসন্ত ঋতুদা, ওইহল্লি হুংশিনা কম্বৌববা তাশোল" (মোইরাংথোইবী)। "লিরিবা" "নামিবা" য়াহৈ ২ সিগী মমৈ মাল্নবনা অন্ত্যানুপ্রাসনি।

(ঙ) **লাটানুপ্রাস** কৌবদি—য়াহৈহু হঙ্গনবদগী অর্থহু হঙ্গন-বগুম তৌরগা হাইমিন্নরিবা য়াহৈহুগী অর্থগা লিপক্লরকপদা [অন্বয়দা] অর্থ খেন্নবা অহুগুম্বা মাম্নবা য়াহৈ লেংবা অহুবু খংনৈ। উদাহরণ--

(ক) ঈনোৎ কারকপদা ঙা চারে, শাজহঙ্গনমকপদা চাক চারে।
গুরুবদা ফী চাবে, তোক্লবদা মপা চারে॥

"চারে" য়াহৈ হঙ্গনবদগী অর্থহু হঙ্গনবগুম তৌরগা ঙা, চাক, ফী, মপা, য়াহৈশিং অসিগী অর্থগা অন্বয় তৌরকপদা অর্থ তোঙান তোঙানৈ।

(খ) গুকথহুনা লাইরিক পারে, গুকহুনা ফী পারে।
ঈশা লাক্ত্না লাবা পারে, ঈহৌমক্ত্না ফুরেন পারে।

৩। যমক অলঙ্কার কৌবদি—মাম্নরিবা অসিগী মরক্তা অমলা অর্থ য়াওত্রবস্থ অহুগা য়াওরবস্থ অর্থহু অমমম ওঁইবা অহুগুম্বা—মাক

অমত্তা ওইনা মাপ্পবা স্বর ব্যঞ্জন ময়েক অমুক—মথং মনাও কাইদনা থংননা ( জুরা ওইনা ) লেংবত্তবু থংনৈ ।

উদাহরণঃ—(ক) রাকচিংদা রারক্তা উনৌনা নৌনা চোংখৎলক্লি ।

উরক্তা উরক্তা উনা উনা'লক্তা হৌগৎলকলি

প্রকৃতি খোংচৎ কাইব'সি উবদা অশিংবশিংনা শিংনা চৎলি ॥

"নৌনা" "নৌনা" মাপ্পবা অনিসিদা মথকথংবা অর্থ য়াওদে । "উনা" "উনা" মাপ্পবা অনিসি অর্থ য়াওরবসু অর্থ তে.ঙাই্ন, মথক থংবনা উ পাংথনি, মথা থংবনা উগী মনানি । 'শিংনা' 'শিংনা' অনিসি মথক্কা ময়াম থংনৈ, মথানা চেকশিনবা অর্থ থংনৈ ।

(খ) লাইগী রায়েল মথল মীওইবব উহল্লি

নংনা নংনা পাল্লি, মানা মানা চৎলি, ঐনা "ঐ" না ঙক্লি ।

মথক থংবা 'নংনা' অসিনা মধ্যমপুরুষত্তনি, মথাথ'বা "ন'না" অসিনা লাইরবা হাইবনি । মথকথ'বা "ম'না" অসিনা প্রথম পুরুষত্তনি, মথাথংবা 'মানা" অসিনা মাবত্তনি। মথকথংবা "ঐনা"না উত্তম-পুরুষত্তনি, মথাথংবা "ঐনা"না "ঐ" হাইবসিনা হাইবা অর্থত্তনি ।

৪ । বক্রোক্তি অলঙ্কার কৌবদি—রাইহৈত্ত ভাবদা রারেংত্তগী অর্থত্ত-অভাবনা (শ্রোতানা) রাইহৈ অমদা ময়েক খাইদোক্তুনা (শ্লেষ তৌদুনা) নৎত্রগা খোমঘোক্লা (কাকুস্বরনা) অর্থ অময়োমদা (বক্তাগী হাইনিংবা অর্থত্ত নৎতবা অর্থ অমদা ) থংবা য়াবা অলঙ্কারবু থংনৈ । বক্রোক্তি মথল অনিনি (ক) শ্লেষ বক্রোক্তি, (খ) কাকুবক্রোক্তি । "ক"গী উদাহরণ অক্তা—"নকমসিদা মীপাইদ্রে অহুনা ঐ চৎলগে ।"

শ্রোতা—"ববিগী চৎকনি মকমসিদা মীদি পাইদনা।"

বক্তাগী'দা "মী পাইরে" রাহংগী অর্থ থগৎলে হাইবনি, শ্রোতানা ময়েক থাইদোক্তনা ("মী-পাইরে" লৌত্থনা) মী পাইদে খুম্বনি। অত্থনা উক্ত বর্ণনাসিদা শ্লেষবক্রোক্তি অলঙ্কারনি খংনগনি।

"খ"গী উদাহরণ (১) রাহং—মকম'সি কৈ কিনবরা?

পাওখুম—মকম'সি কৈ কিত্থনা থমনদে।

(২) রাহং—হি অসি শংলিদরা? পাওখুম—হি অসি কংলে

(১) (২) অনিসি ওইনাম বিজান্দোগা অঙাংগা ঙাঙনবনি হাইবা লোকোক্তি অমা তাই।

৫। শ্লেষ অলঙ্কার, কোবদি—রাহংত্থদা রাহংত্থগী মরেক অত্থ থাইদোক্তনা ওইরবস্থ (সভঙ্গ) থাইদোক্তনা ওইরবস্থ (অভঙ্গ) অর্থ অনি অহুম চিংবা খংনবা য়াবা অত্থগুম্বা রাহংত্থবু খংনৈ। শ্লেষ অসি মখল অনি শুই—(ক) সভঙ্গ (মরেক থুগাইবা), (খ) অভঙ্গ [মরেক থুগাইদনা]। শ্লেষ অলঙ্কারসিনা ব্যাজস্তুতি (থাগৎশমবা), ব্যাজনিন্দা (থিনা হাইজমবা) তৌনৈ।

(ক) সভঙ্গশ্লেষগী উদাহরণ (১)—মানা মীপাইরে হাইরিবসিবু ক'রগীমো? রাহংসিদা মতাংগী মতুং ইন্না মরেক থুগাইত্থনা "মানা মী পাইরে" অম্বুম্না নংত্রগা "মানা মী পা ইরে" (রেকপে) অম্বুম্না নংত্রগা "মানা মী পাইরে" (শোরে) অম্বুম্না অর্থ লৌবা য়াই।

সভঙ্গশ্লেষনা রচনা বৈচিত্র্যতা উৎপদা মতেং পাংজি।

নেহরুবু ভারত মাতানা চাওখৎহল্লি থম্মুনা ভারত মাতাবু কংতনবতা থল্লিবা নিপা অমনা ভারতমাতাবু থাগৎশমত্থনা (ব্যাজস্তুতি) তৌত্থনা হাইরকপা—

উদাহরণ—১। থম্বালগুম্না পুক্লিং হুবা মাইখোংনি।

২। মাইখোং'সি থাগা মান্নবা ঙাল্লি॥

অনিসিদা চাংদম্নকম বিষয়গী রাহৈ—"পুক্লিংহুবা" 'ঙাল্লি' অনিসিনি। পুক্লিংহুবগী বিষয়দা মাইগা থম্বালগা চাংদম্নবা (মান্নবা) উৎলি। ঙানবগী বিষয়দা মাইগা থাগা চাংদম্নবা (মান্নবা) উৎলি। করিবদি থম্বালনা পুক্লি হুংদৌনা মাইখোংসু পুক্লিং হুই। থানা ঙানবদৌনা মাইখোংসু ঙা ল্ল। থম্বাল মাইখোং অনিসিগী অর্থ—থম্বাল, মাইখোং অনিস্তু পুক্লিংহুববিষয়সিদা মান্নবা উৎলি, অদুনা উক্ত রারেং অনিসি উপমালঙ্কারনি, করম্বা উপমানো? করিব্বদি চাংদম্নকম বিষয়গী রাহৈ "পুক্লিংহুবা" "ঙাল্লি" অনিসি য়াওবনা পূর্ণোপমানি খংনগনি॥

(খ) লুপ্তোপমা কৌবদি—চাংদম্নকম বিষয়গী রাহৈদু য়াওদনা চাংদম্নবা (মান্নবা) উৎপদুবু খংনৈ।

উদাহরণ—থম্বালগুম্বা মাইখোংনি। থাগা মান্নবা মাইখোংনি। উদাহরণসিদা পূর্ণোপমাগুম্না চাংদম্নকম বিষয়দু য়াওদ্রে।

মন্তব্য—"থাগুম্বা মাইখোংনি" মসিদা থানা উপমাননি, মাইখোংনা উপমেয়নি। উপমান, উপমেয় অনিসি [illegible] মুন্না খংবনা মথাগী লক্ষণশিংদা ভাবতাশনবা হেনগনি।

২। একদেশবর্ত্তিনী উপমা কৌবদি—রারেংদা—চাংদম্নবা অদু—রাহৈনসু খংহনবা, অর্থগী মচেক্না য়েদুনমু (ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা) খংহনবা অদুগুম্বা রারেংগী উপমাদুবু খংনৈ।

থয়ো অশংবনা মীৎকুম্নবী, কুপাইনা শাংলবা থবালনা
মাইথোংগুম্নবী, ভাতুখঙোং অনিনা থবাকচৌংহুমগুম্নবী,
নিংথিজবী পুম্ননা শরৎতা, মকম খুদিংদা ঙানথোইখে। (দর্পণদগী

বর্ণনাসিদা "গুম্নবী" হায়রিবসিনা চাংদম্নবা খংহল্লি, অতৈ চাংদম্নবা অসিনা মম্নম ওইহুনা অর্থগী মচেল্লা য়েল্লুনা পুম্নিত্তুম্বু "নিংথিবী মুপীগুম্বী" নি হাইবসি খংহল্লি।

৩। রসনোপমা কৌবদি—উপমেয়হুনা অমুক উপমান ওইহুনা লৌবা তত্ত্বু খ নৈ।

কাঙঙনা অঙৌবামঙাল্লা থাগুল্লি, নিংথিজবী মুপীনা
থোংথাং ফজবনা কাঙঙগুল্লি, লাইজ ঈশিংনা তমোন
তমোনলাওবনা নিংথিবী মুপীগুল্লি, নোংমদোল অতিয়ানা
তরু তরুবনা লাইজ ঈশিংগুল্লি। (দর্পণদগী)।

মঙালগী বিষয়দা উপমেয় ওইথিবা কাঙঙনা অমুক থোংথাং ফজবিষয়দা উপমান ওইরে। কাঙঙগী চাংদম্নবদা উপমেয় ওইথিবা নিংথিজনী মুপীনা অমুক মোনবগী বিষয়দা উপমান ওইরে। মোনবগী বিষয়দা উপমেয় ওইথিবা ঈশিংনা তরু তরুবা বিষয়দা অমুক উপমান ওইরে।

৪। মালোপমা কৌবদি—উপমেয় অমত্তা ওইরগা উপমানদি মম্নাম ওইবহুবু খংনৈ।

থবাল লাংপা পুম্নিগুম, থাবল ফবা অহিংগুম,
মথোক কাম্নকপী মুপীগুম, নীতিকাইদবা সম্পত্তি পুক্লিংহুনবা মশক্লি।
(দর্পণদগী)

৫। অনম্বয়োপমা—কৌবদি পোৎ অমত্তুমা উপমানসু উপমেয়সু অত্তুম ওইবত্তবু থংনৈ।

শরৎ ঋতু চংলকপদা—থম্বালনা থম্বালগুম, ঈশিংনা ঈশিংগুম, কাবা কাগুম অমকৈপা লৈখিদবে। (দর্পণকী)

শরৎ ঋতুগী শৈজা হাইবদি নোংমুথোংদা—লৈখোম তৈরবা থম্বালদো, লৈনাং চেন্নবা ঈশিংদো, লোংনা কুমবা কাদো শরৎ চংলকপদা লৈখোমচিংবা পক্তুনা মহৌশাগী কত্তবা=থম্বাল, ঈশিং থা অত্ত ওইত্রে হাইবসি অলঙ্কারসিনা থংহন্নি।

মৈতৈ ঐখোইনসু অলঙ্কার অসি হাপ্পনা ত্তাংনৈ—"ওসিগী মুংশাসি মুংশাগুম্বি।" "ওসিগী চাক অসি চাককুম্ম।"

৬। রূপক অলঙ্কার কৌবদি—চাংদম্নবদা উপমান উপমেয় ওইগদৌরিবা পোৎ অনিত্তু মান্নমনবদগী উপমেয়দুবু উপমানত্তুমক ওইনা হাইবত্তবু থংনৈ *। রূপকসি—চরোং হাবদু তাইগুম্মি হাইনদুনা তাইগী মান্নমনবদুনা ভ্রমরগী তাইমকনি থত্তুনা তাই ওইহনবত্তুগুবনি।

করম্বা রাখলদা উপমা ১সুং রূপক শিজন্নবগে? হাইরবদি—উপমানদা লৈবা ধর্ম্ম অমত্তংগী বিষয়দা চাংদম্নবদি উপমা শিজৈ। উদাহরণ—নিপা অসি কৈগুম্ম। তারোংসিনা কৈদা লৈবা থৌনা মঙ্গুণদুগী বিষয়দা নিপাদুগী থৌনাদু চাংদম্নরকা (উপমা তৌরকা)

---

* "রূপকং রূপিতারোপঃ বিষয়ে নিরপহ্নবে।" ইতি দর্পণাৎ।
"সাদৃশ্যাতিশয়াৎ...উপমেয়ে উপমানস্যাভেদারোপো রূপকং"
ইতি হরিদাস।

খংহন্নি হাইবসি খংনৈ। অদুগা উপমানদুদা লৈরিবা মশক মতৌ মগুণনচিংবা খংলিবা উরিবা মথৈ উপমেয়দুদা য়াৎতনা লৈদুনা মাযমনবদগী উপমেয়দু উপমানদুমক্কি হায়না খংহনবদা হাইবদি উপমানদা লৈবা গুণ ময়ামগী বিষয়দা চাংদমবা খংহনবদা রূপক অলঙ্কারসি শিজিন্নৈ। উদাহরণ—অঙাওবা নিপা-কৈ অমা লম-জাওদা চৎলি। য়াঙাংসিনা কৈগী মমিৎলংবা, উবদা হেক কিবা, মীবু লাকে তৌবা ; অসিনচিংবা গুণ ময়ামসিগী বিষয়দা নিপাদুগী মীয়েং, মীনা কিনবা, মীবু ফুগে তৌবা অসিনচিংবদু চাংদমদুনা খংহন্নি হাইবসি খংনৈ।। হাইরিবা চাংদমকম ময়াম অসি বর্ণনাদুদা য়াওবা, য়াওদবা অদু— রূপক মখলগী মতুংইন্না ওই।

রূপক মখল—রূপক অলঙ্কার অসি মখল অহুম ওই—
(ক) পরম্পরিত, (খ) সাঙ্গ, (গ) নিরঙ্গ।

(ক) পরম্পরিত রূপক কৌবদি—রূপক অমনা মরম ওইদুনা (কারণ ওইদুনা) তৌবা রূপক অদুবু খংনৈ।

মহারাজগী য়েরুবা-থাদা রাহু ওইরিবা পাম্বোমদো,
মতম পুম্বদা ময়েং তাদবা ঈশ্বরনা পিনবিসনু ।। [ দর্পণদগী]

বর্ণনাসিদা পাম্বোমদা রাহু আরোপ তৌবদু (পাম্বোবু রাহুনি হায়না হাইবদু) য়েরুবদা থা আরোপ তৌবসিনা (য়েরুববু থা ওইহনবসিনা) মরম ওইদুনা হাইবনি। অদুনা "রাহু ওইরিবা পাম্বোম" অসিগী রূপকসি পরম্পরিতনি খংনগনি।

(খ) সাঙ্গরূপক কৌবদি—বর্ণনাদুদা—উপমানদুগী ধর্ম্মশিংদু উপমেয়দুগী অপাম অপাম্বা ধর্ম্মশিংদুগা তোংঙান্দনা উৎপা

(উপমানদুগী গুণশিংগা উপমেয়দুগী অপাম্বগুণশিংগা মান্নমনবদগী অমত্তা ওইনা হাইবা ) অদুবু খংনৈ।

সাঙ্গরূপক অসি মখল অনি শুই—শাব্দ (ৱাহৈনা খংহনবা ) আৰ্থ ( আৰ্থী ব্যঞ্জনানা খংহনবা )। উদাহরণ (১) —

শক ফজবা-লৈহীনা চুম্নবী, মোমোন নোকপা-লৈকানা ফন্নবা
নিংথিবী মাগী মাইথোং-থম্বাল'সে, কনাগী মিৎম্না-খোইমুনা ইন্নোইদগে ?

(দর্পণদগী)

বৰ্ণনাসিদা—মাইথোংবু থম্বালনি হাইনা আরোপ তৌবসিদা ( থম্বালমক্তি হাইবসিদা ) উপমান ওইবা থম্বালদা লৈবা লৈহীদু উপমেয় ওইবা—নিংথিবীদুগী শকফজবদুনা ওইরে। উপমান-ওইবা থম্বালগী শাংতোকপদু, উপমেয় ওইবা নিংথিবীদুগী মোমোন নোকপা অদুনা ওইরে। উপমান ওইবা থম্বালদা ইনবা খোইমুদু কনাগুম্বগী মীৎ অদুনা ওইরে। মতৌ অসুম্না উৎপা বৰ্ণনাসিগী অলঙ্কারসি সাঙ্গরূপক অলঙ্কারনি। শব্দনা খংহনবনা শাব্দসাঙ্গরূপকনি খংনপ্পি অদুগা বৰ্ণনাসিদা "মাইথোং-থম্বালসে" হাইবা ৱাহৈসিদা 'থম্বাল' ৱাহৈসি য়াওদনা হাইরগা আৰ্থসাঙ্গরূপক ওইগনি, মরমদি থম্বালদু আৰ্থীব্যঞ্জনানা খংনবদগী।

(২) "চীঙ্গোই বারুণী" ("তোঙ্বীম্না" "কাঞ্চীপুর" হাইজুলদা পাঠ্য ওইখিবা ) লাইরিক অদু সাঙ্গরূপক অলঙ্কারনা লৈতেংদুনা ইবা লাইরিকনি, হাইবদি মহাদেব লৈরিবা নোংমাইজিং চীংথক অদুবু থম্বাল ওইহন্দুনা (চিংথকপু থম্বাল ওইনা আরোপ তৌদুনা) ইবনি, থম্বালগী ধৰ্ম্ম অপুম্বদু চিংথক্তা ৱাৎতনা লৈহন্নি, হাইবদি চিংথকপু

থম্বাল ওইহন্দুনা, মতৌস্নন্না প্রজাবু খোইমু, চহিকুমজাবু অহিং, "বারুণী" সুমিৎপু সুমিৎ (সূর্য্য), মহাদেবগী বরবু লৈহী, অসিনচিংবা ওইহন ওইহন্দুনা অদুগা থম্বালনা পোমন্থনা লৈরিবৈদা খোইমুগী অবস্থা, নোংঙাললমদাই য়োরকপদা থম্বাল শাৎকদোরে থন্দুনা হরাও-ঈথক কারকপা খোইমুগী অবস্থা, অসিনচিংবদু প্রজাদা আরোপ তৌদুনা অদুগা অদুগী মথক্তা থম্বাল তন্না পাইরকপা (বারুণী কারকপা), শাবী-শানৌ খোইমুগী হকচাংবু লৈকোল ওইহন্দুনা, মীৎনচিংবা ইন্দ্রিবু লৈকোলগী লৈরাং মথল মথল ওইহন্দুনা, নিদ্রাদেবীবু লৈকোল তম্নকপা হয়িংখোই ওইহন্দুনা, সুংশিরারিবু থোংশংবা (প্রহরবার) ওইহন্দুনা, বারুণী কুমলকপদা থোংশং হাংবা তাল্লক্তা হয়িংখোই পাইশনখিদুনা লৈকোল লৈহী চুপ্না চুপ্না লাক্লগা মোংবমরান য়োবদা হয়িংখোই লৈহী খোবোম হেক থনগ্রবদা স্বপ্নাবেশমীলন ওইবা, স্বপ্নাবেশমীলনদা তাইবংপালগী ধর্ম্ম কয়া তাক্তুনা অদুগা মচানা লমথাপ্না চংলমদাইদা ৱারবী মমাদু প্রকৃতিবু ওইহন্দুনা, মমাগী অপাম্বদু মচানা তোদুনা মচাথাঙমদ্রবী মমানা মচাকোন্দুনা চৎপদু প্রকৃতিগী খোংচৎপু ওইহন্দুনা, মতৌস্নন্না সাঙ্গরূপকনা মীওইবগী লিচৎ মথল কয়া উহনবা লাইরিকনি

(গ) **নিরঙ্গরূপক** কৌবদি—মাগী ধর্ম্ম য়াওদবা উপমেয়দুদা উপমানদু—মাগী ধর্ম্ম য়াওদনা তোংঙান্দনা হাইবদুবু থংনৈ। নিরঙ্গ-রূপক শুসি মথল অনি শুই—মালা-নিরঙ্গ (লৈপরেংশুম্বা ধর্ম্ম য়াওদবা রূপক), একরূপনিরঙ্গ (অমত্তওইব-ধর্ম্ময়াওদবা রূপক)

নহাল উখিব্বী য়েংখোক্লকপা মীৎযেংনা থরো'শংগুম্বী মহাক্কো,
মীপুম্বগী মীৎমাংদা থাবল্নি। নোংদম্বনা ফজবা শেম্বদা
মাগী হৈশিংবগী অবোইবনি। কামগী শাম্নফম য়ুমনি॥ (দর্পণদগী)

বর্ণনাসিদা উপমেয় মুপীত্নদা-উপমান-থাবল, হৈশিংবগী অবোইবা, কামগী শাম্নফম য়ুম, অহুমসি তোঙান্দনা হাইবদা (অভেদ আরোপতা) উপমানগী ধর্ম্ম য়াওদনা হাইবদগী নিরঙ্গনি, মদু লৈগুম্না পরেংশানা রূপক তৌবদগী মালানিবঙ্গরূপকনি হাইনা খংনগনি।

একরূপ নিরঙ্গগী উদাহরণ—মান ফনবগীদমক মখোং পাইদুনা হাইজরুবদা খোংপাক্লা কাওরকপী নায়িকাদুদা নায়কতুনা হাইরকপা—

নিংথিবী! মবাল লৈববা মনাইদা মপুনা মখোংনা মকাওই চুমই।
অদুনা নংগী নখোংপাক্লা কাওবদা ঐগী পুক্লিং নাদে।
অদুগা নখোংপাক্লা কাওবদা ঐগী তুজু, খিব-তিংখংদুনা
থোৎলবা খুযাদা য়ুববিনি খল্লুবদা রাদ'ঙমদে ঐনা॥ (দর্পণদগী)

বর্ণনাসিদা উপমেয় ওইব-তুজুংবদা উপমান-ওইবা তিংখংবুনা মাগী ধর্ম্ম অমত্তা য়াওদনা তোঙানদনা হাইবসি মাগুম্বা অনিঅহুম শুদবনা একরূপ নিরঙ্গরূপকনি খংনগনি। মতৌম্নম্না—মফমসিদা খুয়া-থম্বাল শাৎপিরো। নিপাসি কৈনি। অঙাংসি মৈনি, মাধবীদা—"নুংশি-মৈচাক্লা কংশিল্লক্রবা," "ঐগী পুকিং-পুম্রী মমুংদা" ঐগী পুক্লিং-লৈকোল মমুংদা" অসিনচিংবসি একরূপ নিরঙ্গরূপকনি খংনগনি।

৭। **উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার** কৌবদি—উপমেয়দুবু উপমানদু ওইনা চিংনরবদা (মসিবু মদুরা? নত্রা? খল্লবদা) উপমানদু

ওইনা খনবা ( সম্ভাবনা ভৌবা ) অদুবু খংবৈ *। উৎপ্রেক্ষাসি মখল অনি শুই—(ক) শাব্দী উৎপ্রেক্ষা (য়াহৈনা খংনবা উৎপ্রেক্ষা)। (খ) আর্থী উৎপ্রেক্ষা (অর্থনা য়ৈহুনা খংনবা উৎপ্রেক্ষা)।

(ক) শাব্দী উৎপ্রেক্ষাগী উদাহরণ—

শজি মিৎতা গুমজবী মাগী সনাগী মুখীগুম্বা ফৈবোমসে,
মুংশিৎনা য়ৈহুনা ফীজিনা হাইহুন্নকপা
কামকৌবা লাইহুগী বিজয়পতাকাগী মুখীগুম্বিদা ।। (দর্পণদগী)।

বর্ণনাসিদা "গুম্বিদা" শব্দসিনা উৎপ্রেক্ষা খংহনবনা শাব্দীনি।

(খ) আর্থী উৎপ্রেক্ষাগী উদাহরণ—

মগুণ চেনবা মীনা মফম পিত্র'দা ইকাইহুনা মাইমুকথ'গুন
সকহেনবীশিংগী থবাকচাংহুমনা ফীজেংফম পিদে থন্দুনা
ইকাইহুনা চাংমাই উহন্দে। ( দর্পণদগী )।

নাইজহনবনা হাইরকপা—"শাবী শানৌগী চিঙোইমপাও মেন্নবা লোইরবরা ? ইপুদি ব্রহ্মা মন্নিগী পুন্সি হৌব্র বোই নিংলুরেদা?" (মোইরাং থোইবী) বর্ণনা অনিসিদা—অনিগুবা "ইকাইহুনা" য়াহৈসি থবক্তা ইকাইবা য়াদবনা অদুগা "হৌব্র বোই" য়াহৈসি নাইজহনবদা ব্রহ্মামার পুন্সি লৈবা য়াদবনা, অর্থনা য়ৈহুনা (ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা) ইকাইগুম্বা হৌব্রগুম্বা, হাইবসি ফোংদোকই।

৮। **দৃষ্টান্ত অলঙ্কার** কৌবদি—য়ারেংহুদা "গুম্বা" "মান্নবা" য়াহৈসি য়াওদবা নন্না হাইমিন্নবদগী চাংদম্নবা খংহনবদুবু খংবৈ।

---

* "উপমেয়স্ত উপমানরূপেণ সম্ভাবনা উৎপ্রেক্ষা" ইতিহরিদাসঃ।

অফবা কবিদি মগুণ খংত্রবস্থ ভাংথোক্লকপা ব্লাহৈনা
নাকোংদা অম্বৃতধারা শিন্থরক্লি। মালতী পবেংনা
মাগী লৈনম ফংত্রিভৈরস্থ, মীত্থবু মীৎয়েংদদি হেক্তা মচিংশল্লি॥
(বাসবদত্তাদগী)

দৃন্টান্তসিনা কবিগী ভংথোকলকপা ব্লাহৈত্থ মালতী পরেংগা মাৱৈ হাইবত্থ "মাৱৈ" ব্লাওত্রবস্থ হেক্তো খংনৈ। দৃষ্টান্তসি মৈতৈনা হাইনৈ—"নচাত্থ ফুদা থৌবালদোং চফুবু কাইনবা য়ৈত্রা?" দৃষ্টান্তনা চফু য়ৈবদি চফ় মওং তানবা য়ৈবনি, কাইনবা য়ৈবা নত্তে, অত্থগুম্না মচা মগু ফুবা ওক্লবা ফুবনি, শিনবা ফুবা নৎতে হাইবসি খংনৈ।

৯। **প্রতীপ অলঙ্কার** কৌবদি—তাইবংপালগী চাংদম্নফম (উপমান) ওইনরিবা পোৎ অত্থবু—উপমেয় ওইনা হাইবা, নৎত্রগা করিস্থ লৈহন্দবা ওইনা হাইবা অনিসিবু খংনৈ।

সীতা কাইনরিবা ব্লামচন্দ্রনা সীতা উদেশ্য তৌত্থনা হাইরকপা—

(ক) চান্নবী। লৈকা ফল্লিবা থবো অশংবসে নংগী মিৎকুপ্পি,
অত্থবু মাদি ঈশিংদা লুপ্লিদো। থানা নংগী মাইথোংগুম্নি,
অত্থবু মাদি নোংনা খুমজল্লিদো, নোংদম্বনা নংগী
মাইথোংনচিংবগা মান্নবা শেন্নম্বশিং অসিনা ব্লাম ত্রৈগী
খাইনমৈচাক মৈরিক অমত্তফাও মুৎহনবা ঙমদেদো॥
(হনুমন্নাটকতগী)

(খ) মাগী মাইথোংসি থানা ইকাইনিংঙাইনি।

১০। **উপমেয়োপমা অলঙ্কার** কৌবদি—মথক থংবা ব্লারেংদা উপমা উপমেয় ওইনা হাইপ্রবা ব্লাহৈ অনি অত্থ মখাথংবা ব্লারেংদা অমুক উপমেয়-উপমা ওইনা উৎপা অত্থবু কৌই।

১। নিংথৌ মাগী বুদ্ধিসি রাজলক্ষ্মীগুম্বিদা।
রাজলক্ষ্মী মহাকসু মাগী বুদ্ধিগুম্বিদা॥

বর্ণনা অসিদা—মথক থংবা রারে'দা "বুদ্ধি" রাহৈনা উপমেয়, "রাজলক্ষ্মী রাহৈনা উপমা ওইনা হাইরগা অমুক মথা থংবা রারে'দা "বুদ্ধি" রাহৈনা উপমা ওইদুনা "রাজলক্ষ্মী" রাহৈনা উপমেয় ওইদুনা উৎপনা উপমেয়োপমা অলঙ্কারনি থংনগনি।

২। মরাহৈ অসিং মশকা মান্নেদা,
মশক অসিসু মরাহৈগা মান্নেদা।

শক কজরগা রাঙাংসু কজরবদা নৎত্রগা শকথিরগা রাঙাংসু থিরবদা বর্ণনাসি হাইনৈ, মসি উপমেয়োপমা অলঙ্কারনি, মসিবু মৈতৈনা "শকা চুগা চানৈদা" অসুম্মা শিজন্নৈ।

১১। **অসম্ভবোপমা অলঙ্কার** কৌবদি—লৈরবাই ওই-ররোইদবা পোৎ অমদা উপমা তৌদুনা উৎপা অদুবু কৌই।

নিংথিজরবী ইবেম্মা। নংগী সমুগাইথোং অসে,
নিম্মুং-নিম্মাং লৈত্রবা মাহিং পক্কবা থাগুম্নি॥

বর্ণনাসিদা—থানা মাইহিং পক্কবা মপাংদা ফাদুনা লৈবাদি কৰি-নো'দা লৈররোই ওইররোইদবনি, অদুবু উপমা তৌদুনা উৎপনা অসম্ভবোপমা অলঙ্কারনি থংনগনি। অলঙ্কারসিনা উপমেয় ওইরিবা মাইথোংদু কাহেননা ফজে ফো'দোকই। অলঙ্কার অসি মৈতৈনা "স্বর্গ থুৎনা লাম্বফংগুমই" হাইনা শিজন্নৈ।

১২। **স্মরন অলঙ্কার** কৌবদি—মান্নপোৎ অমা উরু-তারুবদগী উগ্র তাগ্রবা পোৎ অদু নিংশিংবা উৎপদুবু কৌই।

খংব্রাংচাক কৌবা চেক্লানা পাইরিবা মথক্তা কোইনা
পোমশাৎনবা থম্বাল মাবু পুক্লিংখোইদা য়েংলুববু
মীৎয়েংনা তথক তথকপী চান্নবী মাইথোং নিংখিবী
খংহৌদনা নিংশিংভিদা ॥ পুক্লিং ঊথক হৌরকইদা ॥

অলঙ্কারসিনা কোইপাই পাইথা থম্ব্রাংচাক অদু চান্নবীদুগী মীৎকা মান্নে, থম্বাল অদু চান্নবীদুগী মাইথোংগা মান্নে হাইবসি খংহল্লি।

১৩। পরিণাম অলঙ্কার কৌবদি—উপমান অদুবু উপমেয় অদুমক ওইনা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) লিচৎনাইবী তালোইনা, সাজৎ চুম্বী মুপীনা
পোইবৈ লমদম তাম্মুগা, মচা মরা হল্লক্তা
মোমোন নোকপা অথেনপোৎ, মাইয়োক থানা ওক্লেদো
কৈরোই লৈকাই দুজ্ঞগী ॥ ফীদম্নফম ওইনৈদো ॥

বর্ণনাসিদা—থাপ্না চংলুবদগী মচা-মরা লাকপদা অথেনপোৎ বুম্না মোমোন নোকপদু উৎতুনা ওকই অস্মুম্না অথেনপোৎ অদু উপমান ওইনা হাইগদবদু হাইদদুনা অথেনপোৎ অদুবু মোমোন নোকপা অদুমক ওইনা উৎপনা পরিণাম অলঙ্কারনি থংনগনি।

(২) লোইবী লক্ষ্মী অথোইবা হিমালয় মাগী লোক্লুংদা
মণ্ডাম্না মাইকৈ শিল্লিবা মহৈ-মরোংনা চুম্লিবা
উপাল-রাপাল অপুম্বনা থাও য়াওদবা থাওমৈ ওইল্লে
চান্ন-চান্নবী মকাদা কামযজ্ঞগী মতমদা॥

( কুমারসম্ভবতগী )

বর্ণনাসিদা—উপাল-রাপাল পুম্বনা থাওমৈগুম্না গানখরে অসুম্না হাইগদবন্থ হাইদুন্থনা থাওমৈন্থবু উপালন্থমক ওইনা উৎপনা পরিণাম অলঙ্কারনি খংনগনি। "থাও য়াওদবা থাওমৈ ওইগ্রে" হাইরবসিনা বিভ্রাবনা অলঙ্কারন্দস্তু খংহল্লি ॥

( মন্তব্য ) রূপক অলঙ্কারগা পরিণাম অলঙ্কারগা অনি অসি হেক তাবরদি অমত্তা ওইনা তাই, অদুবু খেন্নৈ, খেন্নবা মওংদি—"মাইথোং-থা" "নখোং-খম্বাল্ল" অসিনা চিংবসি রূপক অলঙ্কারনি অদুগা "মোমোন নোকপা অথেনপোৎ" "উপাল রাপাল থাওমৈ" অসিনচিংবসি পরিণাম অলঙ্কারনি। পরিণাম অলঙ্কারদা হায়রবদি "মোমোন নোকপা অথেনপোৎ" অসিনা চিংবদা নোকপন্থ অথেনপোৎ মথল অমনি। অদুগা "মাইথোং-থা" অসিনা চিংবদদি মাইথোংন্থ থা মথল অমা নৎতে। মশৌ অসুম্না পাঠকশিংনা রূপক অলঙ্কারগা পরিণাম অলঙ্কারগা খেন্নবা খনবিগনি।

১৪। সন্দেহ অলঙ্কার কৌবদি—উপমেয় অদুদু উপমানন্থমক্লা হাইনা চিংনবা উৎপা অদুবু কৌই।

সন্দেহ অলঙ্কারসি মথল অহুম শুই—

(ক) শুদ্ধসন্দেহ কৌবা অমা।

(খ) নিশ্চয়গর্ভ সন্দেহ কৌরা অমা।

(গ) নিশ্চয়ান্ত সন্দেহ কৌবা অমা।

(ক) শুদ্ধ সন্দেহ কৌবদি—অরোপ্পা য়াওদনা চিংনবন্তা উৎপা অদুবু কৌই।

ঐগী মীৎমাংদা লেপ্লিবী তোংগানব্রবী অসিবু
মথোৎ কারকপা-উপালগী মমুল কারবা উহৈরা ?
কজবা সমুদ্রদগী কাখৎলক্লিবা ঈথক্লা ?
মুংঙোম্নবা পাখংশিংদা কাবগী পাওতাকপা চৈরাক্লা ?

বর্ণনাসিদা—তোংগ'নবী অসি—মথোৎ কাখৎলকপা উপাল গী উহৈঙুম্মি, কজবা-সমুদ্রদগী কাখৎলকপা ঈথক্কুম্মি অমুম্না উপমা তৌহুনা হাইগদবদা উপমেয় ওইবী তোংগানবীদু কজমন-খিবনা কবিনা উপমান ওইবা উহৈনা-চিংবাহুমক্লা হাইনা চিংনবা উৎপনা মহুদা অরেপ্পা য়াওদনা চিংনবত্তা উৎপনা শুদ্ধসন্দেহ অলঙ্কারনি খংলনি।

(খ) নিশ্চয়গর্ভ সন্দেহ অলঙ্কার কৌবদি—য়ারেং অহুগী অগৌবদা অমস্নুং অয়োইবদা চিংনবা উৎলগা ময়ক্তা অরেপ্পা উৎপা অহুঙবা চিংনবা উৎপা অদুবু কৌই।

লান্দারকপা নিংথৌহু খাগৎপগী বর্ণনা—

(১) মাংদা উরিবা অসিবু কোরোহনবা লাইঅহুরা ?
লাঙ্গোই শগোল তরেৎনা খুনেৎনবনি লাইহুদি।
খুনেৎনবা উরি মাদি লাঙ্গোই শগোল অমত্তদা।
নৎত্রগা খাম্বী মৈহুনা চোথোক্লক্প্রা মূর্তি ওইনা।
মৈদি মাইকৈ শিন্দবনি মাদি মাইকৈ শিন্না চৎলি।
অহুদি মী হাৎকে লাকপা "যম" কৌবা লাই অহুরা ?
যমদি ইরোইদা তোংবনি মাদি শগোল্দা শাদোংলি।
লানফমদা লাম্মীনা 'সুন্না 'যুঙ্ঙোবু খল্লি লেপ্পনা॥

বর্ণনাসিদা উরিবা অসি মঙান্দা সুমিৎকুম্মি, লাম্থেংদা মৈঙুম্মি, মীহাৎপদা যমগুম্মি, অমুম্না হাইগদবদু হাইদতুনা মঙাম্ন-চিংবদা কাহেনখিবনা উপমেয় ওইবা উরিবদু ( নিংথৌজু ) উপমান ওইবা সুমিৎনা চিংবতুমক্না ? হাইনা চিংনবা অহানবদা উৎলগা ময়ক্তা সুমিৎতি সগোল ভরেৎ তোংবনি, উরিবা অসিদি সগোল অমত্তদা তোঙিঙু, অসিনাচিংবনা অয়েপ্প উৎপগা মমৈদা "লেপ্পুনা খল্লি" হাইনা চিংনবা উৎপনা নিশ্চয়গর্ভ সন্দেহ অলঙ্কারনি থংনগনি।

(২) মাংদা উরিবা অসিবু ফুইনা মংলকপা নোংথুরা ?
নোংদি লৈমাইদা চৎত'নি মাদি লৈমাইদা চৎনা উই।
নোংথাংনা মখেলাংবরা ? নোংথাংদি সেংদনা লৈতে
অসে ইতা ! কুচুমুবা মাকীগে খোনবা রুরুরা ? ॥

(গ) নিশ্চয়ান্ত সন্দেহ অলঙ্কার কৌবদি—অহানবদা চিংনবা উৎলগা অরোইবদা অয়েপ্পা উৎপা অত্তুগুম্বা চিংনবতুবু কৌই।

(১) পোইরৈ থাপ্না ওাল্লিবীসিবু পুন্নিদা খোংদাবী থম্বাললা ?
সোরোক্ য়াংবী থক্তা লেপ্লিবী কনাগুম্বা'মগী মাইথোংলা ?
মতৌ মওং সুয়া মঙান্দা মখল মখল খল্লিঙৈন্দা
থম্বালনা হৈত্রবা কে-মৌ'না মীগী মাইথোংনি থংহনখরে।

বর্ণনসিদা—উরিবী অতুগী মাইথোং অদু থম্বালগুম্না ফজৈ হাইগদবদা ফজমনবদগী হাইনিংদত্তনা উপমান-ওইনিংবা থম্বালতুমক্না হাইনা চিংনবা উৎলগা মমৈদা চিংনবা কোকপতু উৎপদগী নিশ্চয়ান্তসন্দেহ অলঙ্কারনি থংনগনি ॥

(২) উবি'সে ফুইনা হৌবকপা নোংলা ? ব্রজ নিংথৌ মপারি কৃষ্ণরা ?
লেংদবা নোংথানা মখে লাংব্রা ? সনা ফীগেহুনা হাই হুবরা ?
চুমথাংনা কোবৌণক্তা থানববা ? কোক্তা থেৎপা রাহোংগী মওারা ?
নংত্তে ইতা ! নোংলা চিংবা নংতে শরৎনা নোংজুথা লিচৎ চৎতে ॥

১৫। ভ্রান্তিমান অলঙ্কার কৌবদি—মান্নমনবদগী মা ("ক") নৎত্তবহুদা মানি ("ক"নি) হাইনা খনবা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) লৌথুপ লৌকোই লৈত্রবা ষঙ্গেল নহা কাংবুনা।
থাবল মঙাল নিংথিবা সঙ্গোম শিম্বে খনগ্রে।
মনবীশিংগী খোমথাদা খোময়া ভন্না থানখরে।
শাবী-শানৌ চিংন্নীনা থাবন্না য়ৈবা বোবোই।
মুক্তা মহৈনি খনগ্রে হেকখবে ফীগা ওথন্না।
ফুইনা ঙানবা থাবননা খলহনখরে ওন্ননা॥

থাবলগী ঙৌবা অদুবু সঙ্গোমগী ঙৌবগা মান্নমনন্নদগী থাবলগী মরি মক্তি ভারকপা অদুবু সঙ্গোমনি খনবা উৎপনা, অদুগা থাবন্না য়ৈবা বোয়োইহু মুক্তানি খনবা উৎপনা ভ্রান্তিমান অলঙ্কারনি খ'নগনি।

(২) কুইরবা নোংনা পাথরক্তা হুমিৎ মশেক্রা ঙাংঙ্গারক্তা।
হুমিদাংবাই ওইরে নিংহুনা যাত্রা মতম ওইবে খদুনা।
অহিংমথৌ লৈবী নুজানা পুক্লিংগী ভহাব পোকখরে।
কীজেৎ ওন্নতৈননা শেংখরে লৈতেংপোৎ ওন্ননা হাপগরে॥

১৬। উল্লেখ অলঙ্কার কৌবদি—খংলিবা মীগী মীশক মীওই খেন্নবদগী, নৎত্রগা খংগদৌরিবা পোৎকী গুণ মথল মথল

ওইবদগী পোৎ অমত্তদা মখল মখল ওইনা হাইবা উৎপা অত্তবু কৌই।

(১) যশোদা মপারি কৃষ্ণবু চান্নবনি নিংলি গোপীনা।
মপুনি খুরম্নি ইন্দ্রনা নাবায়ণনি হাই নারদনা।
ব্রহ্মানি লুপ্লিদো যোগিনা ভগবান্নি খল্লি ভক্তনা।
পরমাত্মানি হাই মুনিনা অঙাংনি উবিদো নন্দনা॥

বর্ণনাসিদা—খংলিবা মী ( গোপীনচিংবত্তু ) মীশক মীওই খেন্নবদগী কৃষ্ণ মতোমতদা চান্নবা মপুনচিংবা মখল মখল ওইনা হাইবদগী উল্লেখ অলঙ্কারনি খংনগ'ন।

(২) মহাত্মাদি তপথ'দা সমুদ্র'নি।
চিংলেম্বদা লোইবীচিংঙাও মশক্তি।
নিংবা থুংহনবদা স্পর্শ মণি নি।
খাং কনবদা লৈপাকলৈগী ইমানি॥

বর্ণনাসিদা—মহাত্মা ওইবা মী সিমত্তদা খ লিবা গুণ অত্তু মখল মখল চেনখদগী সমুদ্রনচিংবা মখল মখলত্তু ওইনা হাইবত্তু উৎপদগী উল্লেখ অলঙ্কারনি খংনগনি। "সমুদ্রনি" হাইবসি গোণীলক্ষণা* কৌবা শব্দশক্তিনা সমুদ্রগুম্মি অস্নুম্না খংনগনি, মরম অসিনা বর্ণনাসি রূপক অলঙ্কারসু চংশু খংনগনি।

১৭। **অপহ্নুতি অলঙ্কার** কৌবদি—উপমা তৌত্তুনা হাইগদবত্তু হাইদত্তুনা উপমা-উপমেয় অনিগী মমুংদা উপমেয় ভাব অত্তু "নৎতে" হাইনা লোৎশল্লগা উপমান ভাব অত্তুতা লিংখৎতুনা

* গোণীলক্ষণাগী লক্ষণ ৩ শুবা মঙান্দা য়েংবা

থোকহল্লুনা উৎপা অদুবু কৌই।

অপহ্নুতিসি মখল অনি শুই—

(ক) উপমেয় লোৎশনবনা মাংওইনবা অমা।

(খ) উপমা ভাবনা মাংওইবা উপমেয় লোৎশনবা অমা।

"ক" গী উদাহরণ--

উরিবা অসি কোরৌ অতিয়া নৎতে সমুদ্রনি
উরিবা অসি থরাম্মিচাক নৎতে কেঙ্গোল কাবনি
উরিবা অসি থা নৎতে কোনশিনবা অনন্ত লিম্নি
উরিবা অসি মাহিং নৎতে চেপ্লিবা শ্রীকৃষ্ণনি।

বর্ণনাসি--থরানমিচাক্রা থল্লবা, পাল্লবা অতিয়াদা থোক্লিবা কোইরক কোইরবা থাদা মাহিংনা মুনা পকতুনা লৈবা অদুবু কবিনা—শ্রীকৃষ্ণনা অনন্তশয্যাদা চেপ্লা মওং অদুগা মান্নরা উদুনা মদুগা চাংদমদুনা (অনন্তশয্যাদা উপমা তৌদুনা) হাইগদবদু হাইবদি থরাম্মিচাককুম্বা কোঙ্গোম্না থল্লবা সমুদ্রগুম্বা অতিয়াথক্তা মথেক কোল্লবা অনন্ত লিলগুম্বা থোক্লিবা থাদা শ্রীকৃষ্ণ চেপ্লগুম মাহিং পকতুনা লৈবা অসি অসুম্না হাইগদবদু হাইদদুনা হাইবদি কবিনা মদু ওইনা (উপমেয়দু ওইনা) উথিত্রদুনা উপমেয় ভাব অদু (অতিয়া, থরানমিচাকনচিংবগী ভাব অদু) "নত্তে" হাইনা লোৎশিল্লগা উপমান ভাব অদুতা ওইনা লিংখৎতুনা উৎপনা মদুদা উপমেয় লোৎশনবন' মাংওইনবনা "ক" অপহ্নুতি অলঙ্কারনি থংনগনি।

"থ" গী উদাহরণ

তাকম লোইবী থোংনেৎনরবা, কোজোলগী মঙাল গুন্নবা থা।
নোংদম্বা নোংদম লেংকদ'না থরো কাইনবা নক্‌ক্‌ৎনা।
মাহিংবু থাইন মৈথু লাং'নি মাইহিং কাবা নংতে হাইদুনা।
থরো মাইথোং চিং-না য়েংদুনা ঙাল্লিবসি পুক্লিং নৌইদা ॥

বর্ণনাসি—থানা তাৱমদাইদা মঙাল মক্‌শল্লক্‌কুনা মাহিং পকপা অদু মকালায়। উৱবা অদুগুম্বা থাগী মঙ' অদু উৱগা কম্বাগুম্বা কবিনা—থরো কাইনগদবগী কামগী মৈশা লাংলক্‌কুনা মৈগী মৈথু লাংবনি মাহিং নংতে হাইনা কল্পনা তৌবা বর্ণনানি। উপমা ভাব মা'ওইননা হাইবদি অহানবদা মৈথুবু উপমান ওইনা থল্লুৱগা উপমেয় ওইবা মাহিংবু মাহিং নংতে হাইনা লোৎশন্‌বনা "থ" অপহ্নুতি অলঙ্কারনি ॥

১৮। নিশ্চয় অলঙ্কার কৌবদি—উপমা তৌদুনা হাইগদবদু হাইদদুনা উপমান-উপমেয় অনিগী মনু'দা উপমান ভাব অদু "নংতে" হাইনা ককথৎলগা উপমেয়দুনি হাইনা লিংথৎপা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) অঙাওবা খোইমু নৈপাবা। মাইথোং ফজবী মকাদা
লৈহী ফংঙোইদনা নংনা পাইশল্লিদো তোইনা ভোইনা
পাইশন্‌ফম্‌ অদো মাইথোংনি লৈহী চেনবা থম্বাল নংতে।
তোংদোৱিবদো মীৎমানি পোম্‌পাৎনবা থরো নংতে॥

বর্ণনাসি—মাইথোংবু থম্বালগুম্না, মীৎমাবু থরো অশংবগুম্না খন্দুনা খোইমুনা ভোইনা পাইশল্লি হাইনা উপমা তৌদুনা হাইগদবদু হাইদদুনা থম্বাল নংতে মাইথো'নি হাইদুনা উপমান ভাব

ককথৎলগা উপমেয়দুনি হাইনা লিংখৎপা উৎপনা নিশ্চয় অলঙ্কারনি খংনগনি ।। অলঙ্কারসিনা মাইথোংদু ১সুং মীৎকমদু কাহেন্না ফজৈ হাইবদু খংহন্নি ।

(২) হে কাম ! মহাদেবনি খন্দুনা ।
শাওদুনা কাপ্পিনু ঐদা তেন্-শুনা ।
বেৎচবিবা অসি থম্বৌ হেড়ানি ।
নৎতে অনন্ত হাইনা কৌবা লিন্দু ।
খৌবিদা পক্লিসি থরোশংবনি ।
নৎতে কালকুট কৌবা হু অদু ।
তৈবিবসি মলযাজ্যাচন্দন্নি ।
নৎতে লৈতেংনবা বিভূৎউৎ অদু ॥

বর্ণনা অসি খাইনা মৈশা লাংলিবা কনাগুম্বা অমনা কাম মৈচাক হেঙ্গৎলক্লুনা হাইরকপগী বর্ণনানি ।

বর্ণনাসিদা—মৈশা লাংলিবা মীদুনা মৈশাদু কোক্লবা হন্থনবা হাইদুনা থম্বৌ, থরো অশংবা য়েৎপা, শিবা ১সুং হকচাংদা জ্যাচন্দন তৈবা অসিনচিংবা অদুদা অহোইননা কাম মৈচাক্ থাক থাক অস্থম হেঙ্গৎলক্লবা অদুদা মী মানা খল্লি—ঐনা তৈব্রিবা জ্যাচন্দন অসি বিভূৎউৎ কুম্মি, য়েৎলিবা থম্বৌ অসি অনন্ত-লিনগুম্মি, থরো অশংবা অসি কালকূট হুগুম্মি, অদুনা কামনা মাগী য়েক্লবা মহাদেবদুনি খন্দুনা কামমাগী তেন মথল মঙা অদু হাইবদি হেক ঙাওহনবা ( উম্মাদ ) হেক শুমহৎপা (সম্মোহন) য়াং হেক কংহনবা ( শোষণ ) হেক চাকথেকপা ( তাপন ) হেক ব্লাম্বা ভেল (মূর্চ্ছা) মথল মঙা অসি মথং মথং কাপ্লক্লে হাইনা মীদুনা খন্দুনা

কামদা হাইজরকপা—হে কাম ! জ্যাচন্দননচিংববু বিভূৎউৎনচিংবগা মান্নবনা বিভূৎউৎনা চিংবত্নমক্লি খনবিগন্নু হাইবা—বিভূৎউৎ নৎতে জ্যাচন্দননি হাইদুনা উপমেয়দু লিংখৎপা উৎপনা নিশ্চয় অলঙ্কারনি খংনগনি ।

বর্ণনাসিগী অলঙ্কার অসিনা-মী অসি কাহেন্না কাম মৈশা লাংলে হাইবসি খংহল্লি।

( মন্তব্য ) কনাগুম্বনা কোংগ্রেংবু লুপানি খন্দুনা লৌনবা থৌবাং তৌবদা "লৌগদৌরিবা অদু কোংগ্রেনি লুপা নত্তে" অসিগুম্বা ৱাচাং অসি নিশ্চয় অলঙ্কারনি হাইনংবা য়াই, অদুবু হাইবা যাদে, মরমদি ৱসিকশিগী রস ভাবতা ৱাঙাংতুগী চমৎকারিতানা ( থৌওংথোক ওইবা ৱাগৈ ৱাগানা ) পুক্নং থোগৎপা হাইবদি এম মশা নেকৎহনবা ওদুগুম্বা ৱাচংগী চমৎকারিতা পোকহনবদুবু অলঙ্কারনা পে কহল্লি । "কোংগ্রেংনি লুপা নৎতে" অসিগুম্বা অসিদদি ৱাঙাংগী চমৎকারিতা ওইদবনা অলঙ্কার নত্তে খংনগনি ।

১৯। অতিশয়োক্তি অলঙ্কার কৌবদি :—ইচুম চুম্বা খংলিবা অদুবু মাগা য়াম্না মান্নবা চুমদবা অদুবা ? হাইনা খঞ্জানৱগা খঞ্জানরিবা অদু ওইনা লেপ্পা উৎপা অদুবু কোই ।

অতিশয়োক্তি অসি মখল মঙা থোক্না খাইদোকই:—

(ক) তোঙান্নবদা অমত্তা ওইনা খংবা উৎপা অমা ( ভেদে অভেদ )

(খ) অমত্তা ওইবদা তোংঙান্ননা উৎপা অমা ( অভেদে ভেদ )

(গ) মার লৈনবদা মরি লৈন্দবা ওইনা উৎপা অমা (সম্বন্ধে অসম্বন্ধ)

(ঘ) মরি লৈনদবদা মরি লৈনবা ওইনা উৎপা অমা (অসম্বন্ধে সম্বন্ধ)

(ঙ) থবক্তা মরমগা থক্-খা ওন্নবা উৎপা অমা ( কার্য্যকারণ পূর্বা পরাত্যয় )

"ক" গী উদাহরণ ঃ—

উরিবা অসি কবিনো ? থক্তা রাহোং মমৈ পুংলি।
খাদা নিংস্মুংগী নিপান্নি থাজ মহাক্তা ঙাল্লিদো।
মরক্তা থবো'শংবনা লৈকা ইফন ফন্না শাৎলি।
হাইথবকপা য়েংলুবদা থোঙ্গৈদিং মপান্না নিংখিনি ॥

বর্ণনা অসি— কনাগুম্বা অমনা নায়িকা অমগী শন্না চিংবা বর্ণনা তৌবগী মতাংনি। নায়িকা অড়ুগী উরিবা ইচুম চুম্বা শম্, লাইবক্, মীৎ, নাতোল অড়ুবু চুমদবা রাহোংমমৈ, থা না চিংবগা য়াম্না মান্নবদগী রাহোং মমৈনা চিংবড় ওইনা খঙ্গানবদা—খঙ্গা-নরিবা ড়মক ওইনা লেপ্প উৎপদগী, মসিদা শম্নাচিংবদগী রাহোং মমৈনা চিংবড় তোংঙাল্লবস্নু অমত্ত ওইনা উৎপদগী "ক" অতিশয়োক্তি অলঙ্কারনি খংনগনি।

"খ" গী উদাহরণ :—

নায়িকা মহাক অসিগী হকচাং কাযাৎ নিংথিবসি।
অতোপ্পীগী নিংথি'দগী ইতোং তোঙঙালিদা যেং'দা ॥

অতোপ্পী নায়িকাগী হকচাং কয়াৎ নিংথিবগা উরিবী নায়িকাড়ুগী হকচাং কায়াৎ নিংথিবগা নিংথিবা অনিড় অমত্তুনি, হাইবসি চুম্না খংলিবনি। অড়ুবু মান্নবা অমত্ত ওইবড়ুদা তোঙঙান্নব্রা ? হাইনা চুমদবা খঙ্গানরুরগা তোঙঙাল্লিদা হাইনা তোঙঙান্নবা লেপ্পা উৎপনা "খ" অতিশয়োক্তিনি খংনগনি।

"গ" গী উদাহরণ :—

মুপী'সি শেম্বু ব্রহ্মারা ? তাইবং ঙালহনবা থাজরা ?
বাসন্তী শাৎপা ঋতুরা ? শৃঙ্গার পোকফম কাম-লা ?
বেদ নৈনবা কনখি'না খি-ফম্জবা শক খংদ্রবা
অহল ওইবা ব্রহ্মাতুনা পুক্লিং হুবী শেমঙমদগে ? ॥

বর্ণনাসিদা—তাইবং শেম্বদা ব্রহ্মানি, অদুনা শেম্বগা ব্রহ্মাগা মরি লৈনবা অচুম্বা অসিগা—শেম্বদা মরি লৈনদবা থানচিংবগা খঙ্গানরবদা মখাদা "বেদ নৈনবা কনখিবনা....শেমঙমদগে ?" পরেং অসিনা মরম ওইদুনা হাইবদি শেম্বা ঙম্মোই হাইবসিনা খঙ্গানরিবা চুমদবা থানচিংবদুনি হাইনা লেপ্পা উৎপনা "গ" অতিশয়োক্তি অলঙ্কারনি। "থাজরা ?" হাইবসিনা মুপীসি-মঙাল ফাওদুনা ফজৈ খংহল্লি। "....ঋতুরা" ? হাইবসিনা লৈগুম্না পাম্নিংঙাই ওই হাইবা খংহল্লি। "....কামলা ?" হাইবসিনা উবদা শৃঙ্গার হেক ফাওহল্লি হাইবা খংহল্লি।

"ঘ" গী উহাহরণ :—

থাজ মাগী মকোইয়াইদা।
থরো'শংবা শাৎলম্ল'দি।
নিংখিবী মাগী মাইথোংগী।
চাংদম্নফম ওইগনিকো॥

বর্ণনাসিদা—থাদা থরোঅশংবা করিনোংদা শাৎতে হাইবসি চুম্না খংলিবনি, অদুনা থাগা থরোশাৎপগা মরি লৈনদে, অদুবু মরি লৈতবা অসিদা কল্পনানা মরি লৈনবা উৎপনা "ঘ" অতি-শয়োক্তি অলঙ্কারনি খংনগনি।

"ঙ" গী উদাহরণ ঃ—

শকহেনবীশিংত্নগী থমোইদি।
শৃঙ্গার ঈখৌ লাং'না মাংজৌনৈ।
লৈবাং লৈকা ফনবা উবনা।
তুংঙভাইননা থোক্লৈদো মরূপ।॥

বর্ণনাসিদা— শকহেনবীশিংনা লৈগী লৈকা ফনবা উরগা শৃঙ্গারগী পুক্নিং য়াকাই হাইনা থ'নরিবা অচুম্বসিগা হাইবদি মরমনা হান্না লৈবগা থবক্না কোন্না থোকপা অচুম্বসিগা—য়াকাইবনা হানবা, লৈকাফনবা উবনা কোনবা চুমদবা অসিগা—অকোন অহান খঞ্জানবদা পুক্নিং য়াকাইবনা হাল্লি লৈকা উবনা কোল্লি হাইনা লেপ্লা উংপ'। "ঙ" অতিশয়োক্তি অলঙ্কারনি। (মসি মৈতৈনা "হৈবনা হাল্লে তম্বনা কোল্লে" হাইনবঙুনি)।

২০। **তুল্যযোগিতা অলঙ্কার কৌবদি**—রাহৌদোক্কী বিষয়শিং অঙু নত্রগা রাহৌদোক নত্তবগী বিষয়শিংঙু ধর্ম্ম অমত্তগা (ক্রিয়া গুণনচিংবা ধর্ম্ম অমত্তগা) মরি লৈনবা উংপঙুবু কৌই।

(১) তমযানা কোবি চেল্লকুপা     মুমিদাংরাইগী মতমনা।
মনম্ মুংশিববা থাওবু     মকা ফল্লবা লৈবাংবু।
চান্নবদা ওইন- চাওবী     শক-চু হেনবী কাংবুশিংবু।
তুম্লিবা কাম য়াকাইহনবা     থৌদাং পাইমিন্নরে খংব্রে॥

বর্ণনাসিগী রাহৌদোক্কী বিষয় মুমিদাংরাইনি। মুমিদাংরাই মতমনা নায়ক-নায়িকাশিংগী তুম্লম্বা কাম য়াকাইহল্লি। মুমিদাংরাই মতমদা লৈকা ফল্লকই, মনম্ মুংশিবা থাও তৈরকই, ওইনরম্বী-শিংনা ওইনবা থারকই। লৈকা ফলকপনা, থাও তৈবনা, কাম

য়াম্লাইহল্লি। অহিংসা মুম্নিদাংবাই মতমগী পোওং পুম্নমক বর্ণনা তৌরম্লিদা—মুম্নিদাংবাইরা কাম য়াঙ্গাইহনবা পোদাং পাইবা অমত্তা থাও, মৈরাং, ওইনাচাওবীশিংস্তু পাই হাইদুনা শক্লি। "থল্লিঙ" হায়বা ক্রিয়া অসি থাওনচিংবা রিয়য় অসিগা মরি লৈনবা উৎপন্ন তুল্যযোগিতা অলঙ্কারনি থংনগনি।

(২) ইব্রেম্মা। নংগী নম্মাগী।
য়োংপা থংবা কনানা।
জাতি-মুক্তি শিরিবসু।
কদিংগনা হাইরোইদবগে ?॥

বর্ণনা অসি—নায়িকা অমনা রাহৈদোকী বিষয়নি। জাতি-মুক্তিনা চিংবসি রাহৈদোকী বিষয় নৎতে। রাহৈদোকী বিষয় নৎত্রবা জাতিনচিংবা অসিগা, অকনবা গুণগা মরি লৈনবা উৎপন্ন তুল্যযোগিতা অলঙ্কারসি থংনগনি। অলঙ্কারস্তিনা নংগী হকচাং অসি অক্লিনা চিংবদগী মেরা থোংথলি হাইবসি থংহল্লি॥

২১। দীপক অলঙ্কার কৌরবি (ক) ক্রিয়া ময়ামমা কারক অমত্তা ওইরা উৎপা অত্তবু নথরগা (খ) রাহৈদোকী বিষয়গা রাহৈদোক নৎতবগী বিষয়গা রিমত্ত অনি অত্তু ধর্ম্ম অমত্তগা মরি লৈনবা উৎপা অত্তবু কৌই।

"ক" গী উদাহরণ:—

থবাইগী মপু 'ম্বুঙ্গমানা পোইরৈ লমদম অমশিনদা।
তপ লিচং চৎলুবী ইতা কাবগী জেন সাকুরুনবি'না।
ওাইহাক পুজোই চপ্প লেপ্লিদো ওাইহাক অমা হেক হিজিনো।
অমুক ন্যোকই অমুক্ত বমি জেক কপি কুক রোইগৎলিদো।

বর্ণনা অসি দূতীনা হাইবনি । লেপ্পা-হিন্নানচিংবা ক্রিয়া ময়াম অসিদা "ইতা" হাইবা অসিমন্তনা কর্তা কারক ওইহনা উৎপনা "ক" দীপক অলঙ্কারনি খংনগনি। অলঙ্কারসিনা নায়িকা অসি খাইনা মৈচাক কা হেল্লি হাইবহু খংহল্লি।

"খ" গী উদাহরণ :—

লানগুম কীরাম খেৎনিংলিবা শিশুপাল কোবা নিংথৌরেন।
পাজল নাপলগী ময়াইনা হৌখিবা সাঙোলা তৌগুম।
প্রজা রাহল্লি নৈহনা সতী লুপা, পুক্লিং মচু।
তাইবং হৌনশা ওইবোইদো লাঙেঙাল খুদিং নিপা ফুং-ইনবা॥

বর্ণনাসিদা য়াহৌদোকী বিষয় শিশুপালগী পুক্লিং মচুনি। সতী লুপীদি য়াহৌদোকী বিষয় নৎতে হাইবদি শিশুপালগী পুক্লিং মচুগী ময়মদা বর্ণনা তৌবনি। সতী ওইবী লুপীগী ময়মদা বর্ণনা তৌদবনি, অদুবু সতী ওইবী লুপীগা পুক্লিং মচুগা অনি অসি "ফুংইনবা" হাইবা ক্রিয়া অসি অমত্তনা মরি লৈনবা উৎপনা দীপক অলঙ্কারনি।

অলঙ্কারসিনা সতী ওইবী লুপীনা মপোক খুদিংদা মপুরোইববু থাদবগুম্না রাবণগী মপোক্তা শংখিবা পুক্লিং মচু অদু রাবণ মানা শিশুপাল ওইনা পোক্লকপা অমিদমক্তু থাদে, হাইবদি মচুহু কোক্তে অদুম চেল্লি হাইবসি খংতল্লি॥

"খ" গী উদাহরণ অমম্ু—

ফুংশিবা মীশক ক ইনবা লায়েং গুমদবা অনাবা।
মগুণ চেনবু খিমা হাইবা কৎতবা মীশা য়েরুবা।
হাই' ইনবা মচা পোক্পা মগাসি থুজা খমুদা।
খমোই লৈয়াং কং হন্নিদা ৭ অরা গুমথে হাইজনদেলা॥

বর্ণনা অসিগী য়াহৌদোক্কী বিষয়দি মুংশিবা মী কাইনবনি, অনাবা-নচিংবা নৎতে। য়াহৌদোক্কী বিষয়গা য়াহৌদোক নৎতবগী বিষয়গা অনি অসি কংহন্‌বা ক্রিয়া অসি অমত্তগা মরি লৈনবা উৎপনা দীপক অলঙ্কারনি।

২২। **নির্দর্শনা অলঙ্কার** কৌবদি— বর্ণনাদুদা য়াওরিবা য়াহৈশিংগী অহাইবা অর্থশিং অদু ( শক্যার্থশিংদু ) অমগা অমগা লিপক্লবদা ( অন্বয়দা ) অপন্‌বা-লৈত্রগা ওইরবসু লৈরগা ওইরবসু মচেক্লা য়ৈত্থনা ( ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ) চাংদম্নবা ভাব অমা থংহনবা উৎপা অদুবু কৌই। *

(১) তাইবংপান্ অসিদা করম্বা মীশক্লা।
মীবু য়াহল্লগা মুংঙই লৈ'গে কূইনা।
কোয়ৌহন্‌বা লাইনা মুংথিল থংহল্লগা
মুংথিল গুন্‌খৈ লোই'দা তাকম্ মরোৌথিদা।

বর্ণনাসিদা—য়াহৈশিংগী অহাইবা অর্থশিং অসি অর্থ লিপক্লবদা, অপনবা লৈত্রগসু মচেক্লা য়ৈত্থনা মুমিৎনা থর ঙাল্লমলগা তাথিগুম, মীবু য়াহল্লগা মুংঙাইবদু কুইরমদনা হেকমক মাংথি অসিগুম্বা-চাংদম্নবা ভাব অসি থংহনবা উৎপনা নির্দর্শনা অলঙ্কারনি থংনগনি।

(২) কাম্নদবা মুংঙাই পামদুনা।
মপোকসি মহৈ য়ালহল্লেদো।

* য়াহৈ মথল, অর্থ মথল ব্যঞ্জনাবৃত্তিগী লক্ষণ অমসুং মথল ১ ভুবা মঙাল্দা হাইখরে।

লিকি ময়মল্লা মণিপরেং ।
খুংদ্রম্না য়োনখিব্রা হাইদা ।। ॥

বর্ণনাসিদা—তাংনা ফংলবা মপোক অসি কান্নদবানুংঙাইবা-- বিষয়ভোগ ফংনবা হোৎনবদা লেনখিবসি—মমল য়ান্নবা মণিপরেং হোংনা য়োনখিব্রগুম্বনি হাইবা চাংদম্রবা ভাব অসি উৎপনা নিদর্শনানি

সুর্য্যবংশদা পোকপনা কুদাইদা ?
ঐগী পিক্লবা বুদ্ধিনা কুদাইদা ?
লানগুমদ্রবা সমুদ্রবু উঙাম্না ।
গুক্তুনা লানগে নিংবা ওইরি ঐনা ॥

বর্ণনাসি-রঘুবংশকাব্যদা কালিদাসনা হাইবনি। উঙাম্না চাংজৌ খংদনা পাক্লবা সমুদ্রবু লানবা ঙম্মোই হাইবসি মীওইবনা খংনরিবনি, অদুনা কালিদাসগুম্বা পণ্ডিতনা উঙাম্না লানগে নিংবা হায়বসি ওইথোক্তবনি। ওইথোক্তবগী মশক ওইবা অপনবসি লৈবনা ("ঐনা" গা "লানগে নিংবা" গা কত্তা ওইবা মরিসি ওইথোক্তবা ওইবনা) কালিদাসনা সমুদ্রবু উঙাম্না লানগে নিংবা হাইবসি য়াদে। অদুবু কালিদাসনা ইববু লাল্লি হাইবা য়াদবনা "নিংবা" হাইহেগী অহাইবা অর্থদু—মতাং অসিদা শিজিন্নবা য়াদ্রবনা থৈহনবা মরিনা (গৌণীলক্ষণানা) অথৈবা অর্থ লোৎরগনি। হাইবদি— "নিপাসি কৈনি" হাইবদা "কৈগুম্নি" হাইনা খংনবগুম "নিংবা" হাইহেসি "নিংবগুম" হাইবা অথৈবা অর্থ তৌদুনা থৈদোকপা হাইহে (লাক্ষনিকপদ) নি হাইনা খংনরগনি, অথৈবা অর্থ

লৌরগদি বর্ণনাসিগী অপুনবা অর্থদু—য়ৈহনবা মরিনা ( ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ) বুদ্ধি পিব্লবা কালিদাস থৈনা চাওরবা সূর্য্যবংশবু ইগে থৌরাংলিবসি ( নিংলিবসি ) পাব্লবা সমুদ্রবু উড়ায়া লাগগে নিংবগুম ওইরি, অসিগুম্বা চাংদম্নমা ভাব খংহনবনা নিদর্শনা অলঙ্কারনি। *

(মন্তব্য) নিদর্শনাগা দৃষ্টান্তগা অনি অসি হেক তাবদা অমত্তগুম্মি, অদুবু অমত্তনি হাইবা য়াদে, মরমদি—নিকর্শনানা য়াবে' অনি অদুগী মনু'দা—য়াবেং অমনা অমস্তু অমস্তুগী ওইনা ( সামান্য ওইনা ) অতোপ্পা য়াবেং অমনা পোৎশক অমত্তগী ওইনা বিশেষ ওইনা ) উৎপ'নি। দৃষ্টান্তদনা সামান্য বিশেষ ভাব য়াওদনা উৎপনি। অহাইবা অর্থ লিপক্লবা য়াদবা নিদর্শনাগা দৃষ্টান্তগা খেন্নবদি অহাইবা অর্থ লিপক্লবা য়াদবা অমস্তুং য়াবা অদুমক্রা অদুম খেন্ন.র খংনগনি।

২৩। *প্রতিবস্তু পমালঙ্কার* কৌবদি—য়াবেং অনিগী য়াহৈ-শিংদুগী মনুংদা য়াবেং অমগী য়'হৈগা য়াবেং অমগী য়াহৈগা চাংদম্নবা উৎপা অদুবু কৌই।

ইবেম্মা। নহাক্লা নগুণনা।
নবুঙেগাবু ননাক নকহল্লি।
সমুদ্রবু ঈথক কাহনবী।
থাবননা নগুণদগী হেন'দ্রা?॥

বর্ণনাসিদা—মথক্কী য়াবেংগী "নবুঙেগাবু" গা মথাগী য়াবেংগী

* য়ৈহনবা মরি, অথেবা অর্থ, য়ৈহনবা মরিগী লক্ষণ ওগুবা মঙাল্দা হাইব্রে।

"সমুদ্রবু" গা চাংদমনবা উৎলি। অদুগা "মহাত্মা" গা "থাকমা" গা চাংদমনবা উৎলি। হাইবদি সমুদ্রগুম্বা নমুঙ্ঙোম্বা থাকমগুম্বী মহাত্মা মনাক্তা চিংশিল্লি, থাকমনু সমুদ্রবু মনাক্তা চিংশিন্নি ( ঈশ্বর কাওত্রি ) অদুনা থাবমনা এংগী নংগুমদনী হেন্দে।

২৪। ব্যতিরেক অলঙ্কার কৌবদি—চাংদমনবা ভাব উৎপদা উপমানদগী উপমেয়না হেন্নবা নৎত্রগা তাথনা উৎপদুবু কৌই।

মথোং কারকপবু লেংদবনি থল্লিবী নিংথিবী।
নিন্দুংদা থাদি নোংমা নোংমগী পিকথত্রগসু।
নিম্নাং ওইরক্তা অমুক মুত্তিগী চাওখৎলকৃইদো।
মথোং কারক্পা লোংচত্তি থাংখিবা হল্লকত্র'নি।

বর্ণনাসি—মানতৌরিবী নায়িকা অমদা নায়ক অমনা চাইবগী বর্ণনানি। বর্ণনাসিদা—থাগা-মথোংকারকপগা চাংদমনবা ভাব উৎপদা উপমান ওইরিবা থাদি শিথরকপদা নোংমা নোংমগী ময়েং তাথত্রগসু পান-খৎলকপদা অমুক নোংমা নোংমগী তেঙ্গৎলকই, অদুগা উপমেয় ওইরিবা মথোং কারকপদি ফজরক্পা নিংখিরকপনা চিংবদু অমুক হল্লকপা লৈত্রবনা (চৎমুবী ওইরগা অমুক লৈশাবী ওইরক্ত্রবনা) উপমানদগী উপমেয়না তাথবা উৎপদগী হাইবদি থাগুমদে থংহনব-দগী ব্যতিরেক অলঙ্কারনি থংনগনি। অলঙ্কারসিনা নোংমা নোংমগী ফজরকপনা চিংবদু—ইয়োই-ইয়োইননা মথৌ পাংথোক্তদুনা শাও-দুনা মাংহনখিবদা অমুক হল্লক্ত্রবনা পাঙুই, অদুনা শাওরগনু হাইখিবনি বর্ণনাসিদা নংহল্লি।

মাঙ্গী কক্তুবা মাইথোংসে।
মাঙ্কি পক্লবা থাওমুদে।
ঈখিন পক্লবা প্যাম্বোমসে।
ঈ'ংবা থবৌ হেত্তাওমদে।

বর্ণনাসিদা—উপমান ওইরিবা থাদি মাহিংনা মকশদ্রি। উপমেয় ওইরিবা মাইথোংদি মক্তে, অসুম্না উপমানদগী উপমেয়না হেন্নংনা উৎপনা ব্যতিরেক অলঙ্কারনি খংনগনি।

২৫। সহোক্তি অলঙ্কার কৌবদি "ক" অতিশয়োক্তিনা মরু ওইরগা "লোইনবা" হাইবা রাহৈসি য়াওদুনা লোইনমিন্নরিবা রাহৈ অনি অদু—রাহৈ অমত্তগা লিপক্লবা উৎপা অদুবু কৌই।

থরোগা লোইননা হুংসি-সুঙেঙাল শাংহন্দুনা।
'মরুপা লোইননা ওপ্ থবু তক্সোক্তুনা।
থম্বালগা লোইননা পুক্লিং পোম্শন্হন্দুনা।
থারনগী মঙামা শক্রে মাইবৈ পিন্' থুংনা।

বর্ণনাসিদা—থাবল্না থরো শাংহনবদগা মান্নমনবদগী থাবল ফর‍ক্-পদা কাম য়াইকাইরকপদুব্—থাবল্না শাংহনবনি লেপ্তুনা হাইবদি থাবল্দা-থরো শাংলকপগা কাম য়াকাইরকপগা অনি অসি তোঙামনরগসু মান্নমনবদগী অমত্তা ওইনা লেপ্তুনা "থরোগা……… শাংহন্দুনা" হাইবনি। লোইনমিন্নরিবা "থরো" "সুংশিসুঙেঙাল" রাহৈ অনি অসি "শাংহন্দুনা" হাইবা রাহৈ অসিমত্তগা লিপক্লবা উৎপনা, সহোক্তি অলঙ্কারনি, অদৈ লোইনমিন্নরিবশিংসু মতৌ অসুম্না খংনগনি।

বর্ণনাসিগী ভাবপু অসিনি মতুদি—থাবল্লা থরো শাংহনবগা থাবল্লা কাম য়াকাইহনবগা য়াল্লা মাল্লৈ, হাইবদি পোমতুনা লৈরম্বা থরোবু থা থোরকপদা শাংলি, অতুগা মীতুগী পুক্লিংদা পোমতুনা লৈরম্বা হাইবদি পোক্তনা লৈরম্বা (ফাওরম্দবা) মুংশি-মুংঙোল ভাব অতু (কামতু) থা উবদা পোক্লকই। থাবল্লা অমম্বা মাংহনবগা—মীতুগী পুক্লিংদা থাবল্লা কাম ভাব ফাওরকপদা তপথবা (ধৈর্য্য) লৈরম্বতু মাংহনবগা য়াল্লা মাল্লৈ। থা থোরকপদা—থম্বাল পোমশন্বগা কাম ফাওবক্তুনা তপ্থবা মাংবদগী অতৈ থবক্তা মকা লাল্লম্বা পুক্লিং অতু মকা লাগদবগা (অতৈ থবক্তা পুক্লিং চংলক্কবগা) য়াল্লা মাল্লৈ। মাল্লমনবদগী তোংভাল্লবা পোং অতুবু অমত্তনি হাইনা উৎলিবা "ক" অতিশয়োক্তি অলঙ্কারদা "লোইননা" হাইবা ৱাহৈ য়াওবগা লোইমিল্লরিবা ৱাহৈ অনিসি ৱাহৈ অমত্তগা লিপক্লবা (অন্বয়) উৎপনা সহোক্তি অলঙ্কারনি খংনগনি।

২৬। সমাসোক্তি অলঙ্কার কৌবদি—মী অমগী ("ক"গী) লিচৎ-শাজৎ অতু মীওদা ("ক"তুদা) অপাল্লনা হাইবা লৈতনা মাগা য়াল্লা মাল্লবা অমদা ৱাহোদোক ওইনা হাইরগা মীতুদা ("ক"তুদা) পালহনবা (য়েহনবা) উৎপাতুবু কোই।

হে মল্যা মালংবও। মীৎনা থম্বাল মানবী মাগী।
থবাক্ চিংতুনগী থাখুমু নংনা নমতুনা হাইদোক্পা।
সমু হকচাং কায়াং 'পুম্বা হয়াও ঈথক্তানা কোন্বা।
মপোক কয়াগী পুণ্যনা ফংলবনিকো খল্লিদা॥

কনাগুম্বা কামুক নিপা অমনা কনাগুম্বী রমণী অমগী থাখুম নমতুনা

হাইদোকপা অমসুং চেৎনা আলিঙ্গন তৌবত্থ—মুংশিৎনা কীরোল হাইদোক্লুনা হুকচাংদা য়েবা অদুগা ( শোকপগা ) য়ায়া মান্নবদগী কুংশিৎ অদুদা য়াহৌদোক ওইনা হাইরগা মচেক্না য়েত্থুনা কামুক নিপাত্থদা পালহনবা উৎপনা সমাসোক্তি অলঙ্কারনি খংনগনি।

"লৈগী লৈকাদা খোইমুনা তোণ্ডরে...... .."

অসিনচিংবা হৌজিক্তা শরুয়িবা ঈশৈ অসি—মপা-মচানচিংবা কমিন্ন-রিবৈদা হেক তাবদা ইকাই হঙোইবা পোকনৈ, অদুগী মরমবু সমা-সোক্তি ওইবনা নায়ক-নায়িকাগী লিচৎ শাজৎতা য়েখিবননি ॥

২৭। পরিকর অলঙ্কার কৌবদি—অনিংবা ( অভিপ্রায়) মখল মখল ফোংদোকপা বিশেষণ ময়াম লেংবা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) ইপাবু নোক্লখিবা অঙ্গদেশ নিংথৌ সেনাপতি কর্ণ।
হৌজিক কবি তৌত্থনা লৈবি ? ভীমদগী দুঃশাসন কল্লুনা ?।

বর্ণনাসি ভীমনা দুঃশাসন হাৎলমদাইদা মত্থবু য়েংত্থুনা লৈরিবা কর্ণদা অশ্বত্থমানা হাইরকপনি।

অহানবা বিশেষণনা—অর্জ্জুননা জয়দ্রথ হাৎখৈদা মাবু (জয়দ্রথবু ) কনবা ঙমদে হাইত্থুনা ইপাবু নোক্লিখিবা নংনা হৌজিক দুঃশাসনবু কনবা ঙমগ্রবরা ? হাইবসি ফোংদোকই। অনিশুবা বিশেষণনা—নংদি মীচম নত্তে নিংথৌনি অদুগা নপাঙ্গল কনবনি অদুবু হৌজিক নপাঙ্গল য়াৎলবরা ? হাইবসি ফোংদোকই। অহুমশুবা বিশেষণনা ঐবু থাদোক্লুনা দুর্য্যোধনা নংবু সেনাপতি হাপখিবনি, নংবু সেনাপতি হাপ্লিবা মাগী মনাও কনফম থোকইনা ? হাইবসি ফোংদোকই। মতৌ অসুম্না অনিংবা মখল মখল ফোংদোকপা বিশেষণ ময়াম উৎ-পনা বর্ণনাসি পরিকর অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) থমোইগী খুবৌ থংলবা সংসার-থৌবি করুবা।
দেহবু "ঐনি" খল্লবা মী মাগী থমোই আসন্দা।
ঈশ্বর মানা ফম্বিবৈ লেংদনা লেপ্পা লৈবিবৈ॥

ঈশ্বরনা লেংদনা মীত্তুগী থমোইদা লৈবা অসি--পুক্নিংগী অফা অপুন লৈত্রবা, মতু মচাণচিংবগী মুংশিবা থারবা, ঐ নোইরে, ঐ কংলে অসিনচিংবা রাখল খল্লবা, অদুগুম্বা মী মাগী থমোইদা লৈ হাইবসি বিশেষণ ময়ামসিনা ফোংদোকপা উৎপনা বর্ণনা অসি পরিকর অলঙ্কারনি।

২৮। শ্লেষ অলঙ্কার কৌবদি—মতাংনচিংবা নৈনাদ্রিঙৈদা খংগন্নি লিবা অর্থদু নৎতবা অর্থ অমসু খংথিবা য়াবা অদুগুম্বা অর্থ অনি-অহুম্মচিংনা খংনবা রাহৈনা বর্ণনা তৌবদুবু কোই।

শং কানিঙিঙ হাইদুনা হেক্ কাবা যাবা নংতে।
অখং-অহৈদা হংদুনা য়াই যাদে খংখিদনি।

বর্ণনাসিদা—"শংকানিঙিঙ" হাইবা ক্রিয়া অসিগী হৌফম "শংকাব" নি। শংকাব রাহৈসি যুগদা কাখৎপা ১সুং অনৌবা পুজা তৌদুনা অহানবা চংবা হৌবা, অর্থ অনি অসি খংনৈ। বর্ণনাসিদা—মতাং-মতম মফম্নচিংবা নৈনাদ্রিঙৈদদি অর্থ অনিমক পুবা য়াই, হাই-বদি শাগৈ খাংলেনলিঙৈদা শাগৈ অমনা শং হেক কাখৎকে তৌবদ। "শং কানিঙিঙ ......" হাঙবসিসু খংনবা য়াই। নত্রগা নিপা অমনা ইপং পংনা—হয়েংদি ঐগী য়ুমদু শংকাবা তাবে, অসুম হাইবদা অহল অমনা "শংকানিঙিঙ......" অসুম্না খংনবসু য়াই। *

---

* রাহৈ অমনা অর্থ ২৩ নাচিংবা খংনরবদা-মী অসিনা হাইবিবসি অর্থসিদা হাইবিবনি হাইবদু লেপ্পবগী পথাপ অমসুং অর্থ মখল, মখলন-ানংবা অহনগুবা মঙালদা হাইগ্রে। ( লামাই ১২৫—১২৭ য়েংবা )।

**২৯। অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কার** কৌবদি—হাইরোই-দবদু হাইরগা মচেৎনা ৱৈদুনা ( ব্যঞ্জনানা ) হাইগদবদু খংহনবা উৎপাদুবু কৌই।

অপ্রস্তুত প্রশংসা অসি মথল মঙা থোক্না খাইদোকই—

(ক) হাইরোইদবা অমসু অনসু খংবা য়াবা (সামন্য) রাংইদু হাইরগা হাইগদৌবা পোৎশক অমত্তুং (বিশেষদং) খংহনবা অমা।

(খ) হাইরোইদবা পোৎশক অমত্তং ( বিশেষদং ) হাইরগা হাইগদবা সামন্যদু খংহনবা অমা।

(গ) হাইরোইদবা থবক্ ( কার্য্য) অদু হাইরগা হাইগদবা মরম ( কারণ ) অদু খংহনবা অমা।

(ঘ) হাইরোইদবা মরমদু হাইরগা হাইগদবা থবক অদু খংহনবা অমা।

(ঙ) হাইরোইদবা মান্নবা অমা হাইরগা হাইগদবা মান্নরিবা অদু খংহনবা অমা।

"ক" গী উদাহরণ :—

সোরোক থক্তা তাবা উফুল খোংনদবু কাওরুবদি
পাইখৎলক্তুনা কোকখক্তা খোংগাওনদুনা তোংলবি।
মাইথিব ফাওবা লেংদ্রবা থরাই পানবা মীশিংদগী।
উফুলনদুম খোইনা হেল্লি হাইনিঙিঙদা পুক্লিংসিনা॥

বর্ণনাসি শিশুপালনা মাইথিপিরবা যদুবংশগী থৌনা লৈতবদু উরগা বলদেবনা হাইরকপগী বর্ণনানি।

বর্ণনাসিদা—যদুবংশ ঐখোইদগীদি উফুলনদুম হেল্লি অসুম্না মীশক

অমওগী ওইনা ( বিশেষ ওইনা ) হাইগদবনি, "থরাই পানবা মীশং-দগী···হেল্লি।" অস্নুম্না অমস্নু অমস্নু খংনবা য়াবা রাহৈনা ( সামন্য ওইনা ) হাইরোইদবনি। হাইরোইদবসি হাইরগা মতাংগী মতুংইন্না মচেক্না য়ৈত্নুনা ( ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ) হাইগদবা যন্ত্রবংশ খংনবনা "ক" অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কারনি।

"খ" গী উদাহরণ :—

লৈগী পরেং অসি চান্নবীবু হাৎপী ওইরগদি।
ইঙক্কা হৃরুগা ঐবুদি হাৎত্রিবা করিগীদি।
নোংদম্বা খুজিন্দা ওইহল্লিংবত হেক মওইবনি।
হুস্নু অমৃত ওই অমৃতস্নু হু ওই অচুম্বনি।

বর্ণনাসিদা—নোংদম্বগী পুক্লিং মতুংইন্না ফৎতননবস্নু ফননবা ওইহল্লি, কননবনস্নু ফৎতনবা ওইহল্লি অস্নুম্না অমস্নু অমস্নু খংনবা য়াবা রাগৈনা ( সামন্য ওইনা ) হাইগদবনি। 'হুস্নু .......অচুম্বনি" অস্নুম্না অমত্তং খংনবা রাহৈনা ( বিশেষ ওইনা ) হাইরোইদবনি। হাইরোইদবা পোৎশক অমত্তং খংনবদু হাইরগা মচেক্না য়ৈত্নুনা (ব্য-ঞ্জনা বৃত্তিনা) হাইগদবা অমস্নু অমস্নু খংনগদবদু খংনবনা "খ" অপ্র-স্তুত প্রশংসানি খংনগনি ॥

"গ" গী উদাহরণ :—

নিংথিবী মাগী মাংদা ফজপুম্বা রাগুমৃন্ত্রে।
পুর্ণিমা মুমিংকী থা মাইথোং কালি তৈগুমৃন্ত্রে
মীৎয়েং ফজবী সজী ভাংজ মরাই লুকুমৃন্ত্রে।
চান্নহ্ কুদোংবা সনা মঙাল মুরৈনগুমৃন্ত্রে।

বর্ণনাসি—নিংথিবী অমগী শিংথাবগী বর্ণনানি। নিংথিবীদুগী মাইথোংনা-চিংবদু হেন্দোক খোইদোকনা কজবা অদুনা মরম ( কারণ ) ওইদুনা থানাচিংবদা মকশনবনা-চিংবা অসি ( কার্য্যসি ) ওইবনি। বক্তা অসিনা হাইগদবদি নিংথিবীদুগী মাইথোং, মীৎয়েং, কুচুনা চিংবদু হেন্দোক খোইদোক্না ফজৈ নিংথি, অস্নুম্না হাইগদবনি ; থানাচিবগী মকশনবনা চিংবদুদি হাইরোইদবনি। হাইরোইদবা কার্য্যদু হাইরগা হাইগদবা কারণদু ( মাইথোং কজবনাচিংবদু ) মচেক্না ঙৈদুনা থংনবনা "গ" অপ্রস্তুতপ্রশংসা অলঙ্কারনি।

"ঘ" গী উদাহরণ :—

লংঙৈ চৎপগী বিদায় লৌঙৈদা মাইথোং নিংথিবী মহাক্না।
ফূইনা হোনবা স্বরগী তাম্বাদা খোইখোইবা মীৎয়েং ফমফমদা।
· মীৎলু-ঈড়া ঈহৌবা মীৎস্নানা য়েংলগা হাইরকই হুনা।
ঐগী থবাই মঙাস্নু খোরাংলি ইবুঙেঙা খোংশান ভুংইনবা॥

বর্ণনাসি—"লংঙৈ চৎকনি হাইরগা য়ুমদা লৈরবরা ?" হাইনা হংলকপা মরুপ্তা মরুপ অমনা খুম্নকপগী বর্ণনানি। পাওখুমদা—"ঐ চৎত্রদুনা য়ুমদা লৈরিবনি" অস্নুম্না য়ুমদা লৈবগী মশক ওইবা থবক অসি হাইগদবনি। য়ুমদা লৈবগী মরম (কারণ) "ঐগী থরাই.... ভুংইনবা" য়ারেংসিনা ফোংদোকপা—ঐ শিরগনি হাইবা অসিদি হাইরোইদবনি। হাইরোইদবা মরম অসি হাইরগা মচেক্না ঙৈদুনা হাইগদবা থবক অসি ( য়ুমদা লৈবসি ) হেক্তা থংনবনা হাইবদি—ঐনা চৎলবদি মা শিরগনি হাইবনা ঐ চৎত্রদুনা য়ুমদা লৈরবনি হাইবসি থংনবনা "ঘ"অপ্রস্তুতপ্রশংসা অলঙ্কারনি থংনগনি।

"ঙ" গী উদাহরণ :—

নংনা হাকনি ঐনা কোকিলনি।
সাবান তোঙাংদে কুচু খেংদে।
অদুবু খোঙেল খংবা কাংবুনা।
মং ঐগী খেন্নবা খংলকনি।

বর্ণনাসি—মাগা ("ক" গা) মাঙ্গে হাইদুনা খল্লিবা মী অমদা মানা ("ক" দুনা) হাইরকপগী বর্ণনানি। বর্ণনাসিদা—কোকিলগা কাকগা কুচু সাবায়চিংবা মাঙ্গে হাইনা হাইরোইদবনি। নংগা ঐগা সাবান-কুচুনচিংনা মাঙ্গে হাইনা হাইগদবনি। অদুবু হাইরো-ইদবা—হাইবা অসিনা ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা নংগা ঐগা সাবান-কুচুন-নচিংবদা তোঙাঙ্গদে হাইগদবসি ছেত্তা খংনবমা 'ঙ' অপ্রস্তুত প্রশংসা অলঙ্কারনি।

অলঙ্কারসিনা ওাংথোক্লকপা খোঙ্গোল্লা "নংমা" নংনি "ঐনা" ঐনি হাইবগী খেন্নবা, অতাবা কাংবুনা খংগনি হাইবসি খংহল্লি।

(মন্তব্য) "ঙ" অপ্রস্তুতপ্রশংসাগা সমাসোক্তিগা অলঙ্কার অনি অসি অমত্তমি হাইনা হাঙ্গনিংবা য়াওগনি। অনিসি অমত্তা নত্তে তোঙাঙ্গে, মরুপদি—সমাসোক্তিনা হাঙ্গরোইদবদু ব্যঞ্জনানা খংহনবনি। "ঙ" অপ্রস্তুতপ্রশংসানা হাইগদবদু ব্যঞ্জনানা খংহনবনি।

৩০। ব্যাজস্তুতি অলঙ্কার কৌবদি—(ক) থেক তাবদদি কত্তবা হাইবা ওইনা (নিন্দা ওইনা) তারগা মঙ্গুংদদি (থদুক্কপদি) থাগৎপা খংহনবা (নিন্দাস্তুতি) অমা, (খ) থেক তাবদদি থাগৎপা ওইনা তারগা মঙ্গুংদদি কত্তবা খংহনবা (স্তুতিনিন্দা) অমা, অনিসিবু কৌই।

"ক" গী উদাহরণ :—

(১) সেনাপতি ইবুঙ্গোওনা মীৎ কোরিদং হেক কাবদা।
য়েরুম্বা তালোইপুবা মশাগী কোলোম শাংবুমচল্ল।
থাজবা হেনখিবদা নোজাম্রিঙ্গৌলা মপুরোই'।
মশাগী লৈৎতেং লোৎখোকচে নুংগীশিংনা চনগুমশ্ব।

বর্ণনাসি—হেক তাবদগি মরাল লৈজদ্রবী নুপীশিংবু অরাবা পিবগুম্বা তাথনা সেনাপতিবু থিনা হাইবা ওইনা থোকই। মতুং-দদি (মকম মতাংনচিংবা খঙ্গরুবগদি) মচেল্লা য়েনুনা—সেনাপতি ইবুঙ্গোওনা হেক শাওরকপদা য়েরুম্বা হেক্তা হাৎপনা ইবুঙ্গোওদি অকমবদি (মহাবীরনি) অঙ্গম্বা থাগৎপা থংনবনা নিন্দাস্তুতি কৌবা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কারনি।

(২) হে ঈশ্বর। নংগী মখোং সিংজ'শিংগী।
অতৈ তোংজবদি থাগবু কমখিসি।
য়েলহৌজৈদগী থাওয়ানবা চক্কতমু।
লাইনা থাহনবা হৌনশা ওইরি নংগী।

বর্ণনাসি—হেক তাবদদি হকচাং (দেহ) ফাও মাংহনবনা অতৈ তোংজবদি কয়ি লৈনি, অসুম্বা ঈশ্বরবু নিন্দা তৌবা ওইনা থোকই। খঙ্গরুবগদি ঈশ্বর মাবু নিংলবদা ইনিং নিংদনসু ফংবা সনা-লুপা নচিংবা ফংবদি তরাইরবি, ফংগুমদ্রবা অরানবা খুবম (মুক্তি) ফাও পিনবিহুনা ফংঙিদবি হাইবসি ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা থংহনবনা ঈশ্বরবু থাগৎপা থংনৈ, মরমখুনা নিন্দাস্তুতি কৌবা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কারনি থংনগনি।

"খ" গী উদাহরণ :—

নোং ! নংনা পিবা লাইজনা। জীবপুষা হিংনবনা।
নং থাগৎপা কনাগুন্না। লৌনমনি ভুরেল লৈবনা।
খাইন-মৈশা লাংলিবীশিংগী মৈগী মৈরি হেঙ্গৎহন্দুনা।
ধর্ম্ম পথাপ কাইদবা যমগী মতেং পাং'দি থাগৎচৈ ঐনা।

বর্ণনাসি—হেক তাবদদি ধর্ম্ম কাইদবা যম নিংথৌগী মতেং পাংবা হাইবসিনা নোংবু থাদা থাগৎপা ওইনা ডাই, খন্থরুরগদি নোং নংনা নোংখোং ফুইনা মংলকপদা অকনবা কামগী ঈথক হৌরক্তুনা খাইন-মৈশা লাংলিবীশিংগী অন্নাবা-মৈগী মৈচাক হেঙ্গৎ-লক্তুনা মথাই থাদোকপদা পাম্মুবা লৈরক্তে, মথাই থাওন্মি। মরাল লৈজদ্রবী খাইন-মৈশা লাংলিবীশিংবু মথাই থাবা ওন্না অন্নাবা পিবদি—নোং ! নং ফৎতেদকো, অসুম্বা অর্থসি ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা খংহনবনা (নোংবু নিন্দা তৌবা খংনবনা) স্তুতিনিন্দা কৌবা ব্যাজস্তুতি অলঙ্কারনি খংনগনি।

৩১। **পর্য্যায়োক্তি অলঙ্কার** কৌবদি—ওাংলিবা ন্নাওাং অত্থগী ন্নাহৈ ন্নাতাগী মওংমতৌনা মচেন্না য়ৈত্থনা অর্থ অমা ফোং-দোকপা খংহনবা উৎপা অত্থবু কৌই।

(১) য়েক্লবা তালোইশিংগী।
থবাক চিংথুম মথক্তা।
মুক্তাগুম্বা শী-চম্বন।
পরেং শিবিরে মানা॥

বর্ণনাসিগী ৱাহৈ-ৱাতাগী মওংনা মৰম ওইদ্রুনা-মানা য়েক্লবা হাৎখরে হাইবসি—ব্যঞ্জনাবৃত্তিনা ফোংদোকপা খংহনবনা পর্য্যায়োক্তি অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) কৃষ্ণগী শকওং শক্তম উরুবদা।
ফজবগী নাপল চেল্লিবা কামনা।
শকহেনবীনি চাওথোকচবী ন্নুপীনা।
মশাগী থমোই হৌনশা থাখবে॥

বর্ণনাসিগী ৱাহৈ-ৱাতাগী মওংনা-কামগী নাপন থাখরে, ন্নুপীগী চাওথোকপা লৈখিদরে খংহনবনা পর্য্যায়োক্তিনি।

**৩২। অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কার** কৌবদি—হাইরিবা ৱাফম অদু ওইথোক্তবা থোক্তনবগীদমক মাবু চুম্লনবা-থোক্লরিবা নত্রগা থোক্কদবা ৱাফম অমা উৎপা অদুবু কৌই।

অর্থান্তরন্যাস অসি মখল মরি শুই :—

(ক) অমথক্ত খংনবা ৱাফম্না পাক্তক খংনবা ৱাফমবু চুম্লবা উৎপা।
(খ) পাক্তক খংনবা ৱাফম্না অমত্তা খংনবা ৱাফমবু চুম্লবা উৎপা।
(গ) মরম্না থবকপু চুম্লবা উৎপা।
(ঘ) থবক্না মরম্বু চুম্লবা উৎপা।

"ক" গী উদাহরণ :—

(১) অপীকপা মীস্নু অচৌবগী মতেং ফংলগদি।
চিংগুম্বা থবকস্নু নিংঙাইদনা পাংথোকপা ওম্নি।
ইন্দ্রাল ভুবেনস্নু ইড়াবতীগা তিম্নরু'দগী।
সমুদ্র খোংন্নুংদা খোংদাবা হেক্তমক মফংঙি।

বর্ণনাসিদা--পাক্তক খংনবা মথক্কী ৱাফমবু ("অপীকপা.... ........ঙম্মি" ৱাফমসিবু ) অমখক্ত খংনবা মখাগী ৱাফম্না ( 'ইম্ফাল ............মফংঙি" ৱাফমসিনা ) চুম্নবা উৎপদগী ( সমর্থন তোবদগী ) "ক" অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) খাইন-মৈশা লাংবগী অৱাব-মৈচাক মহাকসে।
য়াইবী থৱাই থাবদগী হেন্না ৱাবা অৱাবনি।
সীতাগা কাইনদ্রিবৈঙেদা চান্নবী খাইনাদ্রবৈঙেদা।
য়াইবী থৱাই থাহোদবা ৱাম কৌবা ঐসে পণ্ডিতদা !! ॥

বর্ণনাসিদা - পাক্তক খংনবা মথক্কী ৱাফম্মু অমত্ত খংনবা মখাগী ৱাফম্না চুম্নবা উৎলি, হাইবদি থৱাই থাবগী অৱাবনা য়াংনা থোকই হাইনা বামনা খনবা উৎপনা, খাইন-মৈশা লাংবগী অৱাবনা হেন্না লম্মি হাইবহ চুমহল্লি। অদুনা "ক" অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কারনি খংনগনি।

"খ" গী উদাহরণ :—

(১) শ্যামনা মিয়াম তিনবদা ঙাংথোক্লকপাৱা ঙাংদি।
মচং মচং ওইবত ঙাংলম্লগা লোইশিল্লি।
মগুণ চেনবা মীশিংগী হৌনশানি মশাগী।
ৱা ঙাংবদা চাংতম্বা চাবদা মতম নাইবা॥

বর্ণনাসিদা—অমংক্তং খংনবা মথক্কী ৱাফমবু 'পাক্তক খংনবা মখাগী ৱাফম্না চুম্নবা উৎপদগী 'খ' অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) হে নোং ! নংসি নোংদম্বগী নিংবা অহানবা নোংদম্নি।
মহৈ-মবোং চুমহল্লি ভাইবং জীবস্তু য়োকপিবি।
অত্তুবু খল্লু'দা ঙক্ই নংনা অকুংতদা লৈ'সি।
মকল্লুক্না লৈবতনা অহেনবগী গুণনি হাইনৈ॥

বর্ণনাসিদা—মথক্কী অমত্তং খংনবা রাকমবু পাক্তক খংনবা মখাগী রাকম্না চুমহনবা উৎপদগী "খ" অর্থান্তরন্যাসনি।

"গ" গী উদাহরণ :—

হে পৃথিবী! ঙসি নং অনন্ত কোকথক্কুগী তাদনবা চেকশল্লু।
অনন্ত! নংস্তু নকোক্কুগী পৃথিবী তাখিদনবা চেংনা ফোনশল্লু।
ঙসিগী ফুমিং অসিদা ত্রেগী ইবুঙো শ্রীরামচন্দ্রনা।
লাইনিংথৌ মহাদেব লিকংদা লিবি খোংজি থাংগদৌবি॥

বর্ণনাসিদা—লিব্রি খোংজি হাপ্পনা মরম ওইজুনা (কারণ ওইজুনা) অনন্ত কোকথক্কুগী পৃথিবী তাবনাচিংবা থবক অসি (কার্য্য সি) থোক্কদৌরি হাইবসি খংহল্লি। মথক্কী থোক্কদবা রাকম অসি ওইথোক্কবা নংতে হাইবত্তু, মখাগী মরম অসিনা চুমহল্লি হাইবত্থু উৎপনা "গ" অর্থান্তন্যাস অলঙ্করনি খংনগনি। অলঙ্করসিনা মহাদেবগী লিকুংদা লিব্রি খেংজি থাংবসি তবাইবা নংতে হাইবত্থু তাকই॥

"ঘ" গী উদাহরণ :—

থবক্ তৌবদা অহা অহাবোইদবনি।
রাখল য়াওদবা থবক্ খুদোংথিনিঙাইনি।
গুণদা কাইদাংবী সম্পত্তি কৌবী লাইবেন্বী
রাখল চেন্‌বদা চেনশল্লকই মখোংথোংনা॥

রাখল চেনবা—গুণনা সম্পত্তি ফংহল্লি হাইবসি খ্বাইনা খংন-রবা রাফম্নি। রাফম অসিদা রাখল চেনবনা-সম্প'ত্তি ফংবগী মরমনি (কাবণনি)। সম্পত্তি ফংবনা কার্য্যনি। অদু ওইববদি বর্ণনা-সিদা 'থবক তৌবদা তহারোইদবনি' হাইবসিনা থবক তৌবদা রাখল তৌগদব'নি হাইবা কারণ অসি তাকপনি। কারণ অসিবু মখাগী "গুণদা কাইদোংবী······ মখো'থোংনা" হাইবা কার্য্য অসিনা অচুম্বনি হাইনা খংহনবা উৎপনা বর্ণনা অসি "ঘ" অর্থান্তরন্যাস অলঙ্কারনি খংনগনি।

৩৩। কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কার কৌবদি :— (ক) পুনসম্নবা রাৱেং অমদা, রাৱেং অমগী অর্থ পাংথোক্লবগীদমক, রাৱেং অমা নত্রগা অনিগী অর্থনা মরম ওইনা উৎপা, (খ) রাৱেং অমদা রাৱেংত্রগী অর্থ পা'থোক্লবগীদমক রাহৈ অমা অনিগী অর্থনা মবম ওইনা উৎপা অদুবু কৌই।। *

শকৃহেনবী ইবেম্মা! শকৃমাম্নবা কনা য়েংলগা অরা খাংসিগে?
মীৎস্নানা থবো মাল্লগস্থু মাদি লাইজম্নু'দা খোংদাবীনি।
মাইথোংনা থাজ তম্লগস্থু মাদি মংলকপা নোংনা খুমখিবনি।
নোংদম্বা খুজিন কন্‌খিবনা খাং-হন্দে চেংলৌমানবা কয়ানা।।

বর্ণনাসি—খাইনা মৈশা লা'লিবা নায়ক অমনা হাইবগী বর্ণ-নানি। বর্ণনা অসিদা অরোইবা পরেং অসি পা'থোক্লবগীদমক মথক্কী রারেং অহুম অসিনা মরম ওইদুনা উৎলি, মরমদি মথক্কী

*পুনসম্নবা রাবেং অমস্নুং রাবেংগী পবিভাষা (Definition) অহুম-গুবা মঙালদা হাইখ্বরে।।

পরেং অহুম অসিগী অর্থ অসি নৎতনদি মখা ইথং থংবা রারেং অসিগী অর্থ অসি পাংথোকপা য়াদে, অদুনা "ক" কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারনি। অলঙ্কারসিনা—থা য়েংলগস্থ মান্নদবনা নমাইগী শাং য়েংবগী মুংঙাইবদু ফংদে, থরোঅশংবা উরগস্থ মান্নদবনা মীৎস্না উবগী মুংঙাইবা-অপেনবা অদু ফংদে হাইবসি ফোংদোকই।

মহাত্মা ওইবা মীগী দানগী সংকল্প ঈশিংনা।
মশিং লাকপা ওমদবা চেনখি'দু লম্বী ফাংদুনা।
ঈবোং অহুমত ফাংবী গঙ্গা দেবী উখিদুনা।
শিবগী জটামুংদা লোৎখিবনি ইকাইদুনা।

বর্ণনাসিদা—গঙ্গানা মহাদেব জটা মমুংদা লোৎখিবনি ইকাই-দুনা হাইবা অর্থসি পাংথোক্পদা—"ঈবোং অহুমত ফাংবী" মশিং লাকপা ওমদবা...... ফাংদুনা" রাইহেশিং অসিগী অর্থনা মরম ওইনা উৎপনা "খ" কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারনি। লোৎখিবনি ইকাইদুনা হাইবসিদা গঙ্গানা মীওম্বা নৎতবনিনা ইকাইবা লৈরোই গঙ্গাদা, অদুনা লোৎপস্থ ওইরোই। মরমদুনা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কারনি থংনগনি।

কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারসিনা মহাত্মা ওইবা মীদি মীগী কান্নবা তৌবদা মশিং লাকওমদবা দান তৌই হাইবসি বর্ণনাসিদা থংহল্লি।

৩৪। **অনুমান অলঙ্কার কৌবদি :**—রাইহে-রাতাগী অওকপা মওং ওইরবদা মদুনা মরম ওইদুনা মীৎ-নাকোংনা উদ-তাদবা অদুবু থংবা উৎপদুবু কৌই।

(১) সমু হকচাংগী তাইফেৎ তাইবা মণ্ডাল'সিনা।
মীৎমা-থম্বালনা খংহৌদনা পোমখি'সিনা।
থমোই-'তিযাদা খাইনঃমৈশা লাংবা মাগী।
খোক্লে খংলেদা চান্নবা-মাইখোং থাজনা ॥

বর্ণনাসিদা—চিংদা মৈখুদং উবদা উদব। মৈদু চিং অদুদা লৈরে হাইনা খংবগুম্বা খাইন-মৈশা লাংলবী নায়িকাদুগী কুচু তাইফেৎ তাংবদুনা—থাবল মণ্ডাল ফাওরকপগুম্বনা অদুগা মীৎ উইশনবদুনা—থাবল মণ্ডল লাকপদা থম্বালনা পোমশনখিগুম্বনা—চান্নবা নায়ক অদুতবু খল্লিবা মাগী থমোই-অতিয়াদুদা চান্নবগী মাইথোং-থাদু খোক্লে-ফাওরে, হাইবদি চান্নবদুতা খল্লে হাইবা মীৎনা উদবা চিন্তা অসি বক্তা অসিনা খংবা উৎপনা অনুমান অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) শকহেনবীশিংগী মনাক্তা, কামকৌবা লাইদুনা।
তেন মখল তেঙ্গা পোংদুনা, হেক চেনশল্লি খংলে।
মখোয়ইগী মীৎচী মীৎলৈনা, লৈশনবা মফমদা।
মাগী মখল মখল তেম্বা, হে হেক্তা উবনা ॥

বর্ণনাসিদা— শকহেনবীনা মীদুদা মীৎচী-মীৎলৈনা হেক লৈশনবদা মীদু চংক্লবা, পুক্লিংচাকপা, ঙাওবনা চিংবা কামগী তেন মখলগী তেম্বা মৈচাক অদু ফংবা উবনা মবম ওইদুনা শকহেনবীদুগী মনাক্তা কাম কৌবা লাইদু চেনশল্দুনা লৈরে হায়বসি মীৎনা উদ্রবসু বক্তা অসিনা খংবা উৎপনা অনুমান অলঙ্কারনি খংনগনি।
(মন্তব্য) "চিংসি মৈ লৈরে মৈখু উবনা" অসিগুম্বা য়াওং অসি য়াহৈ-য়াওগী অঙকপা মওং ওইদবনা (য়াওংগী বৈচিত্র্যতা চমৎকারিতা ওইদবনা) অনুমান অলঙ্কারনি হাইবা য়াদে)

৩৫। **হেতু অলঙ্কার** কৌবদি থবক অমা পাংথোক-হনবগী মরমগা (হেতুগা) পাংথোক্লিবা থবক অতুগা (কার্য্যগা) তোংঙান্নদবা উৎপা অদুবু কৌই।

চন্দ্রকলা ঙসিদি যৌবন থাক্তোন ফমতুনা।
ফজবা-সম্পত্তিবু খুংলাম তোইনা লৌশল্লি।
লৈপাক্কী লেংদবগুম্বা লৈতেং মখল ওইরক্লি।
পাখংগী পুক্লিং-শভী সম্পং লাংদা থুহল্লি॥

বর্ণনাসিদা—থুহনবা থবক অসি পাংথোকহনবগী মরম চন্দ্রকলানি। থুহনবগা চন্দ্রকলাগা তোংঙান্নদবনা হেতু অলঙ্কারনি থংনগনি।

২৬। **অনুকুল অলঙ্কার** কৌবদি ফংতনবা অতুনা মচেক্কা য়ৈতুনা ফনবা ওইনা থোকপা থংহনবা উৎপা অদুবু কৌই।

চান্নথোইববী ইতাবোই!
চান্ন' মাদা শাওবগদি।
মঙক্ন ঙকথি চপশল্লু।
মশাদা খুজিন খোংচল্লু॥

বর্ণনা অসি মান তৌরিবী মতাদা মতা অমনা হাইবগী বর্ণনানি। ঙকথি চপ্পা, খুজিননা খোংপা ফংতনবা অসিনা মচেক্কা যৈতুনা কাম-ঈহৌরক্নবা ফননবসি থংহনবনা অনুকুল অলঙ্কারনি থংনগনি।

৩৭। **আক্ষেপ অলঙ্কার** কৌবদি হাইনিংলিবা বিষয় অতু হেক্লং-থোইগংনা থংখিনবগীদমক থর কাংলম্নগা মখাতাদনা হাই-নিংদগুম তোকখিবা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) ইবুঙেঙা! নংগী চান্নবী মাগী।
খাইন-মৈশা লাংলিঙৈ অসিদা।

ঙসি অহিং ওইগদবা ফীবম হুন্......
মীনুংশি খংদবদা তম্মরোই ॥

বর্ণনাসিদা—ফীবম অদু য়াম্না খুদোংথিবগী ফীবম অসি য়েৌগদোৗরিবোরে হাইবসি ফীবম হাইরম্লগা "হুম" হাইদুনা মখা তাখিদদুনা তম্মরোই হাইনা হাইনিংদবা উৎপা অসিনা আক্ষেপ অলঙ্কারনি।

(২) ইবেম্মা! নংগী মীৎচী মীৎলৈদা।
মাদি মথবাই মঙা পুঙমদরে।
পুঙনদবগী ভুংগী মহৈদি হুন্ ..
হাইদনা কান্নদে মরা নংনি ॥

থবাই পুবা ঙম্নক্তবদ' কারি তৌগদৌরিবনো হাইবা হেক্তৎপা অরাবা অদু "মহৈ" হাইরম্লগা "হুম" হাইদুনা মখা তাখিদবা অসিনা খংহনবনা আক্ষেপ অলঙ্কারনি।

৩৮। **বিধ্যাভাস অলঙ্কার** কৌবদি—পামদবা য়ানিংদবনচিংবদু তেন্দোক খোইদোক্লা পামদে য়ানিংদে খংখিনবগীদমক পাম্বাগুম য়ানিংগুম্না উৎপা অদুবু কৌই।

চৎকনি হাইদো লংফৈদা চান্নখোইবও। চৎপিয়ু।
চৎকদোৗরিবা লম্বাস্তু লেংদনা মঙ্গল ওইসনু।
লৈগদোৗরিবা মফমদা লেকদোৗরিবা লমদমদা।
নংগী ভোম্লবী ননাইস্তু সায়োঞ্জগেকো সোইদনা।

বর্ণনাসিদা — সায়োঞ্জগে হাইবসিনা শিগনি খংহল্লি। নংনা চৎপ্রগা খাংঙমদনুনা ঐ শিগনি, অদুনা নংনা হিংনা চৎপা, ঐনা শিনা ভুংইনবা হাইবদুনি। চৎপ্রগা শিনি হাইনা খংলিবী নায়িকা অসিনা "চৎপিয়ু" হাইনা হয়াওনা হাইকম থোক্তে। য়াম্না

সুংঙাইত্রবদা "ন'না তৌরিবসি সুংঙাইরেদকো" হাইনা হাইবগুম্না হাইফম্ থোক্তববু পাম্গুম্ য়ানিংগুম্ হাইবা "চৎপিয়" হাইবসিনা "সুংঙাইরেদকো" না সুংঙাইতেদকো হাইনা খংবগুম্না চৎপিগম্সু চৎপন্থ সুকপাম্ পামজদে হাইবসি নায়িকান্থনা নায়ক অন্থদা খংহল্লি হাইবসি খংনবনা বিধ্যাভাসনি।

৩৯। **বিভাবনা অলঙ্কার** কৌবদি—মরম্ (কারণ) লৈতনা থবক্ থোকপা (কার্য্যোৎপত্তি ওইবা) উৎপা অন্থবু কৌই।

(১) লৈরাং লৈখল্ থিবদা নায়ক মাইথোং উখরে।
লৈ-পাম্বা খোইমু চিক্তনা খুৎনিক জগোই শাখবে।
অরা চোক্থ' লৈতনা মতা লেংজুম কোন্খবে।
তিংখং ফীজি পন্দনা মাইথোং হম্না যেংখবে॥

বর্ণনাসিনা—নায়ক উবন্থদা নায়িকা অন্থনা মতম শাংথনবা হাইন্থনা লৈ হেকপদা লৈদা তোংবা খোইমুনা ইচিক চিক্তনা খোইমু চিক্লগা নিক্কদবা খুৎ অন্থ নিকপা উৎপনা, হকচাং চোকথরগা মতাদা কোন্গদবন্থ হকচাং ইচোক চোকথদনা কোন্বা উৎপনা, তিংখং পল্লগা হম্না য়েংগদবন্থ তিংখং ইপন পন্দনা য়েংবা উৎপনা বিভাবনা অলঙ্কারনি খংনগনি। চান্নবা উবদা চান্নবীশিংগী অসিগুম্বসি হৌনশানি হাইবসি বর্ণনাসিনা খংহল্লি॥

* "সুংঙাইরেদকো" না সুংঙাইতেদকো হাইনা খংনবগী মরম অহনৃগুবা মঙালদা শন্দোক্না হাইন্ত্রে।

(২) মথোৎ কারিকপা থাক্তা খোংনেৎনরক্লবী মুজা।
চিংনম-শোম য়াওদনা মীৎয়েংনা তথক্ লাও-ইলো।
ফীজেৎ-ফীরাং শেৎতনা থকফম্না পুক্লিং হুজেদে।
নোক্লিং পোশক্ উদনা চিন্থাজা খোইরুম্ উৎলিরো॥

মুপী ওইবীনা মথোৎ কারিকপা মতমদা কামগী ইহুন থাওমক্তুনা চিংনবা লৈতনা মীৎথক্লা য়েংবা, ফীজেৎ-লৈতেং য়াওদ্রবস্থু ইফদ-ফজবা, নোক্লিংবা পোৎ উদনা খোইরুম্ মোমোন্ হেক্তা তৌবা, মখোই অসি মুপীশিংগী হৌনশানি। মসি মুপীগী লৈতেং ২৮গী মনুংদা "হাব" কৌবা লৈতেংচুনি। বর্ণনাসি হাব বর্ণনানি। *

৪০। **বিশেষোক্তি অলঙ্কার** কৌবদি—থবক থোক্লবগী মরম্ (কারণ) লৈরগা থবক্ অদুদি (কার্য্যদি) থোক্তবা উৎপাদুবু কৌই।

মগুণ চেনবা মীদুদি য়েনাক্ থুম্নুম্ চাওথোদক্তে।
পাখং-লৈশাগী মায়স্থু তখং তখং চিচং চৎতে।
থারেল অসু ওইরগনু অপুনিংদা মরাই কারে।
মহৈ-মশিং হৈরগনু তাংজ মরাই হাইগ্রক্তা॥

বর্ণনাসিদা—চাওথোক্নগী মরম—পৈশা লৈরগা চাওথোক্তবা উৎপনা, খং খৎ লাক্নগী মরম্—পাখং লৈশাগী ওইরগা খংজবা উৎপনা, পুক্লিং মরাই কাদ্নগী মরম—লৈপাক্ অপুং ওইরগা মরাই-কাদবা উৎপনা, মরাই হাইগৎপগী মরম-মহৈ হৈরগা মরাই হাইগৎতবদু উৎপনা বিশেষোক্তি অলঙ্কারনি থংনবনি।

* মুপীগী লৈতেং ২৮ অহানবা শন্ডালদা হাইবদে।

বর্ণনাসিদা— জাতি ওইবা— থাবল, নোং, মুংশিং, চন্দন মখোইনা জাতি ওইবা লাইমৈ ওইবা য়াদে, হাইবসি খ্বাইনা খংনরিবনি। অদুবু বর্ণনাসিদা থাবলনা, নোংনা, মুংশিংনা লাইমৈ ওইরেদো হাইদুনা জাতি অমনা জাতি অমা ওইবা য়াগুম্না উৎপনা "ক" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি খনেগনি। "নিপাসি কৈনি" হাইবদা কৈগুম্মি হাইনা খংনগুম্না "লাইমৈ" না গৌণীলক্ষণা * তৌদুনা লাইমৈগুম অম্মুম্না অর্থ তৌরবদি ওইবা য়াদবা দোর্ষদু লৈত্রে (বিরোধ লৈত্রে)।

অলঙ্কারসিন —বর্ণনা আসিদা খাইনা-মৈশা হেক লাংবদা কাম ঈংগৌহনবা—থাবল, ফূটনা হৌরকপা নোং, অসিনা চিংবসি লাইমৈগুম্না ঐগোন্দা হাইনিংঙাই লৈতনা রাহল্লি হাইবসি কোং-দোকই। বিরোধ লৈতবদা বিরোধগুম তাহনবসি বর্ণনাগী বৈচিত্র্যতা চমৎকারিতা পোকহন্দুনা কবিনা রস মশা নোইখৎহল্লি।

"খ" গী উদাহরণ:--

গুণ অপুম্বগী পোক্লফম।
যশোদা মপারি মাংদা।
সমুদ্রনা চাং শৈখরে।
লোইবী চিংনা পিশক পিকল্লে॥

---

* লৌণীলক্ষণাগী মরম অহমশুবা মভাগদা হাইখরে। অলঙ্কারগী খংবদা গৌণীলক্ষণা মুম্না খংবা য়েংঙি।

বর্ণনাসিদা—সমুদ্রসি জাতিনি, চাংসি গুণনি, চিংসি জাতিনি, পিকপসি গুণনি। চাংজৌ লৈতে হাইনা খংনরিবা সমুদ্রনা চাং লৈখরে হাইবসি য়াদবনি (বিরোধনি) চাওবদা শিংখানরিবা-চিংনা পিশক্ পিকখরে হাইবসি য়াদবনি। য়াদবসি য়াবগুম্বা উৎপনা "খ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি।

"গ" গী উদাহরণ :—

কৃষ্ণ হকচাংদা পকইবা।
উকুল য়াইকুল মীৎ থকখরে।
লৈপাক্তা তাবা মণিনা।
অয়ুক থাজগুম্ ওইখরে।

বর্ণনাসিদা—উফুল অসি জাতি খংনবনি, মীৎথকপা অসি ক্রিয়ানি। মণ্ডাল লৈত্রবা উফুলনা মীৎ থকখরে, (ইরংলংখরে) হাইবসি খাইনা য়াদবা ওইনা খংনরিবনি, অদুগা মণ্ডাল্ লৈবা মণিনা মক্শনখরে হাইবসি খাইনা য়াদবা ওইনা খংনরিবনি। অদুবু য়াওয়া তাহনবা অসিনা "গ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি খংনগনি। অলঙ্কারসিনা অথিবদু মফম্ চাবদা লৈরগা ফজবা ওই, ফজবদুগুম্ মফম্ চাদবদদা লৈরগা থিবা ওই, হাইবসি বর্ণনাসিদা খংহায়।

"ঘ" ঙ গী উদাহরণ :—

সূর্য্য পূজা মতম্দা জটিলাবু উবদা।
পূজা য়াওরবা কৃষ্ণ ব্রাহ্মণ ওয়া ওইখরে।
থুরবা মন্ত্র খোঙ্গেন রাধা নাকোং য়োখরে।
কাম লাইনা পকখরে নাকোং শিঙ্গা ফুখরে।

বর্ণনাসিদা কৃষ্ণ অসি দ্রব্য (ব্যক্তি) খংনবনি, ব্রাহ্মণ অসি জাতি খংনখনি। থুখসি গুণনি, শিপ্লাকুখা ( য়াকপা ) সি গুণনি কৃষ্ণনা ব্রাহ্মণ ওইবা য়াদে, অদুগা অকুৎনা অয়াকপা ওইবা য়াদে হাইবসি খ্বাইনা খংনরিবনি, অদুবু য়াবগুম্মা ভাহনখন "ঘ" "ঙ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি খংনগনি।

"ঙ" গী উদাহরণ :—

লৈবাক্কী মপু ইবুঙ্গো। ব্রাহ্মণ খৌয়াগী 'পুত্রগী।
ফৌমু চেঙন্থু কন্‌খিবনা কোন্‌ফেং রাইফেং কু খিবনা।
তংখিবনা মুং-গুম্ন্বা মখুৎ-মশা-অপুম্বদো।
ইবুঙ্গোবা নিংথৌ ওইদা মোইথাপক্লুম্না থোংখরেদো।

বর্ণনাসিদা—অকনবা গুণনা অখোংপা গুণ ওইবা য়াদে হাইবসি খ্বাইনা খংনরিবনি। 'অদুবু বর্ণনাসিদা য়াবগুম্না অহন-বনা "ঙ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি খংনগনি। ইবুঙ্গোনা হেন নিংথৌ ওইবদগী ইবুঙ্গোগী দানগী পৈশানা মীনাই ওইদন থক ওম্বদগী থবক তৌখিদবনা থরগী তুংদা কনখক্ থোংখরে হাইদ মতম্ খৈমবদগী য়াদবা (বিরোধ) দোষদু লৈতে খংনগনি।

"চ" গী উদাহরণ :—

ইবুঙ্গোগী ইংলবা।
কুক্লৈগী নখোলনা।
রাধাগী খম্মোইজ্জদা।
চান্দ্রে খঙহৌদনা॥

বর্ণনাসিদা—অইংবনা চাকপা য়াদে হাইরবসি খাইনা খংনরিবনি, অদুবু হেক তাবদা য়াবগুম্না তাহনবনা "চ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি। অইংবসি গুণনি, চাকপসি ক্রিয়ানি।

"ছ" গী উদাহরণ :—

লংঙী চাক্লবী মকাদা।
লং থীবুগ্ মতুং উদ্‌দা।
মপুংফারবা থাজদো।
চু-চেনবা মৈশা য়োন্মিদো॥

বর্ণনাসিদা—থানা শাদে হাইরবসি খাইনা খংনরিবনি, অদুবু শাবা য়াগুম্বা তাহনবনা "ছ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি। থাসি দ্রব্য (ব্যক্তি) নি, শাবসি গুণনি। "য়োন্মি" সিদা য়োমগুন্মি হাইনা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার লৈবনা য়াম্ববু (বিরোধবু) লৈতে খংনগনি। অলঙ্কারসিনা বর্ণনাসিদা নায়ক কাইনরিবৈদা পানা নায়িকাদুদা অকুনবা থাংগৎপদুবা মৈচাক পি হাইবসি খংহল্লি।

"জ" গী উদাহরণ :—

য়েংদা মীৎরা পেনবা লৈতবা।
পুক্লিংনা ফাওদি কঙগুম্দবা।
থবাল মানবী মাঙ্গী মশক্লা।
ঐবু, থুগাইহল্লি য়ামৈ।

বর্ণনাসিদা—থুগাইবনা ক্রিয়াগা য়াহনবা ক্রিয়াগা অনি অসি মরক্ত দুস্তদা, লৈমিবা য়াদে হাইরবসি খাইনা খংনরিবনি, অদুবু হেক তানবা লৈমিবা য়ারগুম্বা তাহনবনা "জ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি। মীৎনা য়েংবেদি থুংলই, মাবু ভোগ ফংলোই

খল্লুবদা য়াই অম্মুগা মরম থেল্লবদগী লৈমিয়বা য়াদবা ( বিরোধ ) দোষয় লৈতে খংনগনি।

"ঘ" "ছ" গী উদাহরণ :—

স্ববাবেনগী শাওঙৈদা ব্রজজীব কনৈদা।
কৃষ্ণ খুৎতা লৈঙৈদা চিংগী নিংথৌ গোবর্দ্ধন।
তেবা মফোল্ ওইখিবা তাইবংপান্দা গুরুখি।
ব্রজ জীবনা মাবু গিরিধারী মিংথোন্থি।

বর্ণনাসিদা—গোবর্দ্ধন অসি ব্যক্তি (দ্রব্য) নি, তেরামফোল অসি জাতিনি। গোবর্দ্ধননা তেরা-মফোল ওইবা য়াদে হাইবসি খ্বাইনা খংনরিবনি, অদুবু য়াবগুম্না তাহনবনা "ছ" বিরোধাভাস অলঙ্কারনি খংনগনি। য়াদবা ( বিরোধ ) ওইবা দোষ অসি—গৌণী-লক্ষণা কৌবা শব্দগী শক্তিনা "তেরামফোল" না তেরামফোলগুম খংনরবদা লৈত্রে, মরমদুনা গোবর্দ্ধননা তেরামফোলগুম্না ওইখিবা অমুম্বা অর্থসিদা কবিগী পুক্নিংনি খংনরগনি। অর্থ অসিনা তাক-পবু গোবর্দ্ধন অসি কৃষ্ণগী খুৎতা ইয়াং য়াংখি তাকপনি। "তেরামফোল ওইখিবা" গী অর্থবু য়াংখিবা হাইবনি। অর্থ অসিদা "ঘ" বিরোধাভাস অলঙ্কার অমুক চংলে, মরমদি য়াংবসি গুণনি, চিং অসি য়াংদে হাইবসি খ্বাইনা খংনরিবনি, অদুবু য়াংবগুম্না তাহনবনা "ঘ" বিরোধাভাসনি। গোবর্দ্ধনচিংনা য়াংবা য়াদবনিনা ( বিরোধ লৈবনিনা ) বিরোধ অসি কোক্লবগীদমক "ওইখিবা" হাইবা অসিদা উৎপ্রেক্ষা অলঙ্কার চংলে খংনরগনি, হাইবদি ওইখিবগুম্বা অমুম্না অর্থ তোরগনি, অসি ওইরবদি য়াদবা (বিরোধ) দোষয় লৈত্রে।

হাইরিবা বিচার থারা অসিদা—"ঐঙোন্দদি নিপা অসি কৈ ওইখি" হাইবসিদা নিপাহুনা কৈ ওইবা য়াদবনিনা "গৌণীলক্ষণা" না "কৈ" না কৈগুম খংনরবদা "তেয়াংফোল ওইখিবা" হাইবদুদা "ওইখিবা" না ওইখিবগুম্বা খনবগুম্না "কৈ ওইখি" হাইবসিদা ওইখিগুম্মি অস্নুম্না উৎপ্রেক্ষা য়াদবরা? হাইনিংঙাই ওই, অদুবু য়াদে, মরমদি কৈ" না কৈগুম খনবহুনা নিপাসি অথোবা ওইখি হাইনা খংনরবদা য়াদবা ( বিরোধ ) দোষদু লৈত্রে, নিপাদু অথোবা ওইবা য়াবদনী,

নত্রগা —অয়াংবা হাইবসি প'জলদা য়ে'বা ( আপেক্ষিক ) গুণনি। অদুনা অমনা পুবদা য়াংবদু অমনা পুবদা লু'স্ম, অমনা পুবদা লুম্বদু অমনা পুবদা য়াংই। মরমদুনা খ্বাইগী লুম্বা ওইনা থোকপা গোবর্দ্ধনচিংবা অদু শ্রীকৃষ্ণগী পাজল তেনখিবনা ইয়াং য়াংনা কৃষ্ণদা থোকপদগী "ওইখিবা" হাইবসি হাইবদা অপনবা লৈতবনা "ঘ" বিরোধাভাস চাদে খংনগনি। অদু ওইরবদি উৎপ্রেক্ষাসু চংত্রে।

"ছ" বিরোধাভাস অলঙ্কারসিনা বর্ণনাসিদা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি অসি তপ্সুক য়াম্না (চিংকাওবা পুবা ওয়া) লৈ হাইবসি খংহন্নি। "ক" "ঘ" "ঙ" "চ" মরিপুনবগী উদাহরণ :—

থাইন-মৈশা লাংলিবী নংগী চায়বী মকমদা।
মলয়াগী মালংবা অকনবা লম্মৈ ওইখরে।
থাবল মণ্ডাল অইংবা থাংবা ঙমদনা শাখরে।
থঘান মনা নিংথিবা ওল্লাং থা জুমিৎ ওইখরে।
কোকিল খোম্লেল অমেংবা থমোইদা কয়া খিনখরে॥

বর্ণনাসিদা—অনুপ্রাশিংনা লান্দৈ ওইবা—জাতিশিংগী বিরোধনি। অইবনা শাবা—গুণগা গুণগা বিরোধনি। খবাদা মনানা ঙুন্সিং ওইবা—জাতিগা ব্যক্তিগা বিরোধনি। অতোংবনা মিৎবা (নুংবা) গুণ, ক্রিয়া বিরোধনি। বিরোধ ওইবশিং অসিদু (ব্রজবাসিদু) মাখওয়া তাংনবসিনা 'ক' 'খ' 'গ' 'চ' বিরোধাভাস অলঙ্কারনি।

বর্ণনাসিদা—অলঙ্কারসিদা মগুনগী বৈচিত্র্য চমৎকারিতা পোকহল্লুনা খাইনা মৈশা-লাংলিবী নায়িকাগী অকয়া নুংশিনা চিংবনা মরম ওইদুনা অকনবা কাম উদ্দীপন ওইরক্লুনা (কাম-জীবক পৌরক্লুনা) খাংতমদবা য়ারে হাইবসি রসিকপী থম্মোইদা কাওহল্লুনা। "প্রবাস" কৌবা বিপ্রলম্ভশৃঙ্গার রস মপুং ফাহল্লি।

৪২। অসঙ্গতি অলঙ্কার কৌবদি—মরমনা (কারণনা) অমদা লৈরগা কারণ লৈতবা মফমদা থবক থোকপা (কার্য্যোৎপত্তি ওইবা) উৎপা অদুবু কৌই।

১। শকহেনবী মানা নাহা ওইবা বাংতাবনা থোইনা তমদবা।
নুজানা মহাক্তা ওইবা বাবনা ঐখোইনা য়াবা।
থবাক চিংদুগা মানা পুবা ফুথনা ঐখোইনা ফুবা।
মরূপ। মরম অমদা নহেনা ঐখোইদা ওকইদু।

বর্ণনাসি কনাগুম্বী নায়িকা অমা মঙুংদা মায়ক অমগা য়াগী মরূপ অমদা হাইরকপগী বর্ণনানি।

য়া তাংবা তমদবগী মরমদি (কারণদি) অতাং ওইথদুনি। অতাং ওইবনা মানা য়া তাংবা তমগ্রিবনি অদুগা খাইনা হাই-নবিবনি হাইদু হাইনৈ। মানা য়ারিবসি নুংগী ওইবনা য়ারিবনি

অমুন খ্বাইনা হাইনৈ। চিংখুম পুরনা সুম্মিমলি, খ্বাইনা হাইন-
খিবনি। সকহেনবীদুনা—মা ঙাংবা ঙমদবগী মরম অণাং ওইবহু,
অদুগা রাবণী মরম সুদী ওইবদু, সুবনী মরম চিংখুমদু লৈরগা
মা ঙাঙ্গা ঙামদবা লিবেদু মানা (সকহেনবীদুনা) ওইগদবদু ওইদনা
কারণদু লৈহবা মরম "প্রথোই" দা লৈবা, মসুং ওইবা উৎপনা
অসঙ্গতি অলঙ্কারনি বর্ণনাসি।

(২) লৌবা শংগোমনা চারগা কুসনা ইরোইদা কুবা।
সীতানা রাবণনা হুরগা খিংকনা সমুদ্র খিংবা।
মরাননা মনা মারগা মহৈনা অমনা কংবা।
তাইবং লিচৎ চয়রবৈদা অঙকুপনি খুবদা।

বর্ণনাসি, অসঙ্গতি অলঙ্কারনি, মসি খ্বাইনা হাইনখিবনি।

(৩) ইবুঙেঙাদা পরুগা রতি খুদম।
খাঙভুদনা বামরি তোমবী ঐনা।
মহাক্লা থুরুগা অধরামৃতনা।
ইবুঙেঙানা কাবিরিদো ময়াই না।

বর্ণনাসি—নায়ক অদুগী—অতোপ্পী নায়িকা অমগা শামরুবগী রতি খুদম অদু উবগা মান তোরিবী নায়িকা অমনা হাইরক-পগী বর্ণনানি। বর্ণনাসিদা রতি খুদম পরুলে, হাইদুনা মথংদবা নায়ক অদুনা বাকুনা, বারোইদরী নায়িকাদুগী বাবা উৎপনা, অদুগা রতি-লীলাদা অধরামৃত অদু অতোপ্পী নায়িকা অদুনা থকপনা ময়াই মানা (অতোপ্পীদুনা) কাগুবদু কাবদুনা নায়ক অদুনা ময়াই কাবদু হাইবদি রতিচিহ্ন পরুই-পক্তে থংহনবদু উৎপনা অসঙ্গতি অলঙ্কারনি খংনগনি।

## ৪৩। বিষম অলঙ্কার কৌবদি—

(ক) মহৌশানা কারণদা লৈবা গুণ অমত্তু কার্য্যদা লৈনৈ (শাগদৌরিবা লংদা লৈবা মচু অমত্তু শারিবা কী অমত্তুদা লৈনৈ) হাইরিবা পথাপ (নিয়ম) অসি কাইনা উৎপা হাইবদি কারণদা লৈবা গুণনা অমা ওইনা উৎলগা কারণদা লৈবা গুণ অদু নৎতবা গুণ অমা কার্য্যদা লৈবা উৎপা অমত্তুবু—

(খ) কারণদা লৈবা ক্রিয়াগা লৈমিন্নবা য়াদবা ক্রিয়া অমত্তু কার্য্যদা লৈবা উৎপা অমত্তুবু—

(গ) মহৈ (ফল) অমা ফংনবা ভৌরুবা থবক্তা ফংনিংলিবা মহৈত্তু ফংলক্তবত নৎতনা ফংনিংদবা অমত্তুম্ ফংলকপা উৎপা অদুবু বিষম অলঙ্কার কৌই।

"ক" গী উদাহরণ:—

(১) মহাবাক্য। মুবৈনবা থাংনা।
সনা খুৎতা হেক্ য়ৌখিবদা।
শবৎ থাগুম্ ভৌরবামীংচৎ।
হেক্তা মপোকহল্লি লান্‌কন্নদা।

বর্ণনাসিদা-থাংনা মরম ওইত্তুনা (কারণ ওইত্তুনা) মীংচৎকী মশক্ ওইবা কার্য্যসি পোকহল্লি হাইবসি তাকই। থাংনা মুবৈনরগা থাংদগী থোকপা মীংচৎনা ভৌই হাইবসিনা "ক" বিষম অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) ঐগী পুক্নিং কাংথুন মন্নুংদা।
অমৃত মরু'মত্তং থাঁহু।

হু-উপালগী ময়োল অদো।
মশিং লাক্-ওন্দনা চোংলক্লে।

বর্ণনা অসি থাইন-মৈশা লাংলিবী নায়িকা অমনা হাইবগী বর্ণনানি, মরু ( বীজ ) অমত্তং থারবদি ময়োলসু অমত্তং চোংবা প্রকৃতিগী পথাপনি। ময়োল চোংবগী কারণ মরু অদু মশিং অমত্তং ওইরগা হৌরকপদা ময়াম হৌরকপা উৎপনা "ক" বিষমাল ন্ধারনি। বর্ণনাসিদা মতাংগী মতুংইন্না "অমৃত" হাইবসি প্রেমবু থংনগনি, "হু উপাল" বুনা থাইনা মৈচাক থংনগনি। বর্ণনাসিদা অলঙ্কারসিনা-মীতুদা প্রেম হেক লৈরুবদা মহাক্না লৈমিন-চাম্লিবদা সুংঙাইবদি থজিক্তা ওই, হেক কাইনবদা অন্নাবদি মশিং লাক্পা ওমদনা রাই হাইবসি ফোংদোকই। মৈতৈ পাওরোদা "সুংঙাই-বদি মেরুক্ অন্নাবদি শংবাই" হাইবদু বর্ণনাসিদা থংহল্লি। "ক" বিষমালঙ্কারসি মৈতৈনা "মেরিকপীনা মৈজাওবী হৌরে" হাইনা শিজন্নে।

'খ" গী উদাহরণ :—

থম্বান মানবী নহাক্লা।
সুংঙাই মথল পোকহল্লি।
নপাম লন্দব্ পাংখি'দা।
থাং-ওন্দনা রাহল্লি।

বর্ণনাসিদা—নপাম লমদম পাংথিবদা হাইবদি কাইনবদা হাইবনি। কাইনবা থবক অসি (কার্য্যসি) পোকহনবগী কারণদি মুপী অদুনি ( "নহাক্ল"নি ) সুংঙাইবা ক্রিয়া পোকহনবী সুপীতুন'

কারণ ওইদুনা কাইনবা থবক অসি থোকপদা সুংঙাইবগা লৈমিন্নবা য়াদবা অন্নাবা ক্রিয়া অসি পোকহনবনা হাইবদি কাইনবদা অন্নাবা ক্রিয়া লৈবা উৎপনা "খ" বিষমালঙ্কারনি।

"গ" গী উদাহরণ :—

সমুদ্রসি মণি মুক্তা পোক্রকমনি খল্লুদুনা।
মণি ফংবগী আশাদা মাবু সেবা তোক্লবদা।
মণি ফংদি লাইবদুনা মুক্তা ফংদি তোক্লদুনা।
ইমাই-ইমিং ইশা, পুবা থুমগী খুয় ঙাক্তা তৈরক্লে।

মণি-মুক্তা ফংনিংদুনা সমুদ্র লুপ্ল বদা মা ফংলকপদি লাই-রুদুনা মা ফংলক্তবতা নৎতনা ফংনিংখিদ্রবা থুমদুম্ মাইদা তৈরকপা উৎপনা "গ" বিষমালঙ্কারনি খংনগনি।

"গ" বিষমালঙ্কারসি মৈতৈ পাওরোদা হায়নৈ—

"শেন্দোই পাম্মুদা সেলেপ মাংলে"।
"অন্নম লল্লোন্দা পৈ'মা তোংলে"।

৪৪। সম অলঙ্কার কৌবদি—মান্নবা মশেল (শোমান্নবা লেংমান্নবা মশেল) লৈমিন-চামিন্নবগী থাগৎপা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) হন্দক ইন্দুমতীনা।
অজনিংথৌ ফংবদি।
থাবননা থা ফংবনি।
গঙ্গানা সমুদ্র তিননি।

(২) ভাদুগা খোংবানুগা লেশাবাগা প্লাখংগা।
মুন্নাগা পান্নাগা হত্নুগা হত্নুবীগী।

শাম্নাম্নবা ফুংশিনে লৈংমান্নবা চান্নবৈ।
মণি মশেল ভিলইনবা মোংফবা-থুংশেন হৈদা ॥

৪৫। **বিচিত্র অলঙ্কার কৌবদি—** ফংনিংলিবা-অদু ফংনিংলিবা অদুগী ওন্নবা মাইকৈদা ফনেবা হোৎনবা উৎপা অদুবু কৌই।

মনা-না হিংনিংছুনা লালদা য়াইবী থাদোকপা।
ফুংঙাই-য়াঙ্গৈফ পামছুনা অরা কোক্নাই থাংদোকপা।
ভরাচাক থন্নিংছুনা চরা কয়া হেন্দোকপা।
নিংথৌ খনবা অপংবা কয়া লৈনি ভাইবংদা ॥

নিংথৌ খনবা মীনা ফংনিংলিবদি হিংবনি। হিংবগী ওন্নবা মাইকৈদি শিবনি। ফংনিংলিবদি পুকথনবনি, পুকথনবগী ওন্নবা মাইকৈদি চরা হেনবনি। ফংনিংলিবদি ফুংঙাইবনি, ফুংঙাইবগী ওন্নবদি অরাবনি। বর্ণনাসিদা—হিংবা পাম্নগা শিদোকপা উৎপনা, পুকথন্নিংলগা চরা হেনবা উৎপনা, ফুংঙাইবা ফংনিংলগা অরাবা থাংবা উৎপনা বিচিত্র অলঙ্কারনি থংনগনি।

৪৬। **অধিক অলঙ্কার** কৌবদি—লৈকমগা লৈগদৌরিবগা (আধারগা আধেয়গা) অনিগী মরক্তা অমবু অহেনবা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) কৃষ্ণনা প্রলয় মতমদা।
মরোল হুম থন্নগা পুত্তা।
চৈপখিবা সমুদ্র য়াইদা।
কনাগুম উ-থংখিদেদা ॥

বর্ণনাসিদা—পুরিংদা মরোল অহুম থম্নগা হীইবা রা অসিনা কৃষ্ণ অসি অসুক য়াম্না চাওই (মরোল অহুম থম্না য়ানা চাওই)

হাইবসি খংহল্লি। অস্তুক য়ায়া চাওরদা কৃষ্ণহুনা সমুদ্র-ঈয়াইদা চেয়ন্থ কনাম্বু উথিদবা হাইবসিনা সমুদ্র মাগী পাক চাওবদি কবি অমুক হাইগনি হাইবসি খংনবনা আধেয় কৃষ্ণদগী আধার সমুদ্রনা চাওবা হেল্লি হাইবসি উৎলি, অদুনা অধিক অলঙ্কারনি।

(২) জগৎপু লৌশিনগে নিংলকপদা।
অচৎ-চৎভ জীব চংলকপদা।
ইহাং হাংলিবা কৃষ্ণ হকচাংদা।
ঋষি লেংলকী মুংঙাই' চনখিন্রে॥

বর্ণনাসিদা—জগৎ অপুম্বা লৈবদা ইহাং হাংনা থোক্লবা কৃষ্ণতুগী হকচাংদা নারদ ঋষি লেংলকপগী মুংঙাইবদু চনখিন্রে হাইবসিনা, জগৎথুদা গাংনা থোক্লবা অদুক য়াম্না চাওরবা হকচাংদা, লৈরিবা মুংঙাইবদুগী চাংদি ওমথৈ লৈতনা চাওই হাইবসি খংহনবনা লৈকম হকচাংদগী (আধারদগী) লৈরিবা মুংঙাইবনা (আধেয়না) হেল্লি হাইবসি উৎলি, অদুনা অধিক অলঙ্কারনি।

৪৭। অন্যোন্য অলঙ্কার কৌবদি—কর্তা অনি অদু ক্রিয়া অমত্তদা মহৈ মহৈ মরম (কারণ) ওইবা উৎপা অদুবু কৌই।

ঈশিংনা থবাল নিংথিরি থবালনা ঈশিং নিংথিরি।
ঈশিং থবাল অনিনা পুক্রিগী লৈতেং ওইরি।
থাবলনা অহিং কন্ধরি অহিংনা থাবল কন্ধরি।
অহিং থাবল অনিনা অভিরাগী লৈতেং ওইরি।
চুগীনা নিপা হিংলি নিপানা চুগী হিংলি।
নিপা চুগী অনিনা মুমগী য়াইবী ওইরিদো॥

বর্ণনাসিদা—"নিংথিরি" হাইবা ক্রিয়াসিমগুদা ঈশিংনা মরম ওইদুনা থম্বালনা, থম্বালনা মরম ওইদুনা ঈশিংনা অশুম্বা মচৈ-মহৈ কারণ ওইবা উৎপনা অন্যোন্য অলঙ্কারনি খংনগনি। অতৈ মখাগী অসিদসু মতৌ অশুম্বা খংনগনি।

৪৮। বিশেষ অলঙ্কার কৌবদি—(ক) লৈকম অদু লৈথিত্রগসু লৈগদোব্রিবা অদু-অদুম লৈবা উৎপা অদুবু,—
(খ) পোৎ অমগুনা মফম থুদিংগী মনাক্তা মতম অমগুদা লৈবা, উৎপা অদুবু কৌই।
"ক" গী উদাহরণ :—

কবিদা লৈবা অওকপা রাওাং।
মী থুদিংবু শুমহৎপা মরাহৈ।
মানা স্বর্গদা খোংদাব্রগসু।
লৈহৌবি জীববু মুংওাইহন্না॥

কবিশিংদা লৈরম্বা সুমহৎপা রাওাং-শাওাং রাহৈ-রাতা অদু লৈথিত্রগসু মীবু মুংওাইবা পোকহনবদু ইকাই কাহদনা লৈহৌবা উৎপনা "ক" বিশেষ অলঙ্কারনি। লৈহৌবদু কাব্য ওইনা লৈহৌবা খাইনা খংনরি।
"খ" গী উদাহরণঃ —

(১) মহাবাজবু কিদুনা।
লোক তাইদা লৈকুৎ লৈরাইদা।
লোৎথ্রবা য়েরুবশিংনা।
মমাং মমাংদা মউরি॥

বর্ণনাসিদা—মফম তোংঙাল তোংঙালবদা লোংপ্রবা য়েরু-বশিংডুগী মমাংদা অমত্তা ওইবা মহারাজতুবু মতম অমত্তদা উবা উংপা অসিনা "খ" বিশেষ অলঙ্কারনি। অলঙ্কার অসিনা ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা (মচেক্লা য়ৈত্তুনা) য়েরুবশিং অত্থু মতম অমত্তদা মহারাজবু অমত্ত ওইনা মনাক মনাক্তা লৈগুম্না কিখরে হায়্রবসি খংহল্লি।

(২) রতি খোংলোইনবা কামনা থমোই-কাজিন্ চংখিবদা।
বতিবু লোইনৈ উংলক্লে খুদমগী মখল তাক্লক্লে।
মী অতগী মীং-তা নাদা য়েংতা ওইদা তুংদা মাংদা।
চান্নবীগী মরা মশক্ তাব-উবতা মওইখবে॥

বর্ণনাসি—থাইন-মৈশা লাংলিবা নায়ক অমগী অবস্থা বর্ণ-নানি। থমোইদা কাম হৌরক্লবদা নায়ক অত্থু রতিভাব পোক্ল-তুনা য়েঙউ-য়েংউবা খুদিংদা চান্নবীতুগী মশক অত্থুতা ওইনা উখরে, তাক্ল-তারুবা খুদিংদা চান্নবীতুগী ঙাং-শক্লকপা মরা মখোল অত্থুতা ওইনা তাথরে হাইবসিনা-মফম খুদিংদা মতম অমত্তদা চান্নবীতু লৈবা উংপনা "খ" বিশেষ অলঙ্কারনি খংনগনি। অল-ঙ্কারসিনা--কামগী তেল মখল মঙাগী মনুংদা 'উন্মাদ" কৌবা তেল অত্থুনা পাল্লতুনা নায়ক অতুগী মফমদা বিরহগী কামদশা মখল ১০ গী মনুংদা "তন্ময়" কৌবা কামদশা ফাওরকপা বর্ণনা তৌত্থুনা "প্রবাস" কৌবা বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাররসত্থু মপুং ফাহল্লি।*

৪৯। ব্যাঘাত অলঙ্কার কৌবদি—থবক অমা পাংথোকপগী পিরিবা মরম (হেতু) অ-ত্থুমক্লা পাংথোকখিবা, পাংথোকহনগদৌরিবা

*কামদশা মখল কামগী তেল মখল—অনিত্তবা মঙালদা য়েংবিয়ু।

থবক অমুগী ওন্নবা থবক অমা পাংথোকহনবা, পাংথোকহনগদবা উৎপা অমুবু কৌই।

(১) মহাদেবগী মীৎয়েংনা উৎ ওইগ্রবা কাম অমুবু।
সকহেনবী মাগী তথকপা খোংখোইনা য়েংবা মীৎয়েংনা।
'মুক হন্না হিজৎহন্দুনা মহাদেব জয় তৌরিবী।
মগুণ চেন্‌বী শকহেনবী'দো থাগৎনিংইদা মন্নাপলোই।।

বর্ণনাসিদা—মীৎয়েংনা মরম (হেতু) ওইদুনা কামবু শিংহনখি অমুন্না কামশিবগী মশক ওইবা থবক অসি পাংথোকপগী মরম (হেতু) মীয়েং অদুমক্না শিব-থবক অমুগী ওন্নবা হিজৎপা থবক অসিবু (কামহিজৎপবু) পাংথোকহনবা উৎপনা হাইবদি মীয়েংনা শিংহনখিবা কাম অমুবু অমুক হন্না মীয়েং অদুমক্না হিজৎহনবা উৎপনা ব্যাঘাত অলঙ্কারনি থংনগনি।

বর্ণনাসিদা অলঙ্কার অসিনা মচেক্না য়েদুনা (ব্যঞ্জনানা) শকহেনবীদুনা অউবা মীবু কাম ঈহৌহল্লি হাইবসি থংহল্লি।

(২) চান্নথোইরবী। ঐহাক্না খোংশানবদা পোইরে তান্না।
নংদি লৈশুম্ খোৎপীনিনা ভুংইনবা খোং-লোই য়াদেকো।
য়াদ'গী মরমদুমক্না হেন্নদুম্ য়ারে চান্নবা।
লৈশুন্না খোৎপী ঐহাক্না থাইন-মৈশা করম্ থাং'নি।

বর্ণনাসি—লংফৈ চৎপদা ভুংইনগে হাইরিবী নায়িকা অমুদা নায়ক অমুনা হাইরকপা, নায়ককী য়া ভাবদা নায়িকা অমুনা হাইরকপা—নায়ক-নায়িকা অনিগী অর'ই-অথুম বর্ণনানি। চৎপা য়াদবগী মরম পিরিবা থোৎ-নৌবা অদুমক্না য়াদবগী ওন্নবা চৎপা য়াবগী মরম ওইনা উৎপনা ব্যাঘাত অলঙ্কারনি।

অলঙ্কারসিনা বর্ণনাসিদা লৈঙবী ঐনা ভুইন্দতুনা থাইন-মৈশা খাংববুদি ভুংইনবগী অরাবা থাংবনা থোইনা হেন্না যৈ হাইবসি কোংদোকই।

(৩) নং অমুক্তা চৎত্রি'বনিনা হন্দক্তি চৎলগনু।
অমুক্তা চৎত্রিহুমক্তা হন্দক্তি ঐ চৎকনি।

চৎতবা থবক পাংথোকহনগদবগী পিন্নিবা মরম চৎত্রিবহুমক্স চৎপ থবক পাংথোকহনগদবগী মরম ওইনা উৎপনা ব্যাঘাত অলঙ্কারনি।

৫০। **কারণ মালা অলঙ্কার** কৌবদি—মথা-মথা থংবা রাগী মকমদা মথক মথক থংবা রানা মরম ওইদুনা উৎপাদুবু কৌই।

(১) পণ্ডিত তিন্নবদগী লাইরিক হৈবা।
লাইরিক হৈরকপদগী নোঙ্গুরুক্পা।
নোঙ্গুরুকপদগী মীনা মুংশিবা।
মীনা মুংশিবদগী রাৎ-প্যাদ'নি।

(২) মকুম্থা ওইবনা হণ্ডোাই থোংবা।
হণ্ডোাই থোংলকপনা নোংতারকপা।
নোং-তারক্পনা শিং চাক্তবা।
শিং চাক্তবনা চাক চেংচংবনি।

অলঙ্কারসিনা মথক-মথক্না ফন্নগা মথা মথাসু ফথা, মথক মথক্না ফৎত্রগা মথা মথাসু ফৎতবহু তাকই।।

৫১। **মালাদীপক অলঙ্কার কৌবদি**—পোৎ মথল করানা মথং মথং ওইনা মথা-মথাগা ক্রিয়া অমত্তদা নৎত্রগা গুণ অমত্তদা মন্নি লৈনবা উৎপা অদুবু কৌই।

মহারাজনা লাময়মদা কন্ হেক্ চোংথোকখিরম্ব।
লিরুংগা-তেনগা, তেনগা গুক্কা, গুক্কা-পৃথিবীগা।
পৃথিবীগা মহারাজগা মহারাজগা মিংচৎকা।
পল্লবা লৈরমদন তাপ তাপ হেক্তা মফংলৈদো॥

বর্ণনাসিদা—ফংবা ক্রিয়া অসিমক্তদা তেননাচিংবা কল্লারা মথং মথং ওইনা গুক্কা চিংবগা মরি লৈনবা উৎপনা মালাদীপক অলঙ্কারনি।

পাইবগা শৎপগা শৎপগা থোংবগা।
থোংবগা কাপ্পগা কাপ্পগা পানবগা।
পান্বগা ককপগা চপ চপা মান্নবা।
কর্ণগী তেন্কাপ্তা, খুৎকী জগোই গুকই॥

বর্ণনাসিদা—"মান্নবা" গুণসিমক্তদা শৎপনা চিংবসিগা মথং মথং ওইনা মখা-মখাগা মরি লৈনবা উৎপনা মালাদীপক অলঙ্কারনি।

৫২। একাবলি অলঙ্কার কৌরদি—মথক মথক্কী মফমদা বিশেষণ ওইবা রাহে অহুনা মখা-মখাদা বিশেষ্য ওইনা লেংবা উৎপা অহুবু কৌই।

(১) শরৎ ঋতুগী মতমদা য়েংলু য়েংলুরা মফমদা।
পুক্ষি লাইজ তরুবনা থম্বাল শাৎলবা পুক্ষি না।
খোংইমু ইল্লবা থম্বাল্পা ঙুং ঙুং ঙংলুবা খোইমুনা
পুক্ষিং হুরবা ঙুং ঙুংনা পোয়মবা পুক্ষিং শাৎকাইরে॥

বর্ণনাসিদা—মথক মথক্কী মফমদা বিশেষণ ওইবা শুবাম-চিংবা অহুনা মখা মখাদা বিশেষ্য ওইনা লেংবনা একাবলী অলঙ্কারনি থংনগনি।

(২) ঈশিং শিংদো লৈখিদ্রে থবাল শাৎতবা ।
থবালশিংদো, লৈখিদ্রে খোইমু ইন্দবা ।
খোইমুশিংদো লৈখিদ্রে মী-না গুংদবা ।
মীরবা খোঙ্গেন্দো লৈখিদ্রে পুক্লিং হুদবা ॥

৫৩। **সার অলঙ্কার কৌবদি**—পোৎ মথল কয়াবু মথক মথক্তগী মথা মথা থংবনা খোইগৎ হেজৎপা উৎপা অহুবু কৌই ।

(১) ইপুক মুংঙাইকমগী 'মুংদাইরৈবাকনি ।
ইরৈবাক্কী মহুংদা ইরৈকাইনি ।
ইরৈকাইগী মহুংদা ইংখোলমুংনি ।
ইংখোলমুংগী মহুংদা ইমুমনিদা ॥

(২) অথোইবা লমগী মহুংদা ভারতনি ।
ভারতকী মহুংদা তীর্থশিংনি ।
তীর্থশিংগী মহুংদা মথুরানি ।
মথুরাগী মহুংদা বৃন্দাবননি ॥

বর্ণনা অনি অসিদা—মথক মথক্তগী মথা মথা থংবনা হেজৎপা ফগৎপা উৎপনা সার অলঙ্কারনি থংনগনি ।

৫৪। **পর্য্যায় অলঙ্কার কৌবদি**—(ক) কয়িগুম্বা পোৎ অমা লৈবা অমসুং তাকপনা চিংবদা—লৈফম তাকম অহু মথং মথং পালি ওইনা উৎপা অহুবু—নৎত্রগা (খ) পোৎ মথল ২।৩ নচিংবনা মফম অমত্তদা মথং-মথং পালি ওইনা উৎপা অহুবু কৌই ।

"ক" গী উদাহরণঃ—

মাগী হকচাং খুদিংদা মওং চানা লিংখিদা ।
তারকপা নোংলিক'মনা পাদা শাইহাক পক্লিদা ।

পা-দগী শং নাম্বখিঁদা　　ফুই তয়ানগুবা চিনবান্দা ।
থবাক-চিংহুম য়োরক্তা　　নোংলিক অহু চাইখিদা ॥

বর্ণনাসিদা—নোং মরিক অমনা পা, চিনবান, থবাকচিংহুম মকম অহুম অসিদা মথং মথং পালি নাইনা তাবহু উৎপনা (তাকমহু পালি নাইনা উৎপনা) "ক" পর্য্যায় অলঙ্কারনি।

অলঙ্কারসিনা ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা বর্ণনাসিদা মীহুগী হকচাং কয়াৎশিং অহু অস্নুক য়াম্না নিংখি হাইবহু ফোংদোকই, হাইবদি পিকগ্রবা নোংলিক অমনা তারকপদা মীৎকী পাদা গুইহাক পল্লি হাই-বসিনা ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা পাহু য়াম্না কুংভি খংহল্লি। চিনবান্দা ফুই, হাইবসিনা থোৎগ্রবদা পিকগ্রবা পোৎনা হেক তারকপদা ফুবা-গুম্না নাই, অহুনা "ফুই" হাইবসি ফুগুম্মি হাইনা খংনবনা। চিন-বানহু য়াম্না থোৎ-নৌই হাইবসি খংহল্লি। থবাক্তা তারকপদা নোংলিক অহু ইচাই চাইখি হাইবসিনা মু'থক্তা ঈশিং মরিক অমত্তুং তাবদা ঈশিং অহু ইচাই চাইবা উনবনা, মুংগুম্না থবাকচিংহুম অহু য়াম্না কল্লি হাইবসি খংহল্লি॥

"খ" গী উদাহরণ :—

(১) প্রতাপ চাওবা নিংথৌ ও।　　য়েরুবা তাদোইশিংনা।
কেনা মৌনা চৎলবা　　য়েরু' কোমুং মরুংদো ।
হৌজিক্তি লমহুই কাক্লা　　মনিং তম্না চংহুনা।
মথেলাংনা শায়কম　　ওইগ্রেদো খংহৌদনা ॥

বর্ণনাসিদা—য়েরুবগী কোমুং অহু অহানবদা নিংথিবী মুপীশিংনা কেনা মৌনা চৎলম্মি, মহুগী মথংদা মথোইগী মহুৎতা লমহুই কাক্লা চিংবনা পালি ওইনা শিনথয়ে হাইবা উৎপনা "খ" পর্য্যায় অলঙ্কারনি।

বর্ণনাসিদা অলঙ্কারসিনা মহারাজবু কিহুন্না য়েক্লবা চেনখি-বদগী য়েক্লবা কোন্নুং অহু হৌজিক্ উন্নুংগী মশক্ ওইরে হাইবসি কোংদোকই ॥

(২) মহারাজগী খৌনা অঙক্পনি খুমুদা ।
য়েক্লবা তালোইনিংগী থবাক চিংহুম মথক্তা ।
পীগী চহুম পবেংবু মুক্তা পরেং মহৎতা ।
অতৎ অথম লৈতনা শিহনখিদা খুদক্তা ।

বর্ণনাসিদা—মুক্তা পরেং মহুৎতা পী-চহুম পরেং মথবাক্ত। শিহনখি উৎপনা "খ" পর্য্যায় অলঙ্কারনি, মসিদা ব্যঞ্জনানা য়েক্লবা খুদক্তা হাৎলি হাইবহু কোংদোকই ।

৫৬। যথাসংখ্য অলঙ্কার কৌরদি—অহানবদা হাইখিবা অর্থশিংগা মথং-মনাও কাইদনা মথাদা হাইবা অর্থশিংগা মরি লৈনবা উৎপা অহুবু কৌই ।

শাৎলক্লেনে ইতা। খুজিন্না থদংল্লে। ইতা।
শিৎলক্লেনে ইতা। কীজিনা খঞ্জনল্লে। ইতা।
পাইশনক্লে ইতা। পাইহনল্লে। খুজী-মখোন্না।।
অসুন্না ইবুঙেঙা। নংগা কাইবরিঙৈসিদা।
অশোক-মালংবা-কোকিল মশক মমিং পন্দবা।
নংগী চান্নবী নাক্তা ভুংগী কীবন্ন খনুদা।
মীৎচি মিৎলৈ ঈজিৎকী অবাই অথুম রাঙাংদা।
হৈনবী লিচৎ ওইল্লে লৈন্নিন্নবী মতাশিং

বর্ণনাসি লংকৈদা লৈরিবা ন্যায়কনী মুকমদা ন্যায়িকাগী চুক্তীন্না হাইরকপা বর্ণনানি। বর্ণনাসিদা অহানবদা "শাৎলক্লে"

"শিংলক্লে" "পাইশল্লক্লে" "থদংথ্রো" "খঞ্জনথ্রো" হাইখিবা অর্থ-শিংগা মথং মনাও কাইদনা মখাগী— "অশোক" "মালংবা" "কোকিল" মখোইশিংগা মরি লৈনবা ( অমুক কর্ত্তা-অমুক কর্ম্ম ওইনা মরি লৈনবা ) উৎপনা হাইবদি অশোক শাংলকলে, মাবু খুজিন্না থদংথ্রো, মালংবা শিংলকলে, মাবু ফীজিনা খঞ্জনথ্রো অসুন্না মথক-মখা মথং মনাও কাইদনা উৎপনা যথাসংখ্য অলঙ্কারনি।

বর্ণনাসিদা—অলঙ্কারসিনা মচেল্লা য়েত্নুনা ( ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা ) —অশোক, মলয়া মালংবা, কোকিল, হাইনা মমিংদং পনবদা কাম-ঈহৌরক্লুনা নংগী চান্নবী অদো হাইনিংঙাই লৈতনা খাইন-মৈচাক হেঙ্গংলিবনি, মমিংদং তাবতদা অশুক ল্লারবা অসিনদি মশক মওং উবদা ল্লাবদি করি অমুক হাইগনি হাইবসি কোদোকই খংনগনি ॥

৫৬। **পরিবৃত্তি অলঙ্কার কৌবদি**—পোৎ ওল্লবদা মান্ননা নংত্রগা হেন্না লৌবা অত্তুবু কৌই।

| | |
|---|---|
| সজ্জী মীৎয়েং মানবী মানা | খোই-খোইবা নীৎয়েং পিরগা। |
| ত্রৈগী অচেৎপা থমোইদো | লৌখরেদো মহুৎ ওইনা। |
| থমোই পিখি'দা ত্রৈহাল্লা | পল্লক্লেদো কামগী লাইনা। |
| শেন্দোংনবা মহুৎ ওল্লুবা | ওইখরেদো মাংননবা ॥ |

বর্ণনাসিদা—মীয়েংগা থমোইগা ওল্লবদি ইন্দ্রি ভাক্তা ওইবনা মান্ননা ওল্লবনি। অত্তুগা থমোই পিরগা মহুৎ কাম লাইনা লৌরকপদি লাইনাদি অল্লাবা ওইবনা ল্লাংনা লৌবনি।

৫৭। পরিসংখ্যা অলঙ্কার কৌবদি—করিগুম্বা য়াহং য়াওয়বস্থ য়াওদ্রবস্থ য়াফম অমদা—ঙাংলিবা য়াকমত্তুদা মান্নবা অতোপ্পা অমা খনগদবত্তু খলহন্দবদা য়াহৈনা নৎত্রগা মচেক্লা মৈত্তুনা (ব্যঞ্জনা বৃত্তিনা) খলহন্দবা উৎপা অত্তুবু কৌই।

য়াহৈনা খলহন্দবগী উদাহরণ :—

ভাইবংপানবদা শিদপুং লৈতেং কবিনো?
শিদপুং লৈতেংদি মীংচৎনি মণি নৎতে।
মীগী খঞ্জন্দনা উননবা করিনো?
খঞ্জহন্দনা উনবদি লৌশিংনি মীৎ নৎতে॥

বর্ণনাসিদা—শিদপুং লৈতেং (মাংত্রবা লৈতেং) হংবদা মীংচৎনি হাইনা খুম্বা অসিদা মান্নৈ হাইত্তুনা মণিস্থুনিনা হাইনা খনগদবত্তু "মণি নৎতে" য়াহৈ অসিনা খলহন্দবা উৎপনা, অদুগা খঞ্জনবা লৈতনা উননবা হংবদা, লৌশিংনি হাইনা খুম্বদা মান্নৈ হাইত্তুনা মীৎস্থুনিনা হাইনা খনগদবত্তু "মীৎ নৎতে" য়াহৈসিনা খলহন্দবা উৎপনা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি।

মচেক্লা মৈত্তুনা খলহন্দবগী উদাহরণ :—

মীওইবা ঐখোইগী চৎকদবা—
লিচৎ করিনো? 'ফবা লিচৎনি।
ভানগদবা করিনো? পুণ্যনি।
নিংগদবা করিনো? ঈশ্বরনি।

বর্ণনাসিদা—চৎকদবা লিচৎ হংবদা অফবা লিচৎনি হাইনা খুম্বা অসিদা ফৎতবা লিচৎস্থ চৎপা য়াইনা, হাইনা খনগদবত্তু

মচেক্লা য়ৈত্তুনা খলহন্দবা উৎপনা, অত্তুগা পুণ্যনি হাইনা খুম্বা অসিনা মচেক্লা য়ৈত্তুনা পাপনি হাইনা খলহন্দবা উৎপনা, ঈশ্বরনি হাইনা খুম্বা অসিনা মচেক্লা য়ৈত্তুনা মতু মচানি হাইনা খলহন্দবা উৎপনা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি খংনগনি ।।

রাহং য়্যাওদবদা মচেক্লা য়ৈত্তুনা খলহন্দবগী উদাহরণঃ—

(১) হুদনা হুববদি লৈমা হুগদবনি ।
চাদনা চারবদি হাওনা চাগদবনি ।
য়েংদনা য়েংলবদি মুংঙাইনা য়েংগদবনি ।
কাদনা কাববদি যোনা কাগদবনি ।।

বর্ণনাসিদা—"লৈমা হুগদবনি" হাইবসিনা মচেক্লা য়ৈত্তুনা—লৈমগা মান্নবা লৈমা নংত্তবা হুগদবনি হাইবত্তু খলহন্দবনা হাইবদি লৈমা-নংত্তবদি হুবা খলহন্দবা উৎপনা, মতৌ অমুম্না "হাওনা চাগদবনি" হাইবা অসিনা হাওত্তনা চাবা খলহন্দবনা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি খংনগনি ।

(২) অকনবা মীগী মপাঙ্গল অদো ।
অশোনবা মীবু কন্নবনি ।
হৈবা মহৈ ইকাই খুম্নন'নি ।
তাল্লুবা-লল শিজিন্নবনি ।।

বর্ণনাসিদা—"অশোনবা মীবু কন্নবনি" হাইবসিনা মচেক্লা য়ৈত্তুনা অশোনবা মীবু নৈননবনি হাইনা খনগদবত্তু খলহন্দবনা "ইকাই খুম্ননবনি" অসিনা মচেক্লা য়ৈত্তুনা খৎননবনি হাইনা খনগদবত্তু খলহন্দবনা "শিজিন্নবনি" অসিনা মচেক্লা য়ৈত্তুনা লিননবনি হাইনা খনগদবত্তু খলহনদবনা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি ।।

**৫৮। উত্তর অলঙ্কার কৌবদি**—(ক) ৱাহং য়াওজ্রবস্থ ৱাঙাং অত্তুনা ৱাহং অমা লৈ হাইবত্থ বিচারনা খংনবা উৎপা অমা

(খ) ময়াম ওইবা ৱাহংদা অমস্থ অমস্থুনা (সাধার ওইবা মীনা) তাপ হেক লাম্বা ফংগনবা নৎতবা ৱাফম্না পাওখুম ওইবা উৎপা অমা অনি অসিবু কৌই।

"ক" গী উদাহরণ:—

ইনেমবোকস্থ অমম অঙাল খংদ্রবীনি।
ইপুবোই'স্থ পোইবৈ লমদম তামক্সবনি।
মফমসিদস্ন ঐ অনি শুদ্রবীনি।
ননিং তন্না লৈ'দা অকাই কবি লৈ'নি॥

বর্ণনাসি নায়িকা অমনা হাইবগী বর্ণনানি। বর্ণনাসিগী ৱাঙাং অসিনা নায়ক অমনা "মফম'সিদা ঐ লৈবা য়াগদবা?" হাইবা ৱাহং অসিনা লৈ হাইবসি বিচারনা খংবা ওস্ম, অত্তুনা "ক" উত্তর অলঙ্কারনি খংনগনি।

"খ" গী উদাহরণ:—

কক্পা যাদবা খুজিন কবিনো? ফৎতবা নোংদম্নি।
হিদাক লৈতবা মীশক কনানো? ফৎতবা মীশক্নি।
শিব ঙাইনা লৈনিন্নবা কনা? ফৎতবা মরানি।
চাওবা ঙাইত্নুনা য়োকপা কনানো? ফৎতবা মচানি॥

বর্ণনাসিদা—হংলিবা ৱাহংশিং অসিগী পাওখুমশিং অসি "নোংদম ফৎতবা খেৎপা য়াদে, মী ফৎতবা হিদাক লৈতে, ইরা ফৎতবা শিবা ঙাইননি, ইচা ফৎতবা চাওবা ঙাইননি" অস্নুবা পাওরৌশিং অসি খংবা মীতনা খুমগদবনি, অমস্থ অমস্থুনা

তাপ তাপ হেক খংবা পাওখুম নৎতে অদুনা "খ" উত্তর অল-ঙ্কারনি খংনগনি।

(মন্তব্য) বর্ণনাসিদা পরিসংখ্যা অলঙ্কারনি হাইনা হাইনিংবা কনাগুম্বসু য়াওগনি, অদুবু পরিসংখ্যা নৎতে মরমদি—পাওখুম পিরিবা মী অসিনা পিরিবা পাওখুম অসিদগী অতোপ্পা অমা খনগদবদু খলহনদবদা ঈঙ্গিৎলৈবা (তাৎপর্য্য লৈবা) পাওখুম নৎতে।

৫৯। **অর্থাপত্তি অলঙ্কার কৌবদি**—মানা মাবুদসু ওল্লবদা মহাক অসিবুদি করি ওম্মোইদবগে হাইনা খংহনবা উৎপাত্তবু কৌই।

খাইন-মৈশা মহাক্না করম্বা মী কনাগী।
থমোইদু মুংওল্লসু পেৎহল্লোইদবা লৈ'গে?
য়োং ফাওবদসু পেৎথরি মৈশা মানা লাংবদা।
করি অমুক হাইগনি থরাই পানবা মীদদি॥

বর্ণনাসিদা—মৈশা মানা য়োং মাবুদসু পেৎথহনবা ওল্লবদা মীওইবগী থমোই অসিবুদি করিগী পেৎথহনবা ওম্মোইদগে হাইনা খংহনবা উৎপনা অর্থাপত্তি অলঙ্কারনি।

অলঙ্কারসিনা খাইন-মৈশাগী মৈচাক অসি—অসি য়ৌনা কল্লি হাইবদু উৎলি।

৬০। **বিকল্প অলঙ্কার কৌবদি**—মপাঙ্গল মান্নবা (সম-কক্ষ ওইবা) পোৎ-থবকনচিংবা অনিগী মনুংদা মতম অমত্তদা অমা ওইরবদা অমা ওইবা য়াদবা উৎপা অদুবু কৌই।

ঙসি নক্লোক লুক্পা, অমা, ঐগী-লিরুং লুকপা অমা ।
ঐগী ইন্না তাবা অমা, লিরি খোঙ্গেল তাবা অমা ।
অপাম্বা হাইয়ু ঐঙোন্দা, ঙমগদবা খল্লু নংদা ।
নখোনা মশক খংগনি নরিন ,মওংহু উগনি ।।

বর্ণনাসি---নম্বিন লৈত্রগা ঐবু খুরুম্বা (সন্ধি তৌবা) নখোনা লৈরগা লিরি খোঙ্গি হাপ্পা (লানগী থৌরাং তৌবা), নরিন লৈত্রগা ঐনা হাইবা ৱা তাবা, নখোনা লৈরগা লিরি'শিৎপগী খোঙ্গেল তাবা অনিসিগী মরক্তা অপাম্বা হাইয়ু হাইনা আক্রমন তৌরিবা মী অদুনা নাপন তৌহনা সন্ধিগা-লানগা মপাঙ্গল মান্নে হন্দুনা হাইবা বর্ণনানি। সন্ধিগা লানগা অনিসি মতম অমত্তদা অমা ওইরবদা অমা ওইবা ঋাদবনা বিকল্প অলঙ্কারনি খংনগনি ।

বিকল্প অলঙ্কারসি মৈতৈনা "চাসি মরু হুন্দোকসি মগোং" অম্নুম্না শিজন্নে ।।

## ৬১। সমুচ্চয় অলঙ্কার কৌবদি--

(ক) থবক অমা পাংথোকপগী মরম অহু অমত্তনম্নু অহুম ম্নারবদা মাগুম্বা মরম কয়াম্নু মথং মথং ওইনা পিবা উৎপা অমা ।

(খ) মতম-অমত্তদা গুণ অমা পোকপদা মা নৎতবা গুণ অমম্নু পোকপা উৎপা অমা ।

(গ) মতম অমত্তদা থবক অমা তৌবদা মা নৎতবা অমম্নু তৌবা উৎপা অমা—অহুম অসিবু কৌই ।।

"ক" গী উদাহরণ :—

(১) অয়ুক মতমদা থোক্লিবা থাজ, অহন চহিদা খোংদাবী হুজা ।
লাইজ কংব্র'দা শাৎলিবী থম্বাল শকফম ফজ'দা পোকপা লোলথোক্তবা ।

মীয়াম তিনবদা যাওবা অপংবা, লৌনিং চানিং'দা পুকচংবা মপু।
খন্থকুবদা মখল তরুক'সি, তাশোল ওইরিদা ঐগী পুক্লিংদা ॥

বর্ণনাসিদা—তানা খিনবগুম্না পুক্লিংদা অরাবা পোক্পা থবক অসিগী পাংথোকপগী হাইবদি পোকহনবগী মরম অতু তরুক অসিগী মন্নুংদা অমত্তুনস্থু অতুম য়ারবদা ম্যাগুম্বা মরম বয়াস্থু মথং মথং পিবা উৎপনা "ক" সমুচ্চয় অলঙ্কারনি।

(১) ইবুঙেঙা মাস্থু ফং'ঙমদ্রে কামগী ঈহৌস্থু খাং'ঙমদ্রে।
অন্নাগস্থু তনৌবে অহন মীৎয়েংস্থু কনশাল্লে।
ইত'শিংস্থু হৈঙমদবে হা: ॥ তোল্লিদা মুক্তালাঙেঙাল।
খল্লুবদা 'রাবনিদা ॥ যেংলু'দা উপায় লৈতেদা ॥।

বর্ণনাসিদা রাবগী মরম অসি অসত্তুংস্থু অতুম ওইবা যারবদা অতোপ্পা মবম কয়াস্থু মথং মথং উৎপনা "ক" সমুচ্চয় অলঙ্কারনি।

"খ" "গ" গী উদাহরণঃ—

ইবেম্মা-ইবুঙেঙাগী থৌওং উবদা ঙকচবি ঐখোইদা।
ইবেম্মনা মীৎ কোবি কাবা, 'বুঙেঙানা মাই অমুক থাগুম্বা।
ইবেম্মনা মাইথোং লুকথবা ইবুঙেঙানা কাম নৈশা লাংবা।
ইবেম্মনা যাক্লা হাইথবা 'বুঙেঙানা নাকোং শিংজা ফুবা॥

বর্ণনাসি—মান তৌবিবী নায়িকা অমদা মত অমনা হাইবগী বর্ণনানি। অমনা মীৎ হেক ঙাংবদা অমনা মাইথোং লাংশনবা অস্নুম্না বর্ণনাসিদা মতম অমত্তুদা ঙাংবা, লাংশনবা গুণ অনিসি পোকপা উৎপনা "খ" সমুচ্চয় অলঙ্কারনি। অমনা মাই হেক

লুকথখিবদা অমনা কামগী মৈশা লাংবা, অদুগা অমনা য়াহৈ-য়াক্লা হেক হাইবদা অমদনা কয়া নাকোংদা ফুবা, অসুম্না বর্ণনাসিদা মতম অমত্তুদা তোংঙাল তোংঙাম্লবা থবক (ক্রিয়া) অনি তৌবা উৎপনা "গ" সমুচ্চয় অলঙ্কার্নি খংনগনি।

৬২। **সমাধি অলঙ্কার কৌবদি**—পাংথোক্লবা হোৎনরিবা মরমত্তুনা পাংথোকপা ঙমদনা লৈরিবৈদা লাইগী নোংদম্মা মরম ওই-ত্তুনা থবক অদু লাইনা পাংথোকপা উৎপা অদুবু কৌই।

মরুপ! চায়বী মাগী মান থান'দা।
মখোং ফাওবা পাইনা হাইজবিউদা।
নোংদম্বগী খুজিন্না খংহৌদনা।
মান থাখিদো নোং খাক্লা ঙংলকত্তুনা॥

বর্ণনাসিদা—মখোংফাও পাইত্তুনা হাইজরবদা হাইবদি মান থানবা উপায় মথল তরুক অত্তুগী মমু'দা অত্তুমণ্ডবা উপায় "খুরুম্বা" অত্তুফাও তৌরবদা মান পাদত্তুনা লৈরিবী চায়বী অদো মান থাননবগী উপায়—তরুকশুবা—"রসান্তর" কৌবত্তু লাইগী নোংদমদগী ওইরক্তুনা মান অত্তু থাদোকপা উৎপনা সমাধি অলঙ্কারনি খংনগনি*।

৬৩। **প্রত্যনীক অলঙ্কার কৌবদি**—য়েক্লবা ঙম্মিংবা কনা-গুম্বা অমনা য়েক্লবত্তু'দি ঙম্বা ঙমত্রত্তুনা য়েক্লবত্তুদা লৈবা পোৎ অমগা মান্নবা অমবু নৎত্রগা য়েক্লবত্তুগা চায়বত্তুবু-মাইথি পিবা উৎলগা য়েক্লবত্তুগী থোইগৎ-তেঙ্গৎপা উৎপা অত্তুবু কৌই।

---

*সুলীগী মান (শাওবা) কোক্লবা উপায় মথল তরুক অত্তু অহানবা খণ্ডগী পৃঃ ৬৩ দা য়েংবিগনি।

(১) চরাম্নবা নোংশানা মশাগী খ্বাংদাদগী।
খ্বাং-দা নৌবী মহাক্না হেনখরে খনখিত্নুনা।
মত্নাক্কী থবাক মানবা শমুগী পুংদোংফমদা।
খুজিন থুম্না য়ৈশিনদ্রে য়েক্লবা ঙম্লে খনদ্রে।

বর্ণনাসিদা—নোংশানা খ্বাংদা-নৌবী নায়িকাত্নগী খ্বাংনা নোংশা মাগী খ্বাং-দাদগী হেনখরে খনখিত্নুনা নায়িকা মাবু য়েক্লবনি খন্দুনা ঙম্নিংলগা মাবুদি ( নায়িকাত্নবুদি ) ঙম্বা ঙমদ্রত্নুনা মাগী থবাক্কা মান্নবা শামু পুংদোংফমদা খুজিন য়ৈশিন্দুনা মাইথি পিখিবা উৎলগা নায়িকাত্নগী খ্বাং-দা থবাক মতা ফজ্জগৎপা উৎপনা বর্ণনাসি প্রত্যনীক অলঙ্কারনি খংনগনি।

(২) ইবেম্মা! নংগী মাইখোংনা মাদগী হেনদ্রে খন্দুনা।
মাইদা নুঙাইখিদবনা মাহিং কাবিবা থংজনা।
তাইনদ্রত্নুনা মংঙোদা নংগী চান্নবা ঐঙোন্দা।
নংনা উদ্রিঙৈ অসিদা খাংঙম্দনা রাহল্লেদা।।

বর্ণনাসি--চান্নবী কাইনব্রিদা নায়ক অমনা থা উরুবদা কাম ঈহৌরুক্নুনা * রারত্নুনা চান্নবীদু কৌত্নুনা হাইরকপগী বর্ণনানি। নায়িকা অত্নবু—থানা মঙোন্দগী মাইথোং ফজবা হেনখি হাইত্নুনা য়েক্লবনি খল্লি, অদুবু নায়িকা মঙোন্দদি তাইনবা ঙমদ্রত্নুনা নায়িকা মাগী চান্নবত্নুদা রাহন্দুনা মাইথি পিরগা থা মাগী য়েক্লবা ওইর্‌বিবা নায়িকাত্নগী মাইথোংত্নু হেক্নৎ থোইগৎনা ফজবা উৎপনা বর্ণনাসি প্রত্যনীক অলঙ্কারনি খংনগনি।

---

*করি করিনা কাম ঈহৌহনবনো হাইবত্নু অহানবা খণ্ডদা য়েংবিয়ু।

**৬৪। মীলিত অলঙ্কার কৌবদি**— মান্নবা পোৎ অমনা গুণ হেনখিন্নুনা মান্নবা পোৎ অমদুবু কুপশিন্দুনা ( খংহন্দনা ) থন্বা উৎপাদুবু কৌই।

(১) কনাগুম্বী নায়িকাগী মান্না মায়থোং কোরিকা'দু।
নাকোং অনিদা লৈতেংবা কুণ্ড-নাইন মণি মঙাল্লা।
উহনখিদ্রে চান্নববু খংহনখিদ্রে মান খুদম্মু।
লৈহনখিদ্রে চিংনববু চংহনখবে মনাক্কুবু॥

বর্ণনাসিদা— শাওদুনা মাই-ঙাংবগা মণিগী ঙাংবগা মান্নৈ, অদুবু মণিনা ঙাংবা হেনখিবনা মঙালদুনা মাইদা য়েবদা মাই-ঙাংবদু কুপশনখিবনা মণি মঙাল্লি থন্দুনা নায়িকা অদু শাওরি হাইবা খংহন্দবা উৎপনা মীলিত অলঙ্কারনি।

(২) নহাক্কী ভ-থকৃপা মীৎয়েং নোইনা নোইনা চংপা শাজং।
খোইরুম্ তৌনা নোকপা মীনোক পোৎনা মেংনা ঙাংবা রাঙাং।
নশাগী হৌনশা ওই'না মথোৎ কারক'কী ময়াইনি।
কাম ঈহৌরক্কী খুদম্লি খংখিদ্রি অউবাশিংনা॥

বর্ণনাসিদা— মথোৎ কারকপা মতমদা কাম ঈহৌরক্কুনা মীৎয়েং তথক-তথক য়েংবা, নোইনা চৎপা, খোইরুম নোকপা অসিনচিংবসি নায়িকা ওইবীনা তৌনৈ, অদুগা কাম ঈহৌরকৃপনা চিংবা লৈত্রগস্থ মীদুগী হৌনশা ওইনম্নু তৌনৈ। বর্ণনাগী বিষয় ওইরিবী নায়িকা অসি—মহৌশাগী ওইনা তথক্লা য়েংবা মীৎয়েংনা চিংবা অদু লৈ। অদু কাম ঈহৌরকপদা মীৎয়েং থকপনাচিংবা অদুগা হৌনশাগী মীৎয়েংথকপদুগা মান্নবনা, অদুগী মথক্তা হৌনশাগী দুনা হেনখিদুনা কাম ঈহৌরকপগী মীৎয়েংথকপনচিংবদু কুপশিনখিবা উৎপনা মীলিত অলঙ্কারনি খংনগনি।

**৬৫। সামন্য অলঙ্কার কৌবদি**— পোৎ অনিগী মগুণ অনি অত্থু খেন্নদনা মান্নবনা মরম ওইদুনা পোৎ অনিদু মশক তোংঙান্নদবা উৎপা অত্থুবু কৌই।

মখে লাংবদা থাবল্লা কনাগুম্বী নায়িকানা।
মল্লিকা শমদা থেংদুনা অঙৌবা ফীজোল শেংদুনা।
অচৎ-অওক কাংবুশিংনা থাবল্লি মীনি খংদনা।
চিংনবা রাখল চেন্দনা চৎল্লে অভিসার নিংখিনা॥

বর্ণনাস্দিদা— অভিসার চৎলিবী নায়িকা অসিগী ফীজোল অমসুং লৈতেংনা চিংবগা থাবলগী মঙালগা খেন্নদনা মান্নবা অদুনা মরম ওইদুনা মীনি থাবল্লি হাইবদু মশক্ তোংঙান্নদবা উৎপনা সামন্য অলঙ্কারনি খংনগনি। ( নিন্দুংদা নিল্মাংদা অভিসার চৎপদা করি ফীজোল শেৎকদগে, করিনা লৈতেংগদগে হাইবা অহানবা খগুদা হাইখ্রে )।

(মন্তব্য) মীলিতগা সামন্যগা অলঙ্কার অনি অসি অমত্তনি হাইবা য়াদে, মরমদি মীলিতনা মান্নবসু অরাৎ অহেন লৈ, সামন্যদনা মান্নবদু অরাৎ অহেন লৈতে।

**৬৬। তদ্গুণ অলঙ্কার কৌবদি**—অতোপ্পা গুণ অমনা য়ৈবদা মশাগী গুণ অদু থাদোক্তুনা অতোপ্পা গুণদু লৌবা উৎপা অদুবু কৌই।

নখুৎ থম্বাম্না ইমাও। পাইরিবা মুক্তা পরেংবু।
নখুজিন মঙাল য়ৈবদা ককোই মরান্নি থন্দুনা।
পাইশল্লক্লি তোইনা তোইনা তে-নবা কৌবা চেক্লানা।
পাইথোকহল্লি চেক্লা মাবু মংগী নীনোক্লা তৎতনা॥

বর্ণনাসিদা—অঙৌবা মুক্তা অদুদা থুজিন্দগী অঙাংবা অদুনা মৈবদা মুক্তা অদু মশাগী অঙৌবা গুণদু থাদোক্তনা অঙাংবা গুণ লৌই হাইবসি "কফোই মরানি" হাইখসিনা উৎলি, অদুনা তদ্‌গুণ অলঙ্কারনি।

( মন্তব্য ) মীলিত অলঙ্কারগা তদ্‌গুণ অলঙ্কারগা অমত্তনি হায়বা য়াদে, মরমদি মীলিতনা গুণ মান্নবা মশেলদা অন্নাৎপবু অহেনবনা নমহৎপা উৎপনি, তদ্‌গুণনা গুণ মান্নদবদা গুণ অমনা গুণ অমবু নমহৎপা উৎপনি।

৬৭। অতদ্‌গুণ অলঙ্কার কৌবদি— অমগী গুণ অদু অতোপ্পা অমদা চেনখিনবা মরম অদু লৈরফাওদসু গুণ অদু চেন্‌খিদবা উৎপা অদুবু কৌই।

১। পণ্ডিত ইবুঙেঙা। অনুরাগনা।<br>
থমোই মচু শংলবী ননাইনা।<br>
ননাক্তা লৈরফাও 'বুঙেঙানা।<br>
অনুরাগ চেন্রিবা? করিনা॥

অনুরাগনা য়োন্নবী নায়িকা অদুনা নায়ক অদুগী মনাক্তা লৈর-ফাওবদা নায়ক অদুনা অনুরাগ ইপোক পোক্তবদু উবদা নায়ক অদুদা হাইরকপা বর্ণনানি। অনুরাগ চেল্লবী নায়িকানা মনাক্তা লৈরফাওবদা নায়ক অদুনা অনুরাগ পোক্তবা উৎপনা বর্ণনাসি অতদ্‌গুণ অলঙ্কারনি থংনগনি। অনুরাগ পোক্তিবা অসি সংসারগী তত্ত্ব খংবনিকো হায়বাসি "পণ্ডিত ইবুঙেঙা" হাইবা সম্বোধন রাইহেসিনা ফোংদোই খংনগনি।

(২) উচেক অথোইবা কাওও ও। গঙ্গাগী সজোমগুম্ববা।
ঈশিংদা ঈয়াংলুর'নি যমুনাগী কাজলগুম্বা।
লাইফদা শান্নরুর'নি অন্নু, নুংগী কুচুদো।
হেক্সৎলকপস্সু ওইদেদো তাল্লরকপস্সু, ত্তোদেদো।

বর্ণনাসি—তপস্বিনীগী য়ুমদা, বেশ্যাগী য়ুমদা ভিক্ষা চৎলুবা সাধু অমদা কনাগুম্বা অমনা হাইরকপগী বর্ণনানি। গঙ্গা অমস্তুং যমুনাগা তিম্নরুবদা মহাক, মহাকী মওং মচুনাচিংবা ওইরকদবা অদু ওইরক্তবা উৎপনা বর্ণনাসি অতদ্‌গুণ অলঙ্কারনি।

(৩) সজোমগী সমুদ্রদা মমা ওইবা।
কালকুট হুগস্সু পোকমিন্নবা।
কৌস্তভমণি ঙৌরকপস্সু লৈতে।
মুরকপস্সু ত্তোদে ঙাং'দ মঙাংই।

বর্ণনাসিদা—হৌরকফম শাৎলকফমগী লিচৎ সাজৎ কুচু কুমেননচিংবদু পোক্লক্লিবা অদুদা চেম্নরিবনি, অদুনা মমা মচিন মনাও য়েংলগদি ঙৌগদবা মুগদবদু ঙৌদরা মুদবা উৎপনা অতদ্‌গুণ অলঙ্কারনি। অলঙ্কারসিনা মগুণ চেনবাশিংগীদি মশাগী মগুণ থাদবা হৌনশানি হাইবসি কোংদোকই॥

৬৯। সূক্ষ্ম অলঙ্কার কৌবদি—মওং মতৌ অমনা মপুক্লিং খংহনবা উৎপা অদুবু কৌই।

মুরথা মীৎচিং মীৎলৈদ্রা।
মতম খংনিংলে খংলবী।
খুৎতা পাইবা লৈরাং গ্রঙ্কাল।
নোমোন নোঙনা ঊমলিদ্রক্কে।

বর্ণনাসিদা—থম্বাল উমশিনবগী মওং মতৌদুনা "উয়গদবা মতম অহিংদা" অমুম্বা মপুক্লিং থংহনবা উৎপনা সুক্ষ্ম অলঙ্কারনি থংনগনি।

৬৯। ব্যাজোক্তি অলঙ্কার কৌবদি— থোক্লিবা থবক্তী অচুম্বা মরম অমু নৎতবা মরম অমা হাইজিন্দুনা খুপচিনবা উৎপা অদুবু কৌই।

(১) হিমালয় নাপোম হুমলুবা।
নংসি ইডিঙদা মালংবা॥
নংগী শউমদং ফংবদা।
চিন্‌বান্ কাইবা থংহৌদেদা॥

চিনবানদা রতি-খুদম পকপা অদু মতাশিংনা থংগ্রগনি হাইদুনা অইংবা মু'শিৎনা মৈদুনা চিনবান অসি হেক-ককথাইদা হাইনা হাইজন্দুনা মতাশিংগী মমাংদা শোল্লিবী কনাগুম্বী নায়িকা অমনা হাইরকপগী বর্ণনানি। নৎতবা মরম হাইজনবা উৎপনা ব্যাজোক্তি অলঙ্কারনি।

(২) চিংগী মিংথৌ হিমালয়না     মযোম কৎপা মতমদা।
খর-কঙ্গা অনিচুগী     খুজেংপায়োই মতাংদা।
কামগী ঈথক্ হৌরকপদা     হকচাং কোদোম শাংথৈদা।
বর ওইবা মহাদেব     ইখং-খংনা হাইখিদা।
হিমালয় খুৎনা শোকপদা     ইঃ। ইং'না তুজুঙিঙদা।

বর্ণনাসিদা—পার্ব্বতীগী খুৎকা হেক শোক্লবদা কামভাব ফাও-রকুনা তুজুংলকপা অদুবু হিমালয়না শোকপদা তুজুংবনি হাইনা নৎতবা মরম অমা হাইজনবা উৎপনা ব্যাজোক্তি অলঙ্কারনি।

৭০। স্বভাবোক্তি অলঙ্কার কৌবদি—অগাং, শা, উচেক-চিংবশিংগী মা মাতগী হৌনশা ওইবা—মী খুদিংনা তাপ তাপ হেক খংনদবা শাজং লিচং মওং মতৌ উৎপা অহুবু কৌই।

মমিৎ কোরি কাহুনা মথৈ লৈপাক কুহুনা।
খুমাং অনি খোংভুনা ঙুং ঙুং ঙুং ঙুং ঙংহুনা
পাম্ব কৈরেন লাবনা সজী সওচাই চেলহন্না।
'ভিয়া তমখৎ তমখৎনা উলুংদা চৎলি কোইন্দু॥

বর্ণনাসিদা—শাওরবা কৈ, মাতগী হৌনশা সাজং উৎপনা স্বভাবোক্তি অলঙ্কারনি।

৭১। ভাবিক অলঙ্কার কৌবদি—(ক) করিগুম্বা অঙকপা থোদোক অমবু (খ) হৌরবা অমবু, (গ) ওইরকদবা অমবু মীৎ-না-না হৌজিক্কা উবা তাবা ওইনা হাইবা উৎপা অহুবু কৌই।
"ক" গী উদাহরণঃ—

ঈশ্বরগী সায়ন ঙা থেঙ্গুবু।
সমুদ্র থকভৈদা মখুজোক্কা।
মমিৎনা উরিবা মগুণচেনবা।
"অগস্ত্য" মুনিনা জয় ওইরিদো।

বর্ণনাসিদা—মখুজোক্কা চাওরবা ঙা-থেঙ্গু উবা, সমুদ্র থকপা অঙকপা থোদোকী মশক ওইবা অগস্ত্যনা জয় ওইরি হাইনা হৌজিক্কা উবা, তাবা ওইনা-উৎপনা "ক" ভাবিক অলঙ্কারনি।
"খ" গী উদাহরণঃ—

ললিতাগী কীকসি য়েং'দা।
থবাক লৈবাই লৈভারিভৈগী।

ফীবম অম্লুতবু কাইদনা ।
ঐহাক্লা শংশংনা উরিদো ॥

বর্ণনাসিদা—চহি তরাত ওাইরিবৈদা উখিবা ফনেক খোইদোম শেৎলিভৈগী ফীবম অম্লু তোঈনা উখিবনা চুদনা লৈবনা হৌজিকসু মম্লুতবু উবা ওইনা উৎপনা হাটবদি হৌগ্রবম্লু অম্লুম উবা ওইনা উৎপনা "খ" ভাবিক অলঙ্কারনি ।

"গ" গী উদাহরণ :—

লতাগী ফীবম'সি উবদা ।
পোৎলোই কক্তেংলৈ লৈত্তেংবগী ।
ফীবম অম্লু হৌজিক অসিদা ।
ঐহাক্লা শংশংনা উরেদা ॥

বর্ণনাসিদা—লতাগী লুহোংবা মতমদা শেৎ ইলকপবগী ফীবম অম্লু হৌজিক্তাদি ওইদ্রিবনি, অম্লুগা ওটদি ওইরক্তদৌরিবনি । ওইরক্তদৌরিবা ফীবম অম্লুবু হৌজিক্তা উবা ওইনা উৎপনা "গ" ভাবিক অলঙ্কারনি । অলঙ্কারসিনা লতাসি মথোৎকাররকপগী নিংথিবা থাক্তু য়েৌরে খাংহল্লি ।।

৭২ । উদাত্ত অলঙ্কার কৌবদি—(ক) তাইবংপান্দা ওইথোক্তবা ওইনা থোকপা সম্পত্তি অম্লু বর্ণনা তৌবা উৎপা অম্লুবু (খ) রাহৌদোক অমগী অঙ্গ ওইনা মগুণ লৈবশিংগী লিচৎ উৎপা অম্লুবু কৌই ।

"ক" গী উদাহরণ :—

মাগী কোম্নুং মমুংদা শেৎ-শারিবা হৈকোল লৈকোল্লা ।
লোংবদোন মাইকৈবু লুরুক্লবা মীৎয়েংনা য়েংথরি ।

লোংগী লাইজ নংত্রসন্থু থাবলিবা চন্দ্রকান্ত মণিদগী।
থাবল নত্তাল য়েবদা শ্রিয়রকপা লাইজনা হৈপাল য়েক্লিং চুন্নি।

বর্ণনাসিদা— চন্দ্রকান্তমণি অমত্তং লৈবদা রানা থোকপগুম্না মী-সিংগীদি হৈপাব লৈপাবশিংগী য়েনিং হুনহনবত্তুনা ময়াম লৈ হাইবা, উৎপনা "ক" উদাত্ত অলঙ্কারনি।

"খ"গী উদাহরণ:—

মখোইদোদা হৌবা থম্বাললনা মাগী ফয়ফম ওইরিবা।
ভাইবং লৈশেংবা ব্রহ্মানা তোইনা লৈশিং লৈখোল্লিবা।
নরায়ণ কৌবা ঈশ্বরনা" প্রলয়দা জীব লৌশন্দুনা।
মাগী ঈয়াইদা চেপ্পলিবা সমুদ্রচুনি উরি'সি।

বর্ণনাসি—সমুদ্রনা রাহৌদোক ওইরা হাইবসি সমুদ্রনি হায়না তাকপদা হাইরকপা বর্ণনানি। রাহোদোক অসিগী অঙ্গ ওইনা ঈশ্বরগী লিচৎ উৎপনা "খ" উদাত্ত অলঙ্কারসি।

৭৩। রসবদ্ অলঙ্কার কৌবদি— রস অমনা অতোপ্পা রস অমগী নৎত্রগা ভাব অমগী মতেংপাংবা (অঙ্গ ওইবা) উৎপা অদুবু কৌই।*

মকম অসিদা ভত্তুদা শারগ্রিবা খুং অসিদি।
চরাওবা-মপুং ফাওদা মুংঙাইবা পন্দোন্ লোমদৌদা।
ইথাং কীতোননু পাইথবা থবাক চিংথাই মারোয়ামিবা।
মুত্তেরা মনী মুৎলিগনা॥ মা রাধগী পাসি হাইদুনা।

---

*রসগী লক্ষণ অমসুং মথক্ত অহানবা মত্তালদা ভাবগী লক্ষণ অনিগুবা ব্রহ্মান্না হাইখ্রে।

বর্ণনাসি— শিরবা মপুরোইবগী তত্তুনা তারবা খুৎ অদু উরগা মুপী অদুনা হাইরকপগী মতাং ওইবনা করুণরস উৎপা বর্ণনানি, শৃঙ্গাররস উৎপা বর্ণনা নত্তে। শৃঙ্গাররস নত্তে হাইবগী প্রমাণদু বর্ণনাসি তাবদা কনাদসু শৃঙ্গার ভাব ফাওরোই, ফাওসু ফাওদে। অদুদি শৃঙ্গারগী ইছন খুদম* (অনুভাব) ওইবা— কীজোল পাইবা, থবাক-চিংমাই মায়োক্লবা অনি অসি হাইরবদি করুণরসগী মতেং ওইনা-( অঙ্গ ওইনা ) হাইবনি, শৃঙ্গার-পোক্লবগী মথক্তা হাইবা নত্তে। শৃঙ্গাররসনা মতেং পাংছুনা করুণরস উৎপনা বর্ণনাসি রসবদ্ অলঙ্কারনি থংনগনি।

মাগী মীৎ অমনা লাইনিংপরৈদা অপোম্বা লৈরাংগুম্লিবা।
অনিশুবা মীৎনা দুর্গা মাইথোংদা পুক্লিং খোইদানা য়েংলিবা।
অহুমশুবা মীৎনা মাংগী কামদা অশাওবা-মৈথুলবু-লংলিবা।
মহাদেব মানা মতম পুম্বদা নংবু ওইসনু ঙাক্পিবা॥

বর্ণনাসিদা— অহানবা পয়েংনা শান্তরসনি, অনিশুবা পয়েংনা শৃঙ্গার-রসনি, অহুমশুবা পয়েংনা রৌদ্ররসনি। রস অহুম অসিনা মতেং পাংছুনা ভাবরস উৎপনা রসবদ্ অলঙ্কারনি।

৭৪। প্রেয় অলঙ্কার কৌবদি— ভাব অমনা অতোপ্পা ভাব অমগী নৎত্রগা রস অমগী অঙ্গ ওইনা উৎপষুবু কৌই।

থম্ব্রাংচাক কৌবা চেক্লানা পাইরিবা মথক্তা কোইনা।
কল্লা শাৎলবা লৈকানা ঙসি লৈরাং থম্বালসিনা।
পোইরৈ তান্না লৈহৌরবী মীৎয়েংনা থক্লা য়েংজবী।
নিংশিংহন্নি চান্নবীবু পুক্লিং চংশিন্না ঐহাক্পু।

*ইছন খুদমগী লক্ষণ অহানবা মতালদা হাইখরে।

বর্ণনাসি প্রবাস কৌবা বিপ্রলম্ভশৃঙ্গার রস বর্ণনানি। * বিপ্রলম্ভ-শৃঙ্গাররসগী অঙ্গ ওইনা স্মরণ কৌবা ভাব অসিবু হাইবনা বর্ণনাসি প্রেয় অলঙ্কাররনি খংনগনি।

৭৫। **উর্জ্জস্বি অলঙ্কার কৌবদি**--রসাভাস, নৎত্রগা ভাবাভাসনা রস অমগী নৎত্রগা ভাব অমগী অঙ্গ ওইনা উৎপাহুবু কৌই।*

সাজৎ মথেল উৎলবী ফীজেৎ মথল শেৎলবী।
সম্বুল নোম্না পুন্নবী মীৎয়েং মওং য়েংলবী।
কনাগুম্বী বেশ্যানা মী-উ'দা মবাই লুক্লা।
সোবোক য়াংবী মথক্তা ঙাল্লিবসে নিংথিদা॥।

বর্ণনাসিদা--বেশ্যানা ইকাই হাইবসি ভাবা-ভাসনি, ভাবা-ভাসসি শৃঙ্গাররগী অঙ্গ ওইনা উৎপনা উর্জ্জস্বি অলঙ্কাররনি।

৭৬। **সমাহিত অলঙ্কার কৌবদি**—ভাব শান্তিনা রস ১গী নৎত্রগা ভাব অমগী অঙ্গ ওইনা উৎপাহুবু কৌই॥

য়েক্লবা কাংবুশিংনা মহাবাজ মীচংদা।
থাং-তা খুৎলাই উৎতুনা মমীৎ মনা ফাক্তুনা।
রাহৈ য়াক্লা হাইতুনা মমাই-ঈথক কারম'দো।
মহারাজ হেক উ'দা ঈথক খংলুপ লুপখিদো॥

(১) *বিপ্রলম্ভগী লক্ষণ অমসুং মথল অনিশুবা বণ্ডালদা য়েংবা॥
(২) *রসাভাসগী অমসুং ভাবাভাসগী লক্ষণ অমসুং মখল ২শুবা মণ্ড ংবা।

বর্ণনাসি—নিংথৌদা রতিভাব লৈবা কনাগুম্বা অমগী বর্ণনানি, অদুনা বর্ণনাসি ভাবরস উৎপা বর্ণনানি। ভাবশান্তিনা ভাবরসগী অঙ্গ ওইনা উৎপনা সমাহিত অলংকারনি।*

৭৭। ভাবোদয় অলঙ্কার কৌবদি—ই হেল্লসকপা খুদমবু অতোপ্পা রস অমগী অঙ্গ ওইনা উৎপাদুবু কৌই।*

মরুপলোই। নংসি নগুণ চাওইদা॥
নংগী য়েরুম্না হরাওবিঙেদা।
মী অমদগী নমিংতং তা'দা।
মপুক্লিং তথুক তথুক লাওখিদা।

বর্ণনাসিদা—কৌবগী ইহুন হেল্লসকপা খুদম—পুক্লিং তথুক তথুক লাওবা চাইবদি মীপাইরকপা অসি ভাবরসগী হাইবদি মরুপ্তা লৈবা রতিভাবকী—অঙ্গ ওইনা উৎপনা ভাবোদয় অলঙ্কারনি খংনগনি।

৭৮। ভাবসন্ধি অলঙ্কার কৌবদি—ইহুন হেল্লসকপা খুদম অনি তিন্নবদু রস অমগী অঙ্গ ওইনা উৎপাদুবু কৌই।

মহাদেবনা শোকপদা মপুক্লিং মরাং হৌরবী।
মতাংদুদা মতা মাংদা তাংজ মরাই কুরুরবী
হিমালয় চিংগী মমোমলোই, দুর্গা কৌবী দেবীদুদা।
চিংসুং অসিদা নখোইবু ডাকপিশগুকো ফজনা॥

বর্ণনাসি—দুর্গাদা রতিভাব লৈবা ভাবরস উৎপা বর্ণনানি

(১) *ভাবশান্তি অমসুং ভাবগী লক্ষণ সুনিস্তবা মঙ্গালদা য়েংবা।
(২) *ইহুন হেল্লসকপা খুদমগী লক্ষণ অমসুং মখল অহানবা মঙালদা য়েংব

ভাবরস অসিগী অঙ্গ ওইনা ইহুন হেন্দ্রলকপা থুদম—মরাং-হৌবা ( উৎসুক ) ইকাইবা ( লজ্জা ) অনি অসি দূর্গাদা তিন্নবত্ত উৎপনা ভাবসন্ধি অলঙ্কারনি।

৭৯। সংসৃষ্টি অলঙ্কার কৌবদি—মথক্তা হাইখিবা অলঙ্কারশিং অসিগী মনুংদা অমগী মতেং অমনা পাংদনা অলঙ্কার অনি অহুমনা-চিংবা উৎপা অহুবু কৌই।

মীংনা থরোঅশংবাগুল্লিবা।
সংসার-অমম্বা মাংহল্লিবা।
ব্রজনিংথৌ মপারি কৃষ্ণনা।
বৈষ্ণব থমোইদা ঙাল্লি তত্তনা॥

বর্ণনাসিদা— উপমাঅলঙ্কার, রূপক অলঙ্কার অনিসি য়াওই হাইবদি "থরো অশংবগুল্লিবা" মসি উপমা অলঙ্কারনি, "সংসার-অমম্বা" মসি রূপক অলঙ্কারনি। অলঙ্কার অনি অসি অমগী মতেং অমনা পাংদনা উৎপনা সংসৃষ্টি অলঙ্কারনি।

৮০। সঙ্কর অলঙ্কার কৌবদি—মথক্তা হাইখিবা অলঙ্কারশিং অসিগী মনুংদা অমগী মতেং অমনা পাংতুনা অলঙ্কার অনি অহুম উৎপা অহুবু কৌই।

রাগনা ভিল্লবী সন্ধ্যানি।
মনাক্তা নক্লিবা মুংখিনি।
'হুবু উম' কংনদ্রে অনি।
নোংদমা থুজিন্ অঙকপনি॥

বর্ণনাসি তাবদা সন্ধ্যাগা মুংখিনগা অনি অসিনা নায়ক-নায়িকা অনিগী ভাব পোকহনবনা সমাসোক্তি অলঙ্কার দৈ থংনগনি। সমাসোক্তি অলঙ্কার অসিনা মরম ওইদুনা রাগ ভৈরবী

নায়িকা নাক্তা নক্লিবা নায়ক অহু য়াগ পোক্তুনা অশিগী উন্নবা ( চুংশি মপুং ফানবা ) শোইনজিবনি, অদুবু উন্নবা কংনরে হাইব-সিনা—নায়কনা মনাক নকপা—উন্নবগী মরম ( কারণ ) অসি লৈনা লৈনা উন্নবা ফংবগী মশক ওইবা থবক অসি (কার্য্যসি) থোক্তবনা বর্ণনাসিদা বিশেষোক্তি অলঙ্কারসু লৈরে খংনগদ্রি। মরম অসিনা বিশেষোক্তি অসিগী মতেং সমাসোক্তিনা পাংথি হাইবসি বর্ণনা-সিদা খংবা ঙম্মি, অদুগা বিশেষোক্তি অলঙ্কার অসিনা মরম ওইদুনা—বর্ণনাসিদা কাব্যলিঙ্গ অলঙ্কারসু লৈরে খংনগনি হাইবদি "নোংদম্বা খুজিন অঙকপনি" হাইবা অসি হাইবা য়ারিবনি, অদুনা বিশেষোক্তি অসিনা কাব্যলিঙ্গ ওইবগী মতেং পাংথি।

বর্ণনাসিদা—সমাসোক্তি, বিশেষোক্তি, কাব্যলিঙ্গ, অলঙ্কার অহুম অসি—অমগী মতেং অমনা পাংদুনা উৎপনা সঙ্কর অলঙ্কারনি, খংনগনি।

মরিগুবা মঙাল লোইরে।

